[illegible]

# সাহিত্য অমসুং চেফোঙ

তোম্বীমচা শোইবম

SAHITYA AMASUNG CHEPHONG

***Literature and Journalism:*** *a pioneering work on the relationship between the literature and journalism by Tombimacha Shoibam, Thoubal Kiyam Siphai, Thoubal - 795138, Manipur.*




*অহানবা ফোঙবাঃ*

জুন, ২০০

*অফোঙবাঃ*

নিংথৌজম বাজেন সিংহ

থৌবাল, কিয়াম সিফাই, খোং অহনবী

থৌবাল - ৭৯৫১৩৮, মণিপুর

*মমলঃ*

লুপা ৮০/ (মবিফু)

*কপীরাইটঃ*

অফোঙবী

***কপী মশিংঃ***

১০০০ (লিশিং অমা)

---

*নম্ফমঃ*

সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল, মণিপুর



# কথোকচবা

## জেনিতা

নুংশিনা থোনখি
অদুঙৈ তাইবংদা হংঙা
মীতম্নবকপদা নেনেনা,
পীবমখি নীংশিংবতমক
মীঙ্গৌদুনা নেনেতোম্বী।
পৃক্সি লৈবাং তেল্লকপীনি খল্লগে!
অদুঙৈ ফিজি পাযখি নঙনা
ইতুং ইন্না ঐগী
কপখি ইনাক্তা ফম,
উইবি উইবি
তৃল্লশিবা নেনে ...।
কোন্না ইবো লাইবিক্তো
ইবে ঙসি।
তনৌববী খূৎশাদুনা
লামায খূদিং যেংদুনা
পাবা ফংখিদ্রবা
মপূং ফাদ্রবা নেনেগী
*"সাহিত্য অমসুং চেফোঙ"*
লৎনদনা লৌশিল্লুকো!
অদুঙৈগী নেনেনা
তল্লবনি নঙগুম্না
পৃক্সি পীখম্লহনখ্রবী
তনৌববী নতাবোই
কযাশিং অদুগী
মফমদসু।

নঙগী নেনে,
**তোম্বীমচা শোইবম**

*[মহাক মে ১৮, ২০০৬ তা মনুং মতম চাদনা কৈশাম্পাৎ জংসম্দা লৈবা সামুঙৌ গার্লস হোষ্টেলদা থৌবী যাম্দুনা শিদুনা লৈবমাখিবনি।]*

# জর্নেলিজমদা ৱাফম খরদং

অনৌবা যুগকি মালেম অসিদা জর্নেলিজম হায়বা অসি অসুক্কি মতীক মরুওই মদুদি মীওইবনা জর্নেলিজমগী থবক অসিবু নাথৈদুনা অমুক থম্বা যারক্রে। মীপূম খুদিংমক লৈবাক্কী ঈ-পাউ পূম্নমক তানীংঙি, খঙনীংঙি অমদি খৌবাংঙি। লৈবাক মীয়াম্না খৌরাংলিবা পূম্নমক অদু কোকহন্নবগী থবকশিং জর্নেলিজমনা তৌরি। অদুনা জর্নেলিজম কবিনো হায়বসি শন্দোক্না অমুক হায়রুদ্রবসু যারে হায়না খল্লি। অমরোমদা অমুকসু জর্নেলিজম করিনো হায়বসি মালেমগী মীপূম খুদিংনা হৌজিক খঙনরে। অদুমকপু জর্নেলিজমগী মরমদা আমেরিকাগী কলম্বীয়া য়ুনিভর্সিতিগী Herbert J. Gans না ইদুনা খৃ. কু. ১৯৭৯ দা *'কলম্বিয়া জর্নেলিজম রিভিউ'* দা ফোঙখিবা আর্টিকল অমদা য়াওবা ৱাফম অমখক্তি অসুম নীংশিংদুনা লৈ। মহাক্না হায়খিঃ "Journalism is, like sociology, an empirical discipline. Like other empirial discipline, the news does not limit itself to reality, judgments; it also contains values, or preference statements. This in turn makes it possible to suggest

that there is, underlying the news, a picture of nation and society as it ought to be".

সমাজদা জর্নেলিজম্না লৌবিবা থৌদাং অদুগী মশক অদু তাকপনি। মদু শীংথাদুনা লোইবসু নত্তে। অনৌবা যুগকি জর্নেলিজম হাযবা অসি চণ্ডলক্লিবগৈ মতমদা জর্নেলজিমগী ৱাখল্লোনদি মালেমসিদা যাম্না ঙন্না যেলহৌদৈগী অদুম লৈজবল্লে। মালেমগী শকক অমা ওইনা লৈবিবা মণিপুরদসু অমগা ঈ-পাউ ফাওদোক্লবগী তোঙান-তোঙানবা মশক অদু লৈরল্লে। অরিবা মতমদা অমগা অমগা ঈ-পাউ ফাওদোক্লবগী উপায অদুবু হৌজিক মতমদা মাস্ কম্যুনিকেসন হাযনা মমিং থোল্লি, অদুগা মীওইবগী সভ্যতানা চাউখৎলক্কুনা গুতেনবর্গনা প্রিন্টিং প্রেস পুথোবল্লবগী মতুংদগীদি জর্নেলিজম অসি মালেমদা লাকপা হৌখ্রে। অদুবু অনৌবা মতমগী জর্নেলজিম হাযবসি মণিপুবদদি যাম্না থেংনা ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমদতা লাকপা হৌখি। অদুবু থেংলবসু থেংনা লাকখিবা জর্নেলিজমগী খোঙথাং অসিনা সেনচুরী অমা যৌদ্রিবৈদা মপূং মবৈ নীংথিনা ফাবা ঙমখিবসি লমদমসিগী মীওই খূদিংমক্কি হোৎনজমন্নি। মদুগীদমক ইবমদম অসিদা জর্নেলজমগী ইতিহাস অমা পুশিল্লক্লল্লিবা খূৎমাবা খোর্জেলাংবশিং অদুগী মফমদা অনৌবা মীবোল ঐখোয়না কোক নোনফম থোকই। মখোযগী ৱাখল অমসুং মখোযগী হোৎনজমল কযা অদু কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযনা শীংথাফম থোকই।

অবিবা মতমদা লৈবম্বা মাস কম্যুনিকেসন হাযনা হৌজিক্কী মতমদা ঐখোযনা মিং থোল্লিবা কম্যুনিকেসন সিস্তেম অসিনা লমদম অসিদা লৈবক্লিবা অসিদি মতম যাম্না শাংলে। মণিপুবী কলচব, ত্রেদিসন অমদি সাহিত্য নৈনবা কয়ানা আর্ট ফোর্ম অমগী মশক্কি হাযনা লৌনবিবা, মৈতৈশিংগী "ৱাবী লীবা' "লাইরিক থীবা - হাযবা" "খোংজোম পর্ব্ব" "পেনা" হায়বনচিংবশিং অসি ওবেল কম্যুনিকেসনগী মনুং চনবা, প্রিন্টিং তেক্নোলোজি লাক্লিবগৈগী মমাঙদা লমদমসিগী ত্রেদিসনেল বিলিফশিং, ইতিহাসকি ৱাবী শীংবুল কযা অদু চিন্থাংগী পান্থনা মতমদুগী মীয়ামদা অমদি তুংগী মীবোলদা শন্দোক্কুনা তাহন্নবগী পান্থ মখল অমনি। প্রিন্টিং তেক্নোলোজি অসি থোবক্কুনা পাউ-চে পুথোক্লরক্লবা মতমদসু ওরেল কম্যুনিকেসন হায়বসি অফবা মখলগী কম্যুনিকেসননি হায়না অদুম

লৌনৈ। ভারতকি নীং-তম আন্দোলনগী মতমদা মহাত্মা গান্ধীনা মাগী অহিংসা, সত্যাগ্রহ অমদি স্বদেশীগী মতাঙদা ঙাঙখিবা মাগী ৱাখল, ফিলোসোফি কয়া অদু য়াম্না মরীক চৃম্মী, মানা ইদুনা থনম্বা কয়াদগী ঙাঙলম্বা ৱাফমশিংদুনা হেন্না ফজে হায়না শীংথানৈ। মণিপুরদসু য়াম্না লীরবা মতমদগী কম্যুনিকেসন হায়বা অসি লৈরক্লে। শা-লানগী মতমদা কোনুংদা থম্বা পূংজাউ থিন্দুনা মীয়ামদা পাউ চেনবগী থবক পাঙথোক্লবা অমদি মসিগী চৎনবী অমা লৈরম্লিবসি মাস কম্যুনিকেসনগী চপ-চাবা মওং অদুনি। অদুবু মণিপুরনা বৃটিশকি মখূৎতা খৃ.কু. ১৮৯১ দগী লমদমসিগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা মীখা পোনবা লৈবাক অমা ওইনা লৈখ্রবা অদুগী মতুংদগীদি প্রিন্টিং তেক্নোলোজি লমদমসিদসু পুশিল্লকপা হৌরকখি।

মণিপুরদা প্রিন্টিং তেক্নোলোজি চঙলক্লবা মতুং অদুদগীদি চেফোঙ পুথোক্তুনা হৌজিক মতমগী জর্নেলিজমগী ইতিহাস অসি শাগৎপা হৌখ্রে। অহানবা মতমদা পুথোক্লখিবা চেফোঙশিংনা সাহিত্য অমসুং লোন চাউখৎনবা হোৎনবদা পূক্নিং চঙখ্রবসু অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংদা পুথোক্লরকপা পাউ-চে অমদি চেফোঙশিংদদি সাহিত্য অমসুং লোন চাউখৎনবা হোৎনবগী মথক্তা মতম মতমদুগী সমাজগী ফিভম নৈনবা, লৈবাক শাসনগী মরীদা নৈনবা, অচৌবা ফম পায়বা লৈবাক্কী ফম্নাইবা কয়ানা তৌবা অরানবা থবক কয়া পুথোকপা, মীয়ামগী অপাম-পামদা ৱাখল কয়া ফোঙদোকপা অসিনচিংবা কয়া থেংনরে। মসিগুম্বা অনৌবা মতমগী জর্নেলিজম হায়বা অসিগী মণিপুরগী লময়ানবা ওইরম্বা এদিটরশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবা খরদি *'ঙসি'* পাউ-চেগী কৈশাম কুঞ্জবিহারী, *'প্রজাতন্ত্র'* গী লাইশ্রম জয়চন্দ্র, খরা ঙল্লিঙৈ মতমগীনা *'য়াকায়রোল'* গী ডা. নিংথৌজম লৈরেন, *'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা'* কী অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ অসিনচিংবশিং অসিনি হায়বা য়াই। ময়ামসিগী মরক্তা *'ঙসি'* পাউ-চেগী এদিটর কৈশাম কুঞ্জবিহারীগী থোইদোকপা গুণ অমা লৈ। লৈবাক্কী শাসন-পায়রিবা অঙম-অথৌশিংনা তৌবা অরানবা থবকশিং শিৎ-নান্না ইথোকপা ঙম্বগী থৌনা অদু মঙোন্দা লৈ। মদুগীদমক মহাকপু ফাবা তারবসু, মফি-মরোল য়োম্নগা জেলদা লৈরুনবা অদুম চঙঙি। মহাক্কী রাজনীতিগী অহৌবা শরুক্তি কংগ্রেস অমা ওইনা হৌই। অদুবু মহাক কংগ্রেসী অমা ওইনদি লৈখিদে। জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা অদুগা তুংগী মীরোলশিংবু শেমগৎনবা হোৎনবা মীশক অমা লইনা লৈখি। মহাক্না মাগী পাউ-চে *'ঙসি'* হায়বা মিং অসিবু

য়াম্না নুংশিজখি। অদুনা মহাক মশানা লিংখৎপা স্কুল অদুগী মমিং 'ঙসি রাস্ত্রলিপি হায় স্কুল' হায়না মমিং থোনখি।

য়াম্না ৱানা উগী প্রিন্টিং মেছিন ফাওবা শিজিন্নদুনা হৌখিবা পাউ-চেগী, চেফোঙগী ইতিহাস অসিদা ঙসিদি অনৌবা মপোক অমা লাকখ্রে। প্রিন্টিং তেক্নোলোজিদা মালেমগী য়াম্না শীংথানরবা মল্টিকলর নল্লবা মেছিনশিং শিজিন্নদুনা চেফোঙ পুথোক্করে। ভারতকি জর্নেলজিমগী ইতিহাসতা নুংতিগী ফোঙবা পাউ-চেশিংদা মল্টিকলর শিজিন্দুনা চেফোঙ পুথোক্লখিবা চহী ২০ লোমগুম্বদমক খেন্নবা মতমদা মণিপুরদসু মল্টিকলরগী যুগ লাকপা হৌখি। অদুনা লমদমসিদা জর্নেলিজমগী খোঙহৌ অসি খরা থেংনা লাকখ্রবসু, মাগী খোজেলদি ভারতকী হেন্না চাউখৎখ্রবা রাজ্যশিংগী রিজনেল লেঙ্গুয়েজশিংদগী নোপ্পা লৈতে। রিজনেল লেঙ্গুয়েজদা ফোঙবা পাউ-চেশিংগী পূন্সি অসি খরা তেনগনবা হায়বসি তোয়না থেংনবা যৌদৌনি। অদুবু মণিপুরী লোলগী পাউ-চে *'প্রজাতন্ত্র'*না চহী ৫০ হেন্না লেপ্তুনা ফোঙবা ঙমখিবগী রেকোর্দ অমা হৌজিক লৈরি। মসিগীদমক পাউ-চে অসিগী প্রোপ্রাইটর ⁄ এল. জয়চন্দ্র সিংহবু থাগৎফম থোকই।

ভারত্তসু, মণিপুরদসু জর্নেলিজম লাকখিবগী অহানবা ৱাখল্লোন অসি, লৈবাক মীয়ামদা মতমদুগী সমাজগী অমদি লৈবাক্কী ফিভম খঙহনবা হায়বা অসিনা ওইখি। বৃটিস শাসনগী মখাদা ভারতকী প্রজাশিংনা ৱানা খাঙবা ৱাফম কয়াদু প্রজা মীয়ামদা খঙহন্নবগী পান্দমদা রাজা রাম মোহন রায়নচিংবনা, ভারত মচানা এদিটর ওইবা পাউ-চে পুথোকই। ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিশ মচা হিক্কিনা ভাবতকি ইহান হানবা পাউ-চে *'বেঙ্গল গেজেৎ'* ফোঙখিবা অদুসু মতমদুগী ভারত্তা পাল্লম্বা বৃটিশ ফম্নাইবশিং অদুগী অরানবা শাসনগী থৌওংশিং অদু মীয়ামদা খঙহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা মরুওইবা পান্দমনি। মণিপুরদা অহানবা ওইনা ফোঙখিবা চেফোঙশিংনা সাহিত্যদা কৎথোক্লম্লবসু, পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংদা ফোঙলকপা পাউ-চেশিংদি, মণিপুরদসু বৃটিশকি মখূৎতগী নীং-তম্বা ফংলগনি হায়বা ৱাখল্লোন্দা খূৎ থাবা হৌই। বৃটিশকী মখূৎতগী নীং-তম্বা ফংলবা মতুংদা হান্নগুম নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈবগী মহুৎতা, ভারতকী অতৈ মফমগুম মনীং-তম্বা দেমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনরসি হায়বা ৱাখল্লোন অসি প্রজা মীয়ামদা ফাওহন্নবা হোৎনবগী পান্দমদা পাউ-চেশিং

পুথোক্লরকপা ওইনা তৌখি। মসিগুম্বা তাঞ্জাদা পুথোক্লরিবা পাউ-চে কয়াগী এদিটরশিং অমদি জর্নেলিষ্টশিং অসি কৎথোকপগা লোয়ননা থবক তৌবা ঙাক্তনি। মীয়ামগী সেবাগীদমক, মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক থবক তৌবা হায়বা অসি অব্রাবা চৈথেং কয়া নংবা তাই। অদুগুম্বা অব্রা-চৈথেংশিং অদু ভারতকী অহানবা পাউ-চে পুথোকখিবা বৃটিশ মচা হিক্কিদসু নংখি। ময়ূম ইংলেন্দদা হন্নিংঙাই শেল ফাওবা লৈখিদে। মতৌ অদুগুম ইরমদম অসিগী কৎথোক্লবা এদিটর অমসুং পাউমীশিংসু অব্রাবা নংখিবা ঙাক্তনি।

মসিগুম্বা জর্নেলিম অসি ঙসিদি ইন্দষ্ট্রি অমগুম লৌনরে। অদুবু জর্নেলিজম হায়বসিনা শিনফম ওইরিবা জর্নেলিষ্টশিংনা মখোয়গী শিঙ্খা পাওথোকপা মতমদা মীয়ামগীদমক, লৈবাক্কীদমক কৎথোকপগা লোয়ননা শিঙ্খা পাওথোকউ হায়না লময়ানবা জর্নেলিষ্টশিংনা তত্তনা হায়। আমেরিকাগী মিং লৈরবা জর্নেলিষ্ট Joseph Pulitzer দি পানামা কেনেল জোন এক্যুজিসন তৌবগী মতাঙদা প্রসিদেন্ট Theodore Roosevelt ফাওবা কন্না শীংনখি। অচৌ-অশাংশিংগী করপসন, ইন্দষ্ট্রিয়েলিষ্টশিংগী শেন্দোং, মীওইবগী হুমাংমনবু করিসু মমল লৈতনা খনবীবা মীওইশিং, অপীকপা অঙাংশিংবু ওৎ-নৈবগা লোয়ননা থবক শুহনবা পূন্নমকসিগী মায়োক্তা লাম্ছেংনখিবা Pulitzer বু ঙসি ফাওবা আমেরিকান সোসাইতিনা লাইগী মতৌগুম নীংনরি। ভারতকি নীং-তম আন্দোলনগী মকোক থোংবা লুচিংবা মহাত্মা গান্ধীনা মাগী *'য়ং ইন্দিয়া'* চেফোঙদা ভারতকী নহারোলশিং মিৎকপ থোকহনবা ঙম্বা ব্রারেং মরাঙ কায়না ইখি। জর্নেলিষ্টশিংনা মশাগী ওইজবা খরগীদমক মশাগী শিনফমগী ইজ্জৎ অদু য়োম্হোক্লনু হায়না মহাত্মা গান্ধীনা হায়। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাউ লোইখিদুনা ভারতকী মনীং মখা তম্বগী ঈহৌ কনখৎলিঙৈ মতম খৃ.কু. ১৯২৫ গী মার্চ ২৩ দা মাদ্রাজদা ফোঙবা পাউ-চে *'হিন্দু'*গী ওফিসতা পাঙথোকখিবা জর্নেলিজমগা মরী লৈনবা থৌরম অমদা মহাত্মা গান্ধীনা হায়খিবা ব্রাফম অমনা নীংশিংবা য়াই। মহাক্লা হায়খিঃ

"I have ...... never been tired of reiterating to journalists whom I know that journalism should never be prostitutd for selfish ends or for the sake of merely earning a livelihood or, whose still, for amassing money. Journalism, to be useful and serviceable to the country, will take its definite place only when

it become un-selfish and when it devotes its best for the service of the country ...".

মরৈবাক্কিদমক কৎথোকপগা লোয়ননা মথৌ তৌজবা জনেলিষ্টশিং লৈরি। মখোয়না মখোয়গী মথৌবু নীংথিজনা পাঙথোকপা ঙমজনবা মখোয়দা প্রেসকি মনীং-তম্বা হায়বা অমা পীরি। মালেমগী লৈবাক কয়াগী সংবিধানশিংনা প্রেসকি মনীং-তম্বা হায়বা অসিবু ইকায় খুম্নে। অদুবু পীরিবা প্রেসকি মনীং-তম্বা হায়বা অসিবু কয়ামুক য়াম্না মনীং-তম্না লৈবগে ? ফ্রিদম ওফ প্রেস হায়বসি আমেরিকাদদি য়াম্না থাক ৱাংনা লৌই। আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট ওইরম্বা জেফরসননা খৃ.কু. ১৭৮৭ কি জানুয়ারি ১৬ তা কেরিংটনদা ইখিবা চিঠি অমদা হায়খি, পাউ-চে য়াওদবা সরকার অমা লৈবগা (a governemnt without newspaper), সরকারদি লৈতবা পাউ-চেদি লৈবা (newspapers without a government) হায়বা অনীশিংগী মনুংদা অপাম্বা অমা খল্লু হায়রবদি অকোনবগী অসি খনগনি হায়খি। প্রসিদেন্ট জেফরসননা ৱাফমসি ফোঙদোকখ্রবা চহী মরীগী মতুং, খৃ.কু. ১৭৯১ দা আমেরিকাগী সংবিধান অহানবা ওইনা শেমদোক্লুনা আমেরিকাগী প্রজাশিংগী ফ্রিদম ওফ স্পিচ নৎত্রগা ফ্রিদম ওফ প্রেস হায়বা অসিবু মাঙহনবা য়াবা আইন অমত্তা আমেরিকান কংগ্রেসনা শেমদবা হায়বা ৱাফমসি হাপচিনখি। ভারতকী সংবিধান্দদি ফ্রিদম ওফ প্রেস হায়বা ৱাহৈ অসি য়াওদে। অদুবু ফ্রিদম ওফ স্পিচ হায়দুনা সংবিধানগী আর্টিকল ১৯ দা য়াওরিবা অদুনা ফ্রিদম ওফ প্রেসপুসু কোভর তৌই হায়না সুপ্রিম কোর্টনদি হায়খ্রে।

ফ্রিদম ওফ প্রেসপু শীংনরকপা থৌদোক কয়াগী মতাঙদা মণিপুর য়াওনা ভারতকী পাউমী কয়া লম্বীদা থোক্লুনা রেল্লি চৎখ্রে। মণিপুরদা রেল্লি চৎপদগী হেন্দোক্লুনা কৈশামপাৎতা নুমিৎ কয়ানি চুপ্না ধারনা ফমখ্রে। নুমিৎ কয়ানি চুপ্না পাউ-চেশিং ফোঙদবা, কেবল টি ভি নেটৱার্ককি পাউ শন্দোক্তবা য়াওখ্রে। মদু প্রেসরদগীনি। মণিপুরদদি ষ্টেটকী প্রেসরদগীদি অনসিন ফোর্সকী প্রেসরনা মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। এদিতিং রাইট, ফ্রিদম ওফ প্রেস, লোজিকেল কনক্লুজন হায়বসি অর্থ লৈতবা মতাঙ কয়া য়াওই। কনফ্লিক সিচুয়েসনগী চৈথেং লৈবা মফমগী পাউমীশিং অসি মালেমগী ওইনা অৱাবা অমদি খুদোংথিবা কয়া নংগল্লি। চুম্না অৱাবা নংবদগী হেন্দোক্লুনা পূন্সি পিখম্লবা ফাওবা য়াওই। অদুনা কনফ্লিক

সিচুয়েসন্দা লৈবা জর্নেলিষ্টশিংদি ওইরক্লিবা ফিভমগী ঈহুল য়াম্না খঙবসু দরকার লৈ। অখাঙ কনবা, শাউগন্দবা, মিংলম-নারম খঙবগী গুণ চেনবা জর্নেলিষ্ট ওইবগী তঙায় ফদবসু লৈ।

মালেম অসিদা মীওইবনা লৈরিবমখৈদি অমগা অমগগী মরক্তা ঈ-পাউ ফাওদোক্নবা, ৱাখল হোদোক্ননবা হোৎনবা অসি লেপ্পা লৈরোই। অদুনা জর্নেলিজমগী শিনফম অসি মখা চৎথদুনা অদুম লেপ্পা লৈতনা লাকখিগনি। জর্নেলিজমগী ইতিহাসতা, ঈঙ্গিতকি, চিঙ্খাংগী, খুৎইগী, প্রিন্টিং তেক্নোলোজিগী, রেদিওগী, টেলিভিজনগী হায়দুনা হৌজিক প্রিন্ট অমসুং ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়া হায়দুনা কন্না পন্নরিঙৈ মতমসিদা কম্প্যুটরগী যুগ অমুক লাক্লে। মতম্না পুরক্লিবা শাফুদা মীওইবা পূম্নমক থবক চিনবা হেনগৎনরক্লে। অদুনা পাউ-চে অমদি টেলিভিজননা শন্দোক্লিবা ঈ-পাউ পূম্নমক অমদি কলচর অমসুং সাহিত্যগী শন্দোক্লিবা মচল পূম্নমক পাদুনা অমদি য়েংদুনা লৈবগী মহুৎতা মহাক মহাক্না পামজবা খরা অদুতমক পাজবা, য়েংজবা য়ানবগী মখল মথেলগী অনৌবা তেক্নোলোজি কয়া অমসু থোবক্লে। অদুবু মীওইবগী হোৎনবা অমদি মদুদগী ফংলকপা জ্ঞান হায়বা অদুদি লেপ্পা লৈতবনিনা হৌজিক ফংলিবা তেক্নোলোজি অসিদগী হেন্না নৌবা কয়া অমা থোরকখিগনি। মণিপুরসু হৌজিক্তি তপ্না-তপ্না মালেমগী চাউখৎ-খোঙথাং কয়াদা মতুং ইল্লক্লি। অদুনা মতম মতমগী ওইনা লাক্লিবা মালেমগী অহোঙবা খোঙজেল কয়া অদুদা মতুং ইল্লকনি। খুদক খুদক্তা মতুং ইনবা ঙমদ্রবসু চহী ১০/২০ গী খেন্নবা নত্তনা মদুদগী চোম্থবদি লৈগনি নীংদ্রে। খৃ.কু. ১৪৫৪-৫৫ দা জরমনিগী জোন গুতেনবর্গনা পুথোকখিবা প্রিন্টিং মেছিন অদু মণিপুরদা খৃ.কু. ১৯২০ দা য়ৌরকপগী থওং অদু হৌজিকসু থোকখিগনি হায়বা থাজদ্রে। চহী ১০০ গী মমাঙদা লৈরম্বা মণিপুরী সমাজ অদুগা হৌজিক লৈবিবা অসিগা হীরম কয়ামুক্তা খেন্নবা লৈরে। লমদম অসি পীকচরবসু, চীংনা কোয়না পনশাববসু, মালেমগী য়াওল খোঙচৎতা অসুক য়াম্না শোৎথনা লৈগনি হায়বা অদুমদি থাজদ্রে। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবিশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবা ডা. কমলনা হায়রম্বা, মণিপুরদি চীঙনা কোয়শিন্দুনা লৈবনিনা পাক-চাউরবা ভারতবর্ষগী লৈতেম মান্নবা লমদমদা শিংপা নুংশিৎ অদু লমদমসিদা পাক য়ৌরকপা ঙমদে হায়বদু হৌজিক্তি পংচুম চুমগনি হায়বা থাজদ্রে। হৌজিক্তি

মালেমগী য়াওল কয়াদা মণিপুরসু মাঙলোমদা য়েংলিবনি।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা শ্রীমতী শোইবম তোম্বীমচা দেবীনা খৃ.কু. ১৯৯০ দা মাষ্টর ওফ ফিলোসোফিগী ইখিবা দিসর্টেশন অসি *"সাহিত্য অমসুং চেফোঙ"* কৌদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লক্লিবা অসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। লাইরিক অসি চহী ১৫ মমাঙগী রিসার্স ৱার্ক ওইরবসু হীরম অসিদা খূৎমাবা অমনি হায়দবা ঙমদে। নৈনরিবা হীরম্না মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা ওইরবসু জর্নেলিজমগী হৌরকপগী মরমদা কান্নরবা ৱাফম কয়া য়াওরি। লাইরিক অসিনা সাহিত্য অমসুং জর্নেলিজমদা থৱায় য়াওনা থিজিল্লিবা মীওইশিংদা কান্নবা কয়া শোয়দনা পীরগনি নীঙই।

ইম্ফাল,
তাং ২০/০২/২০০৭ ইং

শ্রীকাংঙুজম মধুমঙ্গল
এদিটর, আই. এস. টি. ভি.
ইম্ফাল

# ৱাহৌদোক

তশেংনমক জর্নেলিজম হায়বসি সাহিত্যগা থাদোক্লবা য়াদনা মরী লৈনবা, য়াম্না মরুওইবা কলা অমনি। অসিগুম্বা মরুওইবা হীরম অসিদা থিজিন্দুনা করিগুম্বা খরদং পুথোকপা ঙম্লবদি মণিপুরী সাহিত্যগী কান্নবা অমা ওইগনি খনজবদগী লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি।

লাইরিক অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মণিপুরী সাহিত্যগা চেফোঙশিংগা লৈনরিবা মরী অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। চেফোঙশিংনা সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবদা য়ারিবা থৌদাং অমসুং চেফোঙনা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদা লৌরিবা অচৌবা শরুক অদুসু পুথোক্লুনা নৈনরি। মসিগী মথক্তা চেফোঙশিংদা য়াওরিবা শীংথানবা য়ারবা সাহিত্যগী খুৎইশিং অদুসু নৈনদুনা উৎনবা হোৎনজরি।

চেফোঙগা সাহিত্যগা য়াম্না মরী লৈনৈ। চেফোঙনা অনৌবা ৱাখললোন, অনৌবা খুৎই কয়া ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকই। মশক নাইরবা অইবা অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা অহানবদা চেফোঙশিংদা খুৎ থারকখিবা অসি তত্তনা থেংনৈ। মণিপুরী চেফোঙশিংনা মণিপুরী সাহিত্য

চাউখৎনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং য়ারকখিবা অসি ঐখোয়না থেংনৈ। মতম মতমগী ওইবা সাহিত্যগী ঈচেল, খুৎই ষ্টাইল কয়াসু মতম মতমদা ফোঙলকপা চেফোঙশিংদা ময়েক শেংনা মমি তাবা মরম্না মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস শাগৎপদসু মণিপুরী চেফোঙশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি।

কুনশুবা চহীচা হৌগৎলকপদা নৌহৌননা মীকপ থোরকপগা লোয়ননা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক শাগৎপা হৌরকখি। মতমদুগী লময়ানবা খূৎমাবা অইবশিংনা বাংলা সাহিত্যনা য়াই চল্লবা মতমসিদা য়াম্না ৱানা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎনবা হোৎনরকখি। মণিপুরী লোন্দা লাইরিক ইবা অমসুং ফোঙবগী খুদোং চাদবা য়াম্না লৈবা মরম্না মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা খূৎমাবা অইবশিংনা অহানবদা চেফোঙ কয়া ৱানা ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্য সেবা তৌনবা হৌরকখি। মতমদুদা ফোঙখিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা চেফোঙশিংদি— *মৈতৈ চনু* (খৃ.কু. ১৯২২, সম্পাদক- হিজম ইরাবত, খূৎনা ইদুনা পুথোকপা), *জাগরণ* (খৃ.কু. ১৯২৪, সম্পাদক - শ্রী অর্জুন সিংহ, মপানলোমদগী ফোঙলকপা), *য়াকায়রোল* (খৃ.কু. ১৯৩০, সম্পাদক - ডা. এল লৈরেন সিংহ), *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা* (খৃ.কু. ১৯৩৩, সম্পাদক - অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ), *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ* (খৃ.কু. ১৯৩৭, সম্পাদক - থোকচোম মধু সিংহ), *মৈতৈ* (খৃ.কু. ১৯৪১, সম্পাদক - ফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র সিংহ), *অপোকপী* (খৃ.কু. ১৯৪১, সম্পাদক - হিজম গুণ, খূৎনা ইদুনা পুথোকপা), *নহারোল* (খৃ.কু. ১৯৪১, সম্পাদক - লাইশ্রম গোপাল সিংহ) অসিনচিংবনি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসি অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ফোঙখিবা মরুওইবা চেফোঙশিংনি। চেফোঙশিং অসিদা অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা অইবশিংগী অঙনবা মতমগী খূৎই কয়ামরুম য়াওবা থেঙনৈ। খূদম ওইনা ডা. কমল, খ্বাইরাকপম চাওবা, হিজম অঙাংহল, অশাংবম মীনকেতন, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হিজম ইরাবত, অতোম্পাপু শর্ম্মা, কৃষ্ণমোহন, শ্যামশুন্দর, শীতলজিৎ, বিনোদিনীনচিংবা অইবশিংগী খূৎই কয়া ফোঙবা থেঙনৈ। অসুম্না অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি মণিপুরী সাহিত্যদা মখল মখা কয়াগী হীরমদা ফোঙবা চেফোঙগী অকনবা ঈচেল অমা লাকপা হৌখি। মতমসিদগী হৌনা সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙ কয়াসু মশক

নাইনা চোঙথোরকখি। অদুবু মণিপুরদা ফোঙলিবা চেফোঙশিং অসি শেল থুমগী ফিভম ফত্তবদগী অয়াম্বনা মতম কুইনা পুন্সিবা ঙমখিদে। মতম খরদং হিংলম্লগা শিখিবনা অয়াম্বনি। অদুবু মখোয়না হিংলিঙৈ মতমদদি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা শীংথাবা য়াবা দান কয়াদি তৌরম্মী।

লাঞ্জাও মতুংদা ফোঙবা অদুগা মখা তানা ফোঙখিদ্রবা, ঈচেল লেপখ্রবা চেফোঙশিংগী মনুংদা পনবা য়াবশিংদি *ভৈগ্যবতী পত্রিকা* (খৃ.কু. ১৯৪৬, সম্পাদক - মাইস্নাম বীরমনি সিংহ), *মতম* (খৃ.কু. ১৯৫৬, সম্পাদক - রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ, *জ্যোতি* (খৃ.কু. ১৯৪৮, সম্পদক- অশাংবম মীনকেতন সিংহ), *মীৎয়েং* (খৃ.কু. ১৯৫১, সম্পাদক - এলাংবম নীলকান্ত সিংহ), *সাহিত্য ঈচেল* (খৃ.কু. ১৯৫০, সম্পাদক - খুমন্থেম ইবোহল), *ঈরা* (খৃ.কু. ১৯৬২, সম্পাদক - য়েংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহ), *মৈরিক* (খৃ.কু. ১৯৭৪, সম্পাদক - নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ) অসিনচিংবা অসিনি। হায়বিবা চেফোঙশিং অসিদসু মণিপুবী সাহিত্যগী মশক নাইরবা অইবশিংগী অনৌবা খৃৎই কযামরুম পুথোকপা থেঙনৈ। চেফোঙশিং অসিদা শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মা, শীতলজিৎ, নীলকান্ত, প্রমোদিনী, সমরেন্দ্র, সোনামনি. বিনোদিনী, জি.সি. তোংব্রা, শ্রীবীবেন, প্রেমচান্দ, ইবোহল, কিশোরচান্দ, প্রিয়োকুমার, বীরমনিনচিংবগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা কযামরুম ফোঙদুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক শাগৎপদা চেফোঙশিং অসিনা মরুওইবা থৌদাং যারকখি।

অদুগা লান মতুংদা ফোঙলকপা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙ কযা অমসু লৈরী। মমীং চৎপা পনবা যাবশিংদি - *সাহিত্য, য়েন্নিং, সাহিত্য লৈচল, ঈশিং চাইবী, মঙাল, মচা লৈমা, লৈকোল, মিংশেল, নাৎ, ঐখোয়গী পম্বুং, অনৌবা মঙাল, থম্বালনুন*চিংবা চেফোঙ অসিদা মশক নাইবা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংগী ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচাদা নত্তনা আলোচনাগী শরুক, লাইরিক মশক তাকপগী শরুক, অইবা কয়ানা উন্নবগী পাইদম্ন চিংবা কয়া য়াওই। মসিগা লোয়ননা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংগী অনুবাদকী খৃৎই কয়াসু পুথোকপা থেঙনৈ। হৌজিক মতমগী মণিপুবী সাহিত্যগী মশক লেপ্লদা হায়বিবা চেফোঙশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং যারি।

মথক্তা পল্লিবা চেফোঙশিং অসি নত্তবা মখল কয়া অমসু লৈবি। মরুওইনা

মমিং চৎলবা সংস্থান কয়ানা মরক মরক্তা ফোঙবা চেফোঙ কয়া অসিনি। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবা সংস্থানশিংদি— মুতুব্রা ম্যুজিয়ম, মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুর য়ুনিভরসিটি ম্যুজিয়ম, অতোম্পাবু রিসার্ষ্ট সেন্টর, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, মণিপুর সরকারগী পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর লেজিসলেটিব এসেমব্লী অসিনচিংবা সরকার অমসুং লন্নাই সংস্থানশিংগী মরক মরক্তা ফোঙবা চেফোঙশিং অসি পনবা য়াই। মসিগী মথক্তা নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙ (দেলী নিউজ পেপর) চয়োলগী, থাখায়গী, থাগী চেফোঙ কয়া অমসু লৈরি। নুংতিগী ফোঙবা পাউজেল চেশিংদি *পোক্নফম, ইরৈবাক, সঙাই এক্সপ্রেস, থৌদাং, য়াকায়রোল, হুয়েল লনপাউ, খোল্লাউ* অসিনচিংবনি। পাউচেশিং অসিদা মপূং ওইনা রাজনীতি অমসুং অতৈ হীরমগা মরী লৈনবা ওইরবসু মরক মরক্তা সাহিত্যগী কাখল হায়না খায়দোক্তুনা সাহিত্যবু পামজবা অইবা অইবীশিংগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা কয়ামরুম হাপ্পা থেংনৈ। অদুগা মশক নাইবা অইবা, আলোচক কয়ানা লাইরিক মশক তাকপা অমদি নৈনবগী হীরম কয়াদা খূৎ থারি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনা নাকোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী চাউখৎনবা সেবা তৌই হায়না লৌবা য়াই।

লাইরিক অসিদা মণিপুরী চেফোঙশিং লোয়না লৌখত্তুনা নৈনবদি য়াম্না পাক চাউবা মরম্না লাঞ্জাও মমাঙদগী চেফোঙ তরাহুমদোই লান মতুংদগী তরুক পূন্না চেফোঙ তরামপল লৌখত্তুনা চেফোঙশিংগী চাউরাকপা মশক তাকপগা লোয়ননা চেফোঙশিংদা য়াওরিবা সাহিত্যগী মশক কয়াবু লৌখত্তুনা নৈনরী।

লাইরিক অসি পাবিরগা পীকখ্রবা লমদম অসিদা মণিপুরদা চেফোঙ অসি কয়া য়াম্না চাউখৎলম্বগে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা খজিক্তুংদা ওইরবসু কান্নবা পীরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি নীংই।

থৌবাল,
মে ২১, ২০০৭

তৌম্বীমচা শোইবম
থৌবাল, কিয়াম সিফাই, খোং অহনবী

# অইবীগী ৱারোল অমসুং থাগৎ ৱাহৈ খরা

অহানবমক্তাদা মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবা অমদি চাওখৎনবা হোৎনবিরিবা সাহিত্যকার পূন্নমক্কী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎচরি। ঐগী লাইরিক *"সাহিত্য অমসুং চেফোঙ"* হায়বসি ঐনা মণিপুর য়ুনির্ভসিটিদা খৃ.কু. ১৯৯০ গী এম. ফিল. গী প্রোগ্রাম অমা ওইনা লানখৎচখি। ঐগী ওজা প্রোফেসার নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা গাইদ ওইবীখি। হায়রিবা ডিসার্টেসন অদুগী মমিং *"মণিপুরী চেফোঙশিং অমসুং মণিপুরী সাহিত্য"* কৌরম্বদগী *"সাহিত্য অমসুং চেফোঙ"* হায়না ওস্থোক্লুনা হান্নগী অদু করি অমত্তা কায়দনা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি। তেল্লবা চহী অমগী মনুংদা অকক্লবা মতম অমদি নিয়ম অমগী মখাদা পাঙথোকপা এম. ফিল. গী প্রোগ্রাম ওইবনা খৃ.কু. ১৯৯০ ফাওবগী মনুংদা ফংখিবা চেফোঙশিং খরা খোমজিনজরগা নৈনদুনা পুথোকচখিবনি।

অশেংবমক্তি হৌজিক্কী মতমদা জর্নেলিজমগী থৌদাং অসি য়াম্না চাউখৎলে। অদুবু লাইবক থীবনা অনৌবা চেফোঙ হায়বসি খৃ.কু. ১৯৯০ দগী খৃ. কু. ২০০৭ ফাওবগী মনুংদা ফোঙলকখিবা মণিপুবী চেফোঙশিং অসি খোমজিন্দুনা নৈনজবদি

ঙমজখিদরে। খুদোং চারবদি মতুংদা অমুক মওং তানা খোমজিনজরগা হেন্না মপূং ফাবা লাইরিক অমা অমুক পুথোকচগে হায়না খঞ্জরি।

ঐনা ডিসার্টেসন অদুবু লাইরিক ওইনা পুথোকচনীংলুবগী মরমদি হৌজিক্কী পূন্সিদা চেফোঙনা লৌরিবা থৌদাং অসি অসুক্কী মতীক চাউখরে। চেফোঙ খবরনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনবা থুংনা পাউ ফাওনহল্লি। অসিগুম্বা চেফোঙশিং অসি করম্না, কদায়দগী হৌরকখি, চেফোঙ অমসুং সাহিত্য অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা, থিজিন্নীংবা, তুংদা হৌরক্লিবা মহৈরোই কয়াদা কান্নবা খরদং ফংগদরা খঞ্জবদগী লাইরিক অসি পুথোকচবনি।

তশেংনমক লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা লমজিং পীবিখিবদি ঐগী গাইদসু ওইবীখিবা প্রোফেসার নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনি। ওঝানা লাইরিক অসি ফোঙনবা থৌনা কয়া হাপ্পীবগা লোয়ননা ওঝাগী থৌইনশিন্দগী লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙমজবনি। ওঝাগী অচীনবা মতম কয়া কায়থোকপিদুনা অশোয়-অঙাম, প্রুফনচিংবা য়েংবিদুনা লাইরিক অমা ওইনবা হোৎনবিখিবনি। মসিগীদমক ওঝাগী শিংবা ঙল্লরোইদবা লমল অমা পূন্সিগী ওইনা তোনশিনজরে।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা চেফোঙশিং অসি ক্বাককৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকায়দা লৈবীরম্বা তামো পোৎশঙবম লালমনি সিংহদগী ফংজবনি। লৈখিদ্রবা তামোনা ফংবদা ৱারবা মমল য়াম্লবা মণিপুরী চেফোঙ কয়ামরুম মতমদুদা ফংহনবিদুনা নৈনবগী খুদোংচাবা পীবীখি। মসিগা লোয়ননা ঐগী খূৎ পায়দুনা তাকপী তম্বীরকখিবা লৈখিদ্রবা নুংশিজরবা ওঝা ডা. আই. আর. বাবু সিংহ অমদি ডা. এলাংবম দীণমণিনসু চেফোঙ কয়া পীবীখি। মদুগীদমক্তসু লৈখিদ্রবা ওঝা অমদি তামো লানমনি অনীগী থৱায়না শান্তি ওইনা ঈংনা লৈবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। অদুগা ওঝা দীণমণিবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক অমত্তং ইবিনবা হায়দুনা হৌজিক আই. এস. টি. ভি. গী নিউজ এদিটর ওইবিরিবা শ্রী কাংঙুজম মধুমঙ্গলগী মফমদা হায়জরুই। শ্রীমধুমঙ্গল লৈবাক্লা মশক খঙলবা, জর্নেলিজমগী লমদা মতম কুইনা খোঙদারক্লবা জার্নেলিষ্ট অমনি। ইকায়খুম্নজরিবা মধুমঙ্গলনা ফজরবা ৱাহৌদোক অমা ইবিরকপগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি।

অহানবা ওইনা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা অশোয়-অঙাম, চিগ্থ-নাম্থবা কয়া যাওবমগনি। মথংগী খূৎনমদা তাকপীবকপা পূন্নমক লৌশিনজবগা লোয়ননা শেমদোক্লবা তৌজগনি।

থৌবাল,
মে ২১, ২০০৭

তোম্বীমচা শোইবম
থৌবাল, কিযাম সিফাই, খোং অহনবী

# য়াওরিবশিং

## অহানবা পন্দুপ

## চেফোঙ মশক তাকপা

চেফোঙ হায়বসি ইংরাজী ৱাহৈদা *জর্নেলিজম* হায়রগা খঙনৈ। পাউ চেফোঙবা, পাউ পীবা, পাউ শন্দোকপা, মতম মতমগী থৌদোক ৱাথোক অদুগী পাউ পীনবা হোৎনবা অমসুং থৌদোকশিং অদুগী অফ-ফত্তা নৈনদুনা ফোঙবা অদুবু *জর্নেলিজম* হায়রগা খঙনৈ। ৱেবসটর ডিক্সনারীনা জর্নেলিজমগী অর্থবু অসুম্না হল্লি— *"An account of day to day events, a daily newspaper, a periodical dealing especially with matters of current interest".*

মসিগী মথক্তা ওক্সফোর্ড ইংলিস ডিক্সনাবীনা পীবা অর্থ অমগসু যেংবা য়াই— *"A daily newspaper or other publication, hence by extension, any periodical publication containing news or dealing with matters of current interest in any particular sphere. Now often called specifically a public journal".*

মসিগী অশঙ্বা অর্থদি – নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা খবর নত্রগা চেফোঙ নৎত্রগা মতম মতমগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙশিং অদুদা পাউ য়াওবা নৎত্রগা ময়াম্না পাম্নবা ৱাফম কয়া য়াওবা অদুবু জর্নেল কৌই। মসিগী মথক্তা স্টেন্দার্দ

এনসাইক্লেপেদিয়ানা জর্নেলিজমগী মশক তাক্লিবা অসিসু য়েংশিনবা য়াই।

*A journalist may be a reporter, writer, newspaper, editor, publisher, photographer, cartoonist or artist.*[১]

মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি জর্নেলিষ্ট অমা হায়বসি রিপোর্টর, পাউ পীবা, অইবা, পাউ পাখোকপা, সম্পাদক, অফোঙবা, ফোটো নম্বা, কারটুন য়েকপা নৎত্রগা লাই য়েকপবু খঙনৈ।

জর্নেলিজমগী শিনফম অসি মরুওইনা খবর নৎত্রগা মেগাজিন ফোঙলিবা কাঙবুনা তলব পীদুনা শিন পালহনবনি। অদুনা জর্নেলিজম হায়বসি শিনফম অমনি হায়বসু য়াই। অদুবু জর্নেলিজম অসি অরায়বা শিনফম অমদি নত্তে। শিনফম অসিদা সাহিত্য অমসুং কলাগী ওইবা পোৎশক কয়া য়াওরি। অদুনা রঙ্গস্বামী পার্থসারথিনা হায় –

*Journalism is both an art and a professional which record events and opinions and seeks to interpret and would them for the benefit of the education public.*[২]

জর্নেলিজম অসি মখল কয়া য়াম্মী অমসুং মওং কয়া থোক্লা ফোঙবা য়াই। মসিগী মতাঙদা লেক্সিকান য়ুনিভর্সিটি এনসাইক্লেপেদিয়ানা হায়—

*The oldest and most widely indentified form of journalism is print journalism, periodicals printed of regular and stated intervals, including daily and weekly newspapers, journals and magazines, are in this category, as per pampalets, newsletters and books that focus on public affairs. Equally a part of journalism are the news reports and commentaries delivered on television and radio, as well as these media's public affairs documentaries and direct broadcasts of news events. Newsreels, motion-picture documentaries and videotape also quality.*[৩]

---

১। *New Standard Encyclopedia*, Vo. 6, p.101.
২। *Journalism in India*, Rangaswami Parthasarathi, 1987, p.1.
৩। *Lexicon Universal Encyclopedia*, Lexicon Publications Inc., New York, N.Y., 1983, p. 454.

মসিদগী খঙবা ঙম্বদি জর্নেলিজম হায়বসি য়াম্না পাক চাউই অমসুং মখল মখা য়াম্মী হায়বসিনি। নুংতিগী ফোঙবা চিঠি-পাউ, মেগাজিন, পমফ্রেট অসিনচিংবা অসি জর্নেলিজমগী মখলশিংনি। মসিগী মথক্তা রেডিও, টি.ভি.সু জর্নেলিজমগী মনুং চল্লি। শম্না জর্নেলিজম অসি চাউরাক্না মখল অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি – ১) প্রিন্ট জর্নেলিজম (ছাপা তৌদুনা ফোঙলিবা খবর অমসুং মেগাজিন), ২) ব্রোডকাষ্ট জর্নেলিজম (টেলিভিজন অমসুং রেডিওদা শন্দোক্লিবা পাউশিং), অমসুং ৩) মোশন পিকচর জর্নেলিজম (ফিল্মদা উৎলিবা ডোকুমন্টেরি, নিউজরিলস)।

জর্নেলিজমশিংগী মরক্তা রেডিওদা পাউ পীরিবা, পাউ খোমজিল্লিবা অমসুং পাউ অদুবু নৈনদুনা ঙাঙলিবা মীওইশিংবু সাউগু জর্নেলিষ্ট হায়না খঙনৈ। অদুগা টি.ভি.দা পাউগী শক্তম উৎলিবা অমসুং পাউ পীবা অমসুং লেংশিন্দুনা উৎলিবা পাউমীগী শক্তম অমা ওইনা উৎলিবা কাঙবুশিং অদুবুনা ভিজুয়েল জর্নেলিষ্ট কৌই।

**চেফোঙ হৌরকপগী ইতিহাস ঃ**

জর্নেলিজম হৌরকপগী ইতিহাস অসি য়াম্না ঙনবা মতমদগী থেংনৈ। তাইবঙ মীগী ইতিহাস হৌরকপদগী অমসুং সভ্যতাগী মঙাল ফংলকপদগী চেফোঙ হায়বসি করিগুম্বা মওং অমদা লৈরক্লে হায়বা য়াই। তাইবঙ মীনা পাউ খৌরাংই অমসুং মাগী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী মরমদা খঙনীংই। অদুনা অঙনবা মতমদা পাউ খঙনবা, থাদোক-থাজিন তৌনবা উপায় কয়া শীজিন্নরম্মী।

অঙনবা মতমদা নিংথৌশিংনা পাউ অসি চীনথাং য়েনা চেল্লম্মী। চীন অমদগী অমদা পাউ পুবা মী থমদুনা পাউ পুথোক পুশিন তৌহল্লম্মী। মী তীনবা মফম কয়াদা পূং থিন্দুনা নিংথৌগী পাউ লাউথোকপা অসি চৎনরম্মী। অদুনা হিন্দুগী পুরাণদা য়াওরিবা নারদ মুনি অসি পাউ পুথোক পুশিন তৌবা দেবতা অমনি। মহাক্না স্বর্গ, মর্ত্ত পতাল মরোল অহুমমক্তা পাউ কোয়না শন্দোকই। মানা চৎখিবা মফম খুদিংমক্তা করি পাউ পুরকপগে হায়না হংনৈ।

ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েংদা জর্নেলিজম হৌরকখিবা অসি রোম লৈবাক্তনি হায়না লৌনরি।[8] অঙনবা মতমদা রোমগী সিনেটনা "ACTA

---

৪। *Lexicon Universal Encyclopedia*, 1983, p. 454

DIURNA" কৌবা পোষ্টর অমা কোপী লিশিং অনীরোম লৌদুনা লৈবাক্কী মফম অয়াম্বদা শন্দোকপা অসি চৎনরম্মী। হায়রিবা ACTA DIURNA হায়বসিদা মতমদুগী ওফিসকী পাউ, চায়নবগী পাউনচিংবা কয়া য়াওরম্মী।

মতাং অসিদা য়াওরিবা জর্নেলিজম হৌরকপগী ইতিহাস অসি মসিদগী মচাক লৌবনি। অসিগুম্বা ফক্লাংদা থেৎপা পোষ্টর অসি মমৈথংদা ইউরোপগী মফম কয়াদা শন্দোরকখি। অদুনা ৱাল পোষ্টর অসি জর্নেলিজমগী মাওজিন থাবা মশক অমনি। অসিগুম্বা ৱাল পোষ্টর অসি ইটালিগী কোনুং ভেনিসদা খৃ.কু. ১৫৫৫ দা মশক উবা ফংলম্মী। মখোয়না ৱাল পোষ্টরবু *Notize Scrittee* (Written Notice) হায়না কৌরম্মী অমসুং লৈবাক্কী মফম কয়াদা ফোঙলম্মী। মসিবু পানীংবা মীশিংদগী ফি (মমল) লৌবগী চৎনবীসু লৈরম্মী।

নিপালশুবা শতাব্দী হৌরকপদা চীন লৈবাক্তা মওং নাইনা পাউ খোমজিনবগী থবক অসি চাওখৎপা হৌরকখি। মসিগী থবক অসি মখা তানা পাক শন্না চহী ১২০০ চৎথরম্মী। মমিং চৎলবা T'ng Dynasty কৌবা মীশক অমনা 'Tihing Pao' কৌবা থাগী ওইবা রিপোর্ট অমা পুথোক্লম্মী। চেফোঙ অসি খৃ.কু. ১৩৫১ দা চয়োলগী চেফোঙ ওইরকখি। অদুগা খৃ. কু. ১৮৩০ দা নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙ (খবর) ওইরকখি। হায়রিবা চেফোঙ অসি উনা শাবা ব্লোকতা ছাপা তৌদুনা পুথোকপনি। অদুদগী মথং মথং ওইনা চে শাবা হৌদোক্তুনা চীনাদা লাইরিক ফোঙবা অমসুং জর্নেলিজমগী থবক অসি চাউখৎলকখি। চীনাদগী চে শাবা অমসুং ছাপা খানা লিংখৎলকপগী থবক অসি ইউরোপতা ১৫শুবা শতাব্দীদা শন্দোকরকখি। ছাপাখানা লাকপদগী ইউরোপতা পাউ ফোঙবা অমসুং শন্দোকপগী থবক অসি মওং তানা চাওখৎলকখি।

খৃ. কু. ১৬০৯ দা 'নিউজ শীট' হায়দুনা চেবাংদা নম্বা খবর মখল অমা ফোঙলম্মী। মসিনা খ্বাইদগী ঙনবা খবরনি। মীরৈবাক্কী পাউ য়াওনা *Corantos* ফোঙবা অসি য়ারম্মী। Amsterdam হায়বা লম অসিনা ছাপাখানা লিংখৎপদা মকোক ওইরম্মী। থোমাস অর্চর নিকোলাস কোর্নি অমসুং নাথানলিয়েল বত্তরনা খৃ. কু. ১৬২২ দা লার্ন্দন্দা *কোরানতোজ* অসি হৌদোকলম্মী। *কোরানতোজ* অসি য়াম্না থুনা চয়োলগী পাউ ওইরকখি। পেরিসতা ফোঙবা অহানবা চয়োলগী চেফোঙ *দি গেজেৎ* অসি খৃ. কু. ১৬৩১ দা ফোঙখি। সুইদেনগী বিচার লোইশঙনসু

খৃ. কু. ১৬৪৫ দা কোর্টকী ওইবা চে অমা ফোঙলম্মী। অদুগা মখা তানা ফনা কুইনা চৎথরম্মী।

ওল্লিংঙৈ মতমদা খবর নৎত্রগা চেফোঙ ফোঙবা অসি য়াম্না অৱাবা থবক ওইরম্মী। মরমদি সরকারনা অয়াম্বা মতমদা ঈ-পাউ ফোঙবা অসি থিংলম্মী। সরকারগী মায়োক্তা ইবা য়ারমদে। ইংলণ্ডদা ওলিভর ক্রোমৱেলগী মতমদা (১৬৪৯-৬০) জর্নেলিজম অসি খজিক্তং মনীং মখা তম্বা ফংখী। কবি মিল্টননচিংবনা খবরদা নীং-খা তম্না ফোঙদোকপা য়ানবগীদমক য়াম্না কন্না ৱাকৎলম্মী। কবি মিল্টননা মাগী *অর্কোপাজিটিকা* (১৬৪৪) কৌবা লাইরিক্তা খবরদা নীং-খা তম্না ফোঙদোকপা য়ানবদগীদমক য়াম্না কন্না হায়রম্মী। মথং মথং ওইনা ইংলণ্ডদা জর্নেলিজম অসি চাওখৎলকপগী মতুংইন্না নুংতিগী ফোঙবা খবর *ডেইলি কৌরান্ট*অসি খৃ. কু. ১৭৬২ দা ফোঙবা হৌরকখি। মসি সাম্যুল বকলিনা ফোঙবনি। মসিদগী মথং মথং ওইনা সাহিত্য অমসুং নৈন-খোৎনবগী থবক য়াম্না চাওখৎলক্লম্মী। জোসেপ এদিসন অমসুং সার রিচার্দ ষ্টিলনা মমিং চৎনবা *টেটলর* অমসুং *স্পেকটেটর* কৌবা চেফোঙ অসি ফোঙলম্মী। মতমদুদা থোরকখিবা দানিয়েল দিফোগী *রিভিউ* অমসুং জোনাথান স্বিফৎকী *একজামিনর*নচিংবা চেফোঙশিং অসি য়াম্না মমিং চৎখি। লণ্ডনদগী মমিং চৎলবা *দি টাইমস* হায়বা খবর অদু খৃ. কু. ১৭৮৫ দা ফোঙবা হৌখি।

আমেরিকাদা জর্নেলজিমগী ঈহৌ অসি মখোয়গী লমদা খুন্দাবিবা ইংলিস মচাশিংনা হৌদোকখিবনি। ইংলিসশিংনা অহানবা ওইনা খৃ. কু. ১৬৩৮ দা হাববার্দ কোলেজগী ওইনা কেমব্রিজদগী ছাপাখানা পুশিল্লকখি। বেনজামিন হেবিসনা খৃ.কু. ১৬৯০ দা বোসতোন্দা *পব্লিক ওকররেনসেস* কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙলম্মী। হেনজিনবা অকনবা ৱাহৈ কয়া ফোঙলুবদগী চেফোঙ অদু য়াম্না থুনা থিংলম্মী। জোন কমফেল্লনসু খৃ.কু. ১৭০৪ দা *নিউজলেটর* কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙলম্মী। আমেরিকাদা ফোঙবা খ্বাইদগী মমিং চৎপা খবরদি জেমস ফ্রানক্লিনগী *নিউ ইংলণ্ড করেন্ট* (১৭২১-২৬) কৌবা চেফোঙ অসিনি। বেনজামিন ফ্রানক্লিনগী *পেনসিভানিন গেজেৎ* (১৭২৯) অসিসু য়াম্না মমিং চৎখিবা খবর অমনি। আমেরিকাগী নীংতম লানগী মমাঙ অমসুং মনুংদা সম্যুল এদামসনা *বোষ্টোন গেজেৎ* কৌবা খবর অমা ফোঙলম্মী। হায়রিবা খবরসিনা নীংতম লানবু

য়াম্না শৌগৎলম্মী অমসুং মরৈবাক নুংশিবগী ঈহৌ পুরকখি। অদুগা এসিয়া থোমাসকী *মাসসাচুসেটস স্পাই* হায়বা খবর অসিনসু আমেরিকাগী নীংতম লানবু য়াম্না শৌগৎখি।

১৯শুবা শতাব্দী হৌরকপদা আমেরিকাদা মওংতানা অমসুং নিয়ম চুম্না পাউ খোম্বগী থবক অসি লাকপা হৌখি। জর্নেলিজমগী থবক অসি নোংমা নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না পাউ শন্দোকপগী থবক অসিসু পাকথোক্লকই। নিউজ এজেন্টশিনচিংবা কয়া লাকখি। ইহান হানবা অচৌবা নিউজ এজেন্টসি 'এজেন্স হাভাস' হায়বা অসি পেরিসতা খৃ.কু. ১৮৩৮ দা চার্লস হাভাসনা হৌদোকখি। মথং মথং ওইনা অথাপ্পা লমদা পাউ থাবা অমসুং পাউ লৌবগী থবক অসিসু চাওখৎলকখি। পাউ থাদোক থাজিন তৌবদা খুদোংচানবা হায়দুনা অনৌবা মেছিন কয়া শারকই অদুগা অফবা ছাপাখানা কয়াসু পুথোরকখি। অসুম্না আমেরিকাদা জর্নেলিজম অসি মথং মথং চাওখৎলকখি। *দি নিউয়োর্কসন*, *দি নিউয়োর্ক হেরাল্ড* অসিনচিংবা অসি কোপী লিশিং কয়া নম্বা ১৯ শুবা শতাব্দীগী আমেরিকাগী মমিং চৎপা খবরনি। অসিগা লোয়ননা জর্নেলিজমগী থৌদাংসু অনৌবা মশক অমা লৌবা হৌরকলম্মী। চুম্নগী পাউ ফোঙবদা নত্তবা অফ-ফত্তা কৃপ্না নৈনবা অসিনচিংবগী থবক অসি লাকপা হৌখি। হেনরী জে. রোমোন্দগী *দি নিয়োক টাইমস* (১৮৫১) অসি অসিগুম্বা মখলগী খবর অমনি। ১৯ শুবা চহীচা লোইরমদাইদদি বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি য়াম্না চাওখৎলকপগী মতুংইন্না খবর অমসুং চেফোঙ কয়া ফোঙনরকখি। লাইরিক লাইশু হৈরবা অনৌবা চাওখৎলবা সমাজ অমা লাকপগী মতুংইন্না 'নিউ জর্নেলিজম' (অনৌবা জর্নেলিজম) কৌবা ঈহৌ অমসু লাকপা হৌখি। মসিগী খৃৎমাবদি মমিং চৎলবা জোসেব পুলিটজরনি। মাগী *সেন্ট লিউ পোষ্ট দিপার্টচর* অমসুং *নিউয়োক ৱার্ল্ড*দা নিউ জর্নেলিজম অসিগী মশক ময়েক শেংনা মমি তাবা থেংনৈ। নিউ জর্নেলিজমনা খঙনরিবনা য়াম্না মীচঙ মীখায় নাইদবা (লিবরেল) মওংদা এডিটোরিয়েলদা লৈঙাকলোন অমসুং অতৈ হীরম কয়াদা চৈবা, মীয়াম্না পামগদবা ৱাফম কয়া হাপ্পা, পাউ উবদা য়াম্না নুংঙাইরবা অনৌবা খৃৎই মওং হৌদোকপা অসিবু খঙনৈ।

*ইদ্‌ৱার্ড ৱাইল্লিস স্ক্রীপ্সসু* পুলিটজরগী মতৌগুম্না মাগী *মিডল ৱেষ্ট* তা অনৌবা খোঙথাং অমা চঙশিল্লম্মী। অদুগা ডব্লিয়ু.আর, হার্স্টনা মতমদুগী অফাওবা

খুৎমাবা পুলিটজরগা লাম্বা তৌদুনা লেবর য়ুনিয়ন শৌগৎপা অদুগা অচৌবা কারবারবালাশিংবু চৈবা মওংগী খুৎই কয়া ইদুনা য়াম্না ৱাথোক ওইখি। পুলিটজরগা হার্স্টকা খবর মশীং য়াম্না চৎপা তান্নরকখি, কন্না লাম্বা তৌনখি।

২০শুবা শতাব্দী হৌগৎলপদদি মেগাজিন অসি য়াম্না মরুওইরবা জর্নেলিজমগী মখল অমা ওইরক্লম্মী। মতম অদুদা ফোঙবা য়াম্না মরুওইবা মেগাজিন খরদি ইদৱিন নাউরেন্স গোডিকিনগী *নেশন*, সাইরস ঐচ, কে, কুটিসকী *লেদিজ হোম জর্নেল* অদুগা কোলিয়রগী *কোসমোপোলিটান* হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনি। হায়রিবা শতাব্দী অসি হৌগৎলকপদা আমেরিকাদা জর্নেলিজম তম্নবা স্কুল কয়া লিংখৎপা হৌরকখি। য়ুনিভর্সিটি ওফ মিসোরী (১৯০৮) অমসুং কলমবিয়া য়ুনিভর্সিটি (১৯৪২) দা জর্নেলিজমগী স্কুল লৈবা হৌখি। অসুমনা কুনশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদগীদি নোংচুপলোমদা জর্নেলিজম অসি মওং কয়াদা মখল কয়া মথং মথং চাওখৎলকখি।

ভারত্তা অঙনবা মতমদগী হৌনা ঈ-পাউ শন্দোকপগী থবক অসি লৈরক্লবসু নোংচুপতা খঙনরিবা জর্নেলিজম হায়বা অসিদি য়াম্না থেংনা চঙলকই। বৃটিশনা ভারত্তা পাল্লবা মতমদা বৃটিশ মচাশিংনা হৌদোকখিবনি। অহানবদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীনা বৃটিশগী মায়োক্তা ইবা, মখোয়গী পোলিসি চৈবা অসি মখোয়না পান্নমদে। অদুবু ইংরেজী মচা খরনা জর্নেলিজম অসি হৌদোক্লিংবগী অপাম্বা কন্না লৈখি। জেমস আগষ্টসহিককি হায়রিবা ইংরাজী মচা অসিনা ভারত্তা জর্নেলিজম ইহান হান্না হৌদোকপা মীশক অমনি। মাগী *বেঙ্গোল গেজেত* (*কলিকাতা জেনেরেল এদভর্টাইজৱ* হায়নসু খঙনৈ) হায়বসি ইংরাজী লোন্দা কলিকাতাদা খৃ.কুম. ১৭৮০ জানুৱারী ২৯ দা ফোঙবা ইহান হানবা ইংবাজী চেফোঙনি।[৫] মসি অহাবনদা চেনা অনীখক্তা পানবা চয়োলগী চেফোঙ ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙ অসিনা লাউথোকই – "a weekly political and commercial paper open to all parties but influenced by none"[৬]। চেফোঙ অসিদা ফোঙলিবা মরুওইবা হীরমশিং অসি ইংরাজী খবরদগী লৌবনি।

---

৫। *Journalisam in India* by Rangaswami Parthasarathy, 1989, p. 23.

৬। Rangaswami, op, cit, p.23

অদুগা লমদম অদুগী ওইবা চিঠি পাউ খরসু ফোঙই। চেফোঙসিদা সম্পাদক ওইরিবা হিককী মশাগী কলম অমা য়াওই। মর্দুদা মহাক্না ফাগীগা লোয়ননা ভারত্তা লৈরিবা সাহেবশিংগী মরমদা কয়া ইরম্মী। মহাক্না মতমদুগী গোভর্নর জেনেরেল ওইরিবা Warrant Hastings বু করেম্নদুনা নোকনৈ অমসুং মতম অদুগী সরকার পায়রিবা লুচিংবা সাহেবশিংনা খরব অসিবু য়াম্না তাথিরম্মী। খবর অসিগী তোপ তোপ্লা অমনা শৈরেংগী শরুকসু অমা হাপ্পী। মসিদা শৈরেং কয়াসু ফোঙবা থেঙনৈ। মমৈথংদা Warrant Hastings না খৃ.কু. ১৭৮১ গী জুন থাদা হিককীগী মথক্তা মহাক্কী ইজ্জৎ মাঙহনবগী কেস তৌরম্মী। বিচার লোইশঙনা মাবু মরাল লৈ হায়দুনা চহী অমগী মীয়াৎ পীবগা লোয়ননা লুপা লিশিং অনীসু ফাইন তৌরম্মী। মহাক্না জেলদা চঙখ্রবা মতুংদা *Bengal Gazette* অসি চাং নাইনা ফোঙলবসু খৃ.কু. ১৭৮২ গী মার্চ থাদগী ফোঙবা লেপ্পা তাখি। মরমদি গোভর্নর জেনেরেল ওইরিবা Warrant Hastings না অমুক হন্না মাগী মথক্তা কেস তৌদুনা মাগী ছাপাখানা অসি থিংজিনখি। অসুম্না ভারতকী অহানবা ইংরাজী চেফোঙ *Bengal Gazette* অরোয়বা য়াহিপ তানখি।

*Bengal Gazette* হায়বসি জর্নেলিজমগী হীবম কয়াদা মাঙজিন থাবা খবর অমনি। চেফোঙ অসিনা মৃৎখ্রবা মতুং চহী তরুককী মনুংদা জর্নেলিজমগী হৌফম শাৎফম ওইরিবা কলিকাতা হায়বা সহর অসিদা চয়োলগী চেফোঙ মবী অমসুং থাগী চেফোঙ অমা মশক উবা ফঙলকখি।

মতম অদুদা মাদ্রাজ অমসুং বোম্বেদা অদুক হাক্না খবর ফোঙলকপা থেংনদে। অদুবু মাদ্রাজ সহরদা খৃ.কু. ১৭৮৫ দা *Madras Courier* কৌবা সরকারগী ওইবা চয়োলগী চেফোঙ অমা ফোঙবা হৌখি। বোম্বেদা খৃ.কু. ১৭৮৯ ফাওবা খবর অমত্তা ফোঙবা থেঙনদে। হায়রিবা চহী অসিদা (১৭৮৯) *Bombay Herald* ফোঙবা হৌই। হায়রিবা খবর অসি খৃ.কু. ১৭৯১ দা *Bombay Gazette* দা পূনশিন্দুনা সরকারগী চেফোঙ ওইখি। খৃ.কু. ১৭৯০ দা *The Courier* কৌবা চেফোঙ অমা বোম্বেদা ফোঙলম্মী।

মতম অদুগী বৃটিশ সরকারনা খবরশিংদা অথীংবা য়াম্না পীরম্মী। সরকারগী অয়াবা হুকুম য়াওদ্রবদি ওফিসিয়েল ওইবা পাউ অমত্তা ফোঙবা য়ারমদে। বৃটিশগী পার্লিয়ামেন্টকী ঈ-পাউসু ফোঙবদা থিংলম্মী। অদুবু মতমদুদা থৌনা ফবা সম্পাদক

খরা লৈরম্মী। মখোয়না সরকারগী ওইবা ঈ-পাউ কয়া ফোঙলম্মী। মখোয়গী মনুংদা *The Bengal Journal* কৌবা খবরগী এডিটর William Duane, The Bengal Hur Karer গী এডিটর Dr. Mueleun নি। মখোয় অনীবু সরকারনা মরাল শীদুনা ভারত্তগী তাম্থোকখি।

১৯শুবা শতাব্দীদা কলিকাতাদা চপচাবা জর্নেলিজমগী মশক অসি উবা ফঙই। মতম অসিদা য়াম্না মমিং চৎপা James Silk Buckingham কৌবা জর্নেলিষ্ট অমা থোরক্লম্মী। মহাক্না খৃ.কু. ১৮২৮ গী ওক্টোবর ২ দা *Calcutta Chronicle* কৌবা খবর অসি ফোঙবা হৌখি। মসি চয়োল অমগী মনুংদা অনীরক ফোঙই, চেনা নিপাল পাল্লি। মসিগী মমাঙদা ফোঙখিবা অতৈ খবরগা মসিগা য়াম্না খেন্নরম্মী। মমাঙগী খবরশিংদি ইংলণ্ডদা ফোঙলিবা খবরশিংগী মতৌ তম্বনি, মখোয়দগী মশক লৌবনি। অদুগা Bankingham গী *Calcutta Chronicle* হাযবসিদদি লমদমসিগী ওইবা ঈ-পাউ অমসুং ফিভমদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপনি। মহাক্না অকীবা লৈতনা সরকারগী থবক থৌরম, পোলিসি কয়াবু চৈরম্মী। অদুগা ভাবতকী সতী হায়না খঙবা মপুরোইবা শিবগা লুখ্রবীশিংনা মৈনুংদা চোঙশিন্দুনা মথল্লায় থাবগী তমথিববা চৎনবী অসিবুসু নীন্দা তৌরম্মী। খবর অসিগী 'সম্পাদক্তা পীরকপা চিঠিশিং' অসি য়াম্না মমিং চৎলি। মাগী এডিটোবিয়েলসু মীয়াম্না য়াম্না পাম্লে। তশেংনমক হায়বা তারবদা Backingham হায়বসি খবরগী নীংতম্ববু য়াম্না পামজবা মীশক অমনি। মরম অসিনা মহাকপু "Father of Indian Journalism" হায়না শীংথানৈ। ভারতকী জর্নেলিজমনা মথং মথং চাওখৎলকপদা Backingham গী প্রভাব অমসুং ব্রাখলগী মমি কয়া তাখি। অদুবু সবকারনা মঙোম্দা য়াম্না কন্না য়েংশিল্লম্মী। মমৈথঙদা মহাকপু খৃ.কু. ১৮২০ দা ভারত্তগী তাম্থোকখি।

তশেংনমক হায়বা তাববদা মতম অদুদা ওইরিবা ভাবতকী ফিভম অসি অব্রাবগী মশক্লি। বৃটিশ মচাশিংনা ভারত মচাশিংবু যাম্না হস্তনা খল্লম্মী। মখোয়গী শাসনদা মনীং মখা তম্বা, তৌনিংবদা তৌবা কয়া য়াওরম্মী। মীনুংশি হৈতনা ভারত মচাশিংবু ওৎ-নৈবা, নীংতম্না ফোঙদোকপা অমসুং ইবা থিংবা, মখল মখা কয়াগী টেক্স লৌখৎপা অসিনচিংবা অসি মখোয়গী হৈনবীনি। মখোয়না জর্নেলিজম অসি য়ারিবমথৈ নমথনবা হোৎনখিবা তাঙ্কক অমনি।

ভারত্তা লাকখিবা সাহেবশিংনা জর্নেলিজম অসি অহানবা ওইনা হৌদোকখ্রবসু বাংলা লোন্দা ইহান হান্না ফোঙবা চেফোঙদি *সমাচার দর্পন* (১৮১৮) হায়বসিনি। চেফোঙ অসি ইংরাজী মচা যোশুব্রা মাস মেন কৌবা অমনা এডিটর ওইদুনা পুথোকখিবনি।[৭] চেফোঙ অসি অহানবদা থাগী চেফোঙ ওইরম্মী। মমৈথংদা মীয়াম্না হেন্না পাম্নবদগী চয়োলগী ওইনা ফোঙখি। ইহান হানবা মশীংনা খৃ. কু. ১৮১৮ মেগী তাং ২৩ দা ফোঙখি। চেফোঙ অসিদা ভারতকী অমসুং মপানগী পাউ কয়া ফোঙই। খৃ.কু. ১৮২৯ দা ইংরাজী অমসুং বাংলা লোল অনীদা ফোঙবা চেফোঙ ওইরকখি। চেফোঙ অসি চহী ৩৪ হিংলম্লবা মতুংদা খৃ.কু. ১৮৫২ দা ফোঙবা লেপখি।

মসিগী মতুংদগী বাঙ্গলী মচাশিংনা এডিটর ওইদুনা চেফোঙ কয়া মথং মথং ফোঙবা হৌনরকখি। জর্নেলিজমগী শিনফমদা তশেংনা চঙলকপা মশক নাইবা ভারত মচা অমদি রাজা রামমোহন রায়নি (১৭৭২-১৮৩৩)। মহাক্না বাংলা লোন্দা চেফোঙ ফোঙবা হৌদোকপা অহানবা মীশকনি। খৃ.কু. ১৮২১ দা কলিকাতাদা *সমবাদ কৌমুদী* কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অমা মানা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখি। অদুগা ইংরাজী পাবা হৈতবা ভারত মচাশিংগীদমক্তসু পার্শিয়ান লোন্দা *Mirutul Akbbar* কৌবা খবর অমসু খৃ. কু. ১৮২২ ফোঙলম্মী। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা রামমোহন রায়না ফজরবা, মরীক চৃম্লবা ৱারেং কয়া হাপলম্মী। মহাক্না বেঙ্গলদা চৎনরিবা ধর্ম্ম, সমাজ সংস্কারগী মরমদা মতমদুগী বেঙ্গলগী সমাজদা অনৌবা অহোংবা পুরক্লবা ইরম্মী। মহাক্না ধর্ম্মগী মরীদা অমাং-অশেং খায়বা অমদি সতীগী পথাপ অসিনচিংবগী ময়োক্তা য়াম্না ইরম্মী। মাগী ৱাখলদা নোংচুপলোমগী নীংখা-তম্বগী ৱাখল মওং ময়েক শেংনা য়াওই। অদুগা ভারতকী হিন্দু ধর্ম্মগী অখৃবা চৎনবী অমসুং নীতিবু পামদবগী, সরকারগী অৱাৎপা অশোয়বা কয়াগী মরমদসু ইরম্মী।

মতমসিদা বেঙ্গলদা ইংরাজী খবরদি মরাঙ কায়না ফোঙই অদুবু ফোঙলিবা খবরশিং অদুদি বৃটিশ মচাশিংনা মপু ওইবা অমসুং মখোয়না ফোঙবনি। অদুবু ইহান হানবা ভারত মচানা ফোঙবা ইংরাজী খবর *The Bengal Gazette* অসি কলিকাতাদা খৃ. কু. ১৮২৫ দা গঙ্গাধর ভট্টাচার্জি কৌবা ওজা অমনা ফোঙলম্মী।

---

৭। T.W. Clark, *The Novel in India*, London, 1970

চেফোঙ অসি চহী মরীরোম হিংলম্মী।

মসিগী মতুংদগী কলিকাতা, বোম্বে, মাদ্রাজ অমসুং ভারতকী অতৈ সহর কয়াদা চেফোঙ খবর কয়া মথং মথং ফোঙবা হৌনরকখি। খৃ.কু. ১৯৩০ না কোনবা মতম অসিদা বাঙ্গলী লোন্দা চেফোঙ ১৬ ফোঙখি। অদুগা ভারতগী ওইনা ইংরাজী লোন্দা ফোঙবা খবর ৩৩ লৈখি। জর্নেলিজমনা মথং মথং চাওখৎলকপগী মরম অসি মরুওইনা ইংরাজী শিক্ষা পাক শন্না শন্দোরকপা অমসুং বৃটিশকী জর্নেলিষ্টশিংনা ভারতকী লৈঙাকলোন অমসুং থবক থৌরম কয়াদা পূক্নিং চঙলকপদগীনি।

মতম অদুগী ওইরিবা ভারতকী প্রেসকী ফিভম অসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী মওংনি হায়না বৃটিশ মচাশিংনা লৌরমদে। সরকার পায়বশিংনা আইন কয়া শেমদুনা প্রেসকী নীংতম্ববু নমথনবা হোৎনরম্মী। অদুবু প্রেসকী নীংতম্বা অসি নমথবা ঙমদনা লাকখি। মথং মথং ওইনা ভারত্তা ১৯ শুবা শতাব্দীদা অনৌবা মীকপ থোকপা (রেনাসাঁ) লাকপদগী জর্নেলিজমগী ঈহৌ অসি যাম্না কনখৎলকখি। ভারতকী লোল কয়াদা খবর অমসুং চেফোঙ কয়া ফোঙনবকখি। মতীক চারবা অনৌবা জর্নেলিষ্ট কয়া অমসু থোবকখি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরদসু ২০ শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমদা জর্নেলিজমগী ঈহৌ লাকপা হৌখি। মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবা কয়ানা চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্য শাগৎনবা হোৎনরকখি। মতমদুগী মমিং পনবা য়াবা অঙনবা চেফোঙশিংদি— *মৈতৈ চনু* (১৯২২), *য়াকাযবোল* (১৯৩০), *দৈনিক মণিপুর পত্রিকা* (১৯৩৩), *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা* অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। হায়রিবা চেফোঙশিং অসি অঙনবা মতমদা ফোঙখিবা চেফোঙশিংনি। মখা তাবা মণিপুরদা চেফোঙ হৌরকপগী ইতিহাসতি অনীশুবা পন্দুপতা শুগায়না নৈনজরি।

**চেফোঙনা সমাজদা লৌরিবা থৌদাংঃ**

চেফোঙগা সমাজগা য়াম্না মরী লৈনৈ। নুংতিগী অমদি চয়োলগী ওইনা ফোঙলিবা চেফোঙশিং (খবর কাগজ) অসিদি মরুওইনা রাজনীতি অমসুং সমাজগী থৌদোক থাথোক অমসুং অতোপ্পা লমগী ঈ-পাউশিংগা য়াম্না মরী লৈনৈ।

তশেংবমক, চেফোঙ অমসুং খবরনা সমাজদা অচৌবা থৌদোং লৌরি।

খবর কাগজ কয়া পারগা ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক অমসুং অতৈ অতোপ্পা লৈবাক্তা নুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা থৌদোকশিংগী মরমদা খঙবা ঙম্মী। পৃথিবীগী মফম খুদিংদা থোকপা হাৎন-শুনবগী পাউ কয়াসু খবরদগী খঙবা ঙম্মী। চেফোঙ খবর কয়ানা মীয়ামদা লৌশিং অমসুং শিক্ষা শন্দোকপদা অচৌবা মতেং ওই। শম্না হায়রবদা চেফোঙ হায়বসি মতমগী ইতিহাসনি। চেফোঙদা ফোঙদোক্তবা ৱাফম অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। হৌজিক্তি লাইরিক লাইশু হৈবা হেনগৎলকপগী মতীক চেফোঙ খবর পাবগী চাংসু য়াম্না হেনগৎলক্লি। খবরনা মী পুম্নক্তা কান্নহল্লি। শান্ন-খোৎনবদা মথৱায় য়াম্না য়াওজবা মীশিংনা খবর অমসুং চেফোঙ পারগা অতৈ-অতোপ্পা মফমদা তৌখিবা শান্নবগী পাউ খঙবা ঙম্মী। থবক থিবা মীশিংনা কদায়দা অহাংবা থবক লৈরিবগে হায়বসি খবরদগী খঙবা ঙম্মী। সিনেমা, ড্রামা, ঈশৈ নোংমাইদা পূক্লিং লূপচবা মীশিংনা করম্বা হোলদা করি সিনেমা উৎলিবগে অমদি অনৌবা করি কেসেট ফোঙলবগে হায়বনচিংবা অসি খঙবা ঙমহল্লি। চেফোঙগী মতেঙনা প্রজা মীচম কয়াগী অপাম্বা, পেন্দবা কয়াগী মত ফোঙদোকপদা নত্তনা সরকারগী মফমদা অমদি মরী লৈনবা মীশিংগী মফমদা ফোঙদোকপা ঙম্মী। অদুগা সরকারনসু মখোয়না তৌগদবা থবক থৌরম কয়া ফোঙদোকই। হৌজিক্কী খবর অয়াম্বা রাজনীতিগী মরমদা নৈনৈ। দলশিংগী ফিরেপ মান্নদবা, অমনা অমবু চৈনবা য়েংথিনবগী পাউশিং খবরগী মতেংনা খঙবা ঙমহল্লি। মরমসিনা চেফোঙনা সরকার অমসুং প্রজা অনীগী মরীদসু অচৌবা মতেঙ পাংই, সরকারগী মীওইশিংনা লৈবাক প্রজাগী মফমদা নত্তবা নীতি নিয়ম হেক পায়খৎলকপদা জর্নেলিজমশিংনা মীচম প্রজাশিংগী মফমদা খঙহন্দুনা ইথোরক্তুনা ফত্তবা অদু থিংনবা হোৎনবদা খবরনা অচৌবা থৌদাং লৌই। অহোংবা সমাজগী ঈচেল অমা পুরক্লবা হোৎনবদা চেফোঙনা অচৌবা থৌদাং লৌই। পৃথিবীদা লৈরিবা জাতি খুদিংমক্কী নীংতম্বগী ওইবা করিগুম্বা অওনবা অমা পুরক্লবা হোৎনবদা চেফোঙশিংগী মপান তাংবা ঙাক্তনি। ভারতকী নীংতম্বগী হৌখিবা আন্দোলনশিং কয়াসু চেফোঙ কয়াগী মতেংনা ওইথোকখিবনি।

অসুম্না চেফোঙ খবর কাগজ হায়বসিনা সমাজদা অওনবা, অহোংবা কয়া পুরকহনবদা নত্তনা প্রজা মীয়াম কয়াবুসু অফবা অচুম্বা লম্বীদা চীংশিনহনবা

ঙমহল্লি। অচুম্বা ফিরেপতা যুম্ফম ওইদুনা ইরকপা কনাগুম্বগী পাউজেলশিং কয়া পারুরগা লান্না চৎখ্রগদবা লম্বী কয়াবু অচুম্বদা মায় ওনশিনহল্লকপা ঙমই অমসুং হীরমদুগী মরমদা খঙলমদবা কয়াসু নীংথিনা ভাব তাহনবা ঙমহল্লি। সমাজ অসিগী মনুংদা কনাগুম্বা ফত্তবা মীওইশিংনা প্রজাশিংবু লান্না লমজিংনবা হোৎনবদা চেফোঙশিংনা য়াম্না ফজনা থিংবা অমসুং কনবা ঙমহল্লি। মখোয়না তৌথোরকপা ফত্তবশিং অদুগী মরম পীদুনা খবরদা তোয়না ফোঙলকপা মতমদা অরানবা চৎনবা হোৎনরম্বা লমজীংবশিং অদু নীংহন্নবা পোকহন্দুনা অচুম্বা মায়কৈদা মায় ওনশিনহনবা ঙম্মী। চেফোঙনা সমাজগী অমোৎপা শেংদোকহন্দুনা অফবা সমাজ অমা ওইহল্লি।

মীওইবনা হিংবদা চিঞ্জাক চঙবগুম ৱাখল খন্নবা হোৎনবদা ঈ-পাউ হায়বসি চঙদ্রবা ইয়ামক য়াদে। অদুনা চেফোঙ খবর হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা পাউ পীথোক পীশিনগী খুৎলায় অমগুম্বনি। পৃথিবীদা মমিং চৎখিবা অফাওবা নিংথৌরেল নেপোলিয়ান বোনাপার্টনা চেফোঙবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎতুনা য়াম্না ৱাংনা অসুম্না হায়রম্মী—

*মশীং য়াম্লবা লাম্মী তেঙ্গোল কয়া মায়য়োক্লবদি অকীবা তুংজুংবা পোক্তে;*
*অদুবু খবর কাগজগী চেনা অমগা মায়য়োক্লবদি য়াম্না কীজবা পোকই।*

অদুগা চেফোঙ, খবর কাগজ হায়বসি যাম্না শক্তি-লৈবা, সমাজগা থাদোক্লবা য়াদবা খ্বায়দগী ফবা মরী অমনি।

### চেফোঙগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী ঃ

চেফোঙগা সাহিত্যগা য়াম্না মরী লৈনৈ। চেফোঙনা অনৌবা ৱাখল্লোন অমসুং অনৌবা অইবা কয়া থোরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মফম অমা পী। অফাওবা মশক নাইবা অইবা অমা ওইবক্লবা হোৎনবদা অহানবদা চেফোঙশিংদা খুৎ থাবা ঙাক্তনি। অইবা কয়ানা মশা মশাগী মওং তাবা লাইরিক ফোঙদ্রিবঁগী মমাঙদা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ৱারেং শৈরেং কয়া হান্না হাপ্পা হৌই অমসুং মতৌ অসুম্না সাহিত্যগী পূর্ন্দি শেম শাবা হৌরকই। জর্নেলিজমনা হেক হৌরকপদগী মমিং চৎলিবা সাহিত্যগী অইবা কয়া অসিগা শম্নদুনা লাকপা থেংনৈ। জর্নেলিজমগা সাহিত্যগসু খুৎশম্নদুনা লাকমিন্নরকই। খুদম ওইনা ১৮শুবা শতাব্দীদা ইংরাজী

সাহিত্যগী মমিং চৎলবা অইবশিং– Daniel Defoe, Janathan Swife, Heny Fielding, Steel and Addition, Dr. Samuel Johnson-নচিংবা অসি জর্নেলিজমদা খোঙদারকখিবা অইবশিং ওাক্তনি। Defoe না *Review* কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অমা ফোঙলম্মী। Steel অমসুং Addition সু *The Talter* অমসুং *The Spectator* কৌবা চেফোঙ ফোঙলম্মী। Dr. Johnson সু *The Rambler* কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙলম্মী। মহাক পার্লিয়ামেন্টরী রিপোর্টরসু ওইখি। অদুগা Charles Lumb অমসুং William Hazlitt অনী অসিসু মতম অদুগী মমিং চৎলবা জর্নেলিষ্টনি[৮]।

জর্নেলিজমগী শিনফম অসিনা অইবশিংদা মখল মখাগী এক্সপিরিয়েন্স পী। মসিনা মরম ওইদুনা সাহিত্যগী খুৎশেমদা মতেং য়াম্না পাংই। George Orwell, Whiteman, Mark Twain খোয়গী খুৎই ষ্টাইলদা জর্নেলিজমগী মমি য়াম্না তাই। Charles Dickens সু মশাগী চহী ১৮ শুবদা য়াম্না ফবা পার্লিয়ামেন্টরী রিপোর্টর ওইখি। মদুদগী ফঙলকপা এক্সপিরিয়েন্স অদুনা মাগী উপন্যাসকী মচাক ওইনা শীজিন্নখি। G.B. Shaw না *The Saturday Review* গী আর্ট ক্রিতিক ওইখি। Orwell না *Tribune* গী *As I Please* হায়না মমিং থোনবা লামায়দা য়াম্না কুইনা ইখি। মমিং চৎলবা আমেরিকাগী কবি Walt Whiteman সু চহী ২৫ চুপ্পা জর্নেলিজমদা য়াওরম্মী। মহাক মশামক রিপোর্টর অমসুং এডিটর ওইরম্মী। অদুনা সাহিত্যগী নোভেল প্রাইজ ফংখিবা Ernest Heningway সু *Kansar City Star* গী লানগী পাউমীসু ওইরম্মী। অসুম্না পৃথিবীগী মমিং চৎলবা অইবা কয়া অহানবদা জর্নেলিষ্ট ওইনা হৌরকখিবা নৎত্রগা চেফোঙগা শম্নরকপনা অয়াম্বনি। খুদম ওইনা মমিং খরা পল্লবদা পৃথিবীগী ওইনা শকখঙনরবা John Steinback, Eugrene O'Nell, Sinclair Lewis, Robert Frost, Emila Zola, Gabriel Garcia Margue নচিংবা অইবশিং অসি জর্নেলিজমগা মরী লৈনৈ।

ভারতকী ইহান হানবা ওইনা ইংরাজী মচা James August Hicky না

৮। নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, *জর্নেলিজম অমসুং সাহিত্য*, পোক্লফম ১৬ শুবা কূমওন (১৯৭৫-১৯৯১), সপপ্লিমেন্টরী, ফেব্রুৱারী ১, ১৯৯০

ইংরাজী লোন্দা ফোঙখিবা *Bengal Gazette* হায়বসিদা *A Poet's Corner* হায়দুনা শৈরেংগী শরুক য়াওবা চেনা অমা হাপ্লম্মী। মসিদা মখল মখা কয়াগী শৈরেং ফোঙলম্মী। অদুগা James Silk Buckingham গী মমিং চৎলবা *Calcutta Chronicles* চেফোঙসিদসু ইংরাজী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা অইবা কয়া মশক তাক্লবা হোৎনৈ। মহাক্না ভারত মচাশিংগী মফমদা Byron, Walter Scott অমসুং Hustington Irving নচিংবা অফাওবা অইবা কয়াবু মশক তাক্লবা হোৎনখি। অসুমনা জর্নেলিজমনা ভারত্তা নোংচুপলোমগী সাহিত্য শন্দোকপদা মতেং য়াম্না পাংলম্মী।

অদুগা ভারত্তসু জর্নেলিজমগা সাহিত্যগা থাদোক্লবা য়াদনা লৈবিবা মরী অসিগী মশক অসি জর্নেলিজম হৌরকপদগী অদুম উবা ফংই। মমিং চৎলবা ভারতকী অইবা কয়া চেফোঙ কয়াগা শম্নরকপা ঙাক্তনি। চেফোঙশিংনা মখোযগী সাহিত্যগী যূম্ফম ওইরগা মমৈথংদা ফাওরকখিবনা অয়াম্বনি। রাজা রামমোহন রায়, দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুর, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, তিলক, শ্রীঅরবিন্দ, গান্ধী, বঙ্কিমচন্দ্র, শরৎচন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, মুনশী প্রেমচন্দনচিংবা অফাওবা অইবশিং অসি অহানবদা চেফোঙ অমসুং খবরগা মরী লৈনরকই। মখোয়গী শৈরেং, ৱাবেং, উপন্যাস কয়া লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈদা অহানবদা চেফোঙশিংদা ফোঙবা হৌরকখিবনি।

ভারতকী ওইনা বাংলা লোন্দা ইহান হান্না ফোঙখিবা *সমাচার দর্পন* (১৮১৮) হায়বা চেফোঙসিদা বেঙ্গলগী শীংথানিংঙাই ওইরবা ৱারী কয়া হাপখি। অদুগা রামমোহন রায়না সম্পাদক ওইদুনা পুথোকখিবা *সম্বাদ কৌমুদী* (১৮২১) হায়বা চেফোঙসিদা রামমোহন রায়না মতমদুগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজ সংস্কারগী মরমদা ফজরবা ৱারেং কয়া হাপখি। অদুগা ভাভানি চরন বন্দোপাধ্যায়না সম্পাদক ওইদুনা পুথোকপা *সমাচার চন্দ্রীকা* (১৮২২) হায়বসিদসু *নববাবু বীলাস* অমসুং *নববীলাস* হায়বা ৱারীমচা অনীসি ফোঙখি। খৃ. কু. ১৮৪২ দা *তত্ত্ব বোধিনি পত্রিকা* হায়বা রবীন্দ্রনাথকী মপা দেবেন্দ্রনাথনা শিল্লগা অক্ষয়কুমারী দত্ত হায়বা মীশক্না সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখি। হায়রিবা চেফোঙ অসিদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা মতমদুগী বাঙ্গলী লোনগী ৱারেংবু মপূং ফাহন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী। অসুম্না মথং মথং ওইনা বাংলা সাহিত্যবু নুংশিজবা লময়ানবা

অইবশিংনা চেফোঙ কয়া ফোঙলক্কুনা বাংলা সাহিত্যবু শাগৎপা হৌনরকখি।

বাংলা সাহিত্যগী থোইদোক্লা লময়ানবা ওইরিবা বঙ্কীমচন্দ্র মশামকসু অহানবদা জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা হৌরকখি অমসুং মহাক্কী সাহিত্যগী পোথোক কয়াসু চেফোঙ কয়াদা অহানবদা ফোঙখিবনি। *সম্বাদ প্রভাকর* (১৮৫৩) কৌবা ঈশ্বরগুপ্তনা সম্পাদক ওইনা ফোঙখিবা চেফোঙদা বঙ্কীমগী *ললিত*, *পুরাকালিক গল্প; তথা মানস* ফোঙখি। *Indian Field* (১৮৫৪) কৌবা চেফোঙদা বঙ্কীমগী অহানবা ইংরাজী লোন্দা ইবা *Rajmohan's Wife* উপন্যাস অদু ফোঙখি। খৃ.কু. ১৮৭১ দা *Calcutta Review* দা Bengali Literature অমসুং Sankhya Philosophy কৌবা ৱারেং অনীসি ফোঙখি।

মতমদুগী বেঙ্গলদা খ্বাইদগী মমিং চৎখিবা চেফোঙদি বঙ্কিমচন্দ্রগী *বঙ্গদর্শন* নি। চেফোঙ অসি বঙ্কীমচন্দ্রনা খৃ.কু. ১৮৭২ দা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা হৌখি। চেফোঙ অসিদা মখল মখা কয়াগী ৱারেং, শৈরেং, নোভেল অমদি আলোচনা কয়া হাপলকখি। নৌহৌনা থিজিনবগী মীৎয়েং য়াম্না বৈজ্ঞানিক অমসুং একাদেমিক ওইনা খন্ন-নৈনবা হৌদোক্কুনা মতম অদুগী লাইরিক লাইশু হৈরবা বাংলা মচাশিংদা অনৌবা ঈহৌ অমা পুরকহনখি। মতমদুগী বাংলা সাহিত্যদা সংস্কৃত অমসুং নোংচুপকী ইংরেজী সাহিত্য অনীবু অৱাংবা ওইনা তম্নরম্মী। মীরায়রুরবা বাংলা সাহিত্যবু চাওখৎনবা, য়োকখৎনবা বঙ্কীমনা অকনবা প্রভাব কয়া চেফোঙশিংদা ফোঙদোকখি। হায়রিবা চেফোঙসিদা বঙ্কীমগী *বিষবৃক্ষ* অমসুং *রজনী* খৃ.কু. ১৮৭৩ দা ফোঙখি। অদুগা বঙ্কীমগী খ্বাইদগী মমিং চৎখিবা *কৃষ্ণকান্তের উইল* খৃ.কু. ১৮৭৫ দগী ১৮৭৭ ফাওবা মথং মথং ওইনা ফোঙখি[১]। *বঙ্গদর্শন*গী চহী মরীগী মনুংদা বঙ্কীমচন্দ্রনা ৱারেং ৭৮, উপন্যাস ৭, শৈরেং ১ ইদুনা ফোঙখি। দর্শন, ধর্ম্ম, কলা, সাহিত্য, বিজ্ঞান অমসুং সমাজগী সমস্যা কয়াগী মরমদা ইবা মহাক্কী ৱারেংশিং অদুনা মতম অদুদা অনৌবা মীৎয়েং অমসুং অনৌবা ৱাখলগী ঈরাং ভাবতমচাশিংদা পুরকহনখি। হায়রিবা চেফোঙসি মতম

১। নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ – *বঙ্কীমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী পুন্সি ৱারী*, নীংশিং চেফোঙ। বঙ্কীমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মরমদা সেমিনার অমসুং লাইরিক মেলা, ওক্টোরব, ১-৫, ১৯৮৯




খরা লেপলূরবা মতুংদা *প্রচার* কৌবা চেফোঙ অমসুং বঙ্কীমনা ফোঙখি।

অসুম্না মথং মথং ওইনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা খৃ.কু. ১৮৭৭ দা ভারতী হায়বা চেফোঙদা মহাক্কী *ভানু সিংহের পদবলী* হায়বা শৈরেং অসি য়াম্না মশক ওইনা হাপ্পা হৌখি। হিন্দী সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎখিবা মুনশী প্রেমচন্দসু মহাক্কী ৱারীমচা অমদি উপন্যাস কয়া লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিবদা চেফোঙ কয়াদা অহানবা ওইনা ফোঙখিবনি। মহাক্কী অহানবা ৱারীমচা লাইরিক *সোজে ৱতন* হাবসি খৃ.কু.১৯০৮ গী আগষ্ট থাদা মহাক্কী মরুপ মুনশি দয়ানরায়ন নিগমনা পুথোকপা *জমানা* চেফোঙদা ফোঙখি। অদুগা মহাক্কী *বড়ে ঘরকি বেতি* কৌবা ৱারীমচা অসিসু চেফোঙসিদা খৃ. কু. ১৯২০ গী ডিসেম্বর থাদা ফোঙখি।[10] অদুগা মহাক্কী অহানবা উপন্যাস *অস্রারে মণ্ডির* (মন্দিরদুগী অঙকপা) হায়বসি বনারসকী হাপ্তাগী ফোঙবা উর্দ্দু চেফোঙ *অৱাজে খলক* (ওক্টোবর ১৯০৩-১৯০৫) দা ফোঙখি। অসুম্না বেঙ্গলদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলকপা লময়ানবা কয়ানা য়াম্না ৱানা বৃটিশ শাসনগী মখাদা চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা ভারতমচাশিংবু অনৌবা ৱাখল পোকহনবগা লোয়ননা নীংতম্বগী থৌনা চেলহনখি অমদি অনৌবা বাংলা সাহিত্যগী যুগ অমা হৌহনখি।

অদুগা আসামগী অনৌবা সাহিত্য শেমগৎপগী মতাঙদসু, চেফোঙনা য়াম্না চাউবা থৌদাং য়াখি। আসামগী লোন্দা ফোঙবা অহানবা লাইরিক্তি আত্মরাম শর্ম্মানা ইংরেজীদগী আসামীদা হন্দোকপা *বাইবল* অসিনি। মসি খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম শন্দোকপা ৱিলিয়ম কেরীনা খৃ. কু. ১৮২০ দা বেঙ্গলদা লৈবা শ্রীরামপুরগী প্রেসতা ছাপা নম্লবা ফোঙবনি। ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পানিনা আসামী অসি স্কুলশিংদা তমহনবা য়ারবসু আসামদা বেঙ্গলীনা খৃ.কু. ১৮৭৩ ফাওবদি ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ ওইনা শীজিন্নরম্মী। মমালোন আসামীগী মহুত্তা বেঙ্গলীনা মখোয়গী লমদমদা ওফিসিয়েল লোন ওইনা শীজিন্নবা অসি য়ানীংদবা ফোঙদোক্লুনা প্রতিবাদ তৌবা আসামী মচা কয়া চোংথোক্লকখি। মখোয়গী মরক্তা নহা ওইরিবা অইবা কয়াসু য়াওরম্মী। মখোয়না *অরুনোদোই* (১৮৪৬-৮২) কৌবা থাগী চেফোঙ অমা ফোঙবা হৌরম্মী। মসিদা লমদুগী পাউ-ঈ ফোঙবা নত্তুনা পৃথিবীগী ঈ-পাউ কয়া

১০। বীরমঙ্গল, *মুনশী প্রেমচন্দ*, জুন ১৯৮০, লাঃ ৩৮, ৮০, ২৭

ফোঙলম্মী। মসিগা লোয়ননা ৱারী, শৈরেং কয়া হাপ্তুনা ফোঙলম্মী। মমিং চৎলবা খূৎমাবা অইবশিং এ.দি.ফুকন, তেরেমিয়া অমসুং জি, বেজবরুৱানচিংবা অসি *অরুনোদোইগী* চেনাশিংদা মখোয়গী সাহিত্যাগী পূন্সি শেম্বা হৌখি। তশেংনমক চেফোঙসিনা আসামী সাহিত্যগী রেনাসাঁ পুরকপদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। অদুগা আসামী সাহিত্যদা রোমান্টিক পেরিওদ হৌরবা মতমদা নহা ওইরিবা অইবশিংনা *তোনাকি* (১৮৮৯-৯৩) কৌবা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা ফোঙখি। চেফোঙ অসিদা ভোরানাথ দাস (১৮৫৮-১৯২৯), রত্ননেশ্বর মহন্ত (১৮৬৪-৯৩), কমলাকান্ত ভট্টচার্য্য (১৮৫৩-১৯৩৬) নচিংবনা ৱারেং, শৈরেং কয়া চেফোঙ অসিদা ফোঙখি।[১১] মতৌ অসুম্না সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী চেফোঙ কয়ানা আসামগী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। মরমসিনা চেফোঙনা জাতি খুদিংমককী অনৌবা সাহিত্যগী খোঙহৌ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌই।

মণিপুরদসু জর্নেলিজমনা সাহিত্যগা লৈনবা মরী অসি মণিপুরী চেফোঙশিংনা হৌরকপদগী অদুম্মক লৈরক্লে হায়বা য়াই। মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবা কয়া চেফোঙশিংগা খূৎশম্নরকপা থেংনৈ। অঙনবা মতমগী লময়ানবা অইবশিংনা চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা মখোয়গী সাহিত্যগী পূন্সি শেম্নবা মতুংদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপা হৌখিবনি। হিজম ইরাবত, খ্বাইরকপম চাউবা, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, অশাংবম মীনকেতন, খুমন্থেম ইবোহল, রাজকুমার শীতলজিৎ, রাজকুমার ঝলজিৎ, নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, এলাংবম নীলকান্ত, পাচা মীতৈ, সমরেন্দ্র অমসুং তোংব্রানচিংবা অইবা কয়া অসি মণিপুরী চেফোঙশিংগা শাগোন্নরকপা থেংনৈ।

লময়ানবা অইবশিংগী শৈরেং, ৱারেং, উপন্যাস, দ্রামানচিংবগী লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা চেফোঙশিংদা খূৎথারকখিবা ঙাক্তনি। মণিপুরদা হিংজম ইরাবতনা ইহান হান্না *মৈতৈ চনু* কৌবা চেফোঙ অমা খূৎনা ইদুনা খৃ. কু. ১৯২২ দা পুথোকখি।[১২] চেফোঙ অসি মশীং য়াম্না পুথোকপা ঙমখিদ্রবসু

১১। Navakanta Barua, Introduction, *Assamese Poetry,* The Directorate of Information & Public Relations, Assam, 1980, p. VI-VIII

১২। লোংজম রীতিচন্দ্র সিংহ, *মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত*, ১৯৭৭, লা. ১০

মতমদুগী অইবা খুৎমাবশিংগী শৈরেং, ৱারেং কয়াগী মফম পীখি। চেফোঙসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী থোইদোক্পা শীংথানিংঙাই ওইরবা লময়ানবা কবি কমলগী শৈরেং "মৈতৈ চনু" খৃ.কু. ১৯২৪ গী ইসুদা হাপখি। ইরাবতনা "অনৌবা যুগ" কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অমসু খৃ.কু.১৯৪৭ তা ফোঙখি।

মীকপ থোকপা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মরুওইবা চেফোঙ অমদি *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা*-নি। লময়ানবা কবি দরেন্দ্রজিৎনা খৃ. কু. ১৯৩৩ দা মসিগী সম্পাদক ওইখি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা অইবা কয়াগী শৈরেং, ৱারেং ফোঙদুনা অনৌবা সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপদা ঈনোৎ হাপখি। চেফোঙসিদা মথংশিংনা কবি কমলগী *ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা*, এস. কৃষ্ণমোহনগী *লমন*, অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী *হেম প্রভান*চিংবা ৱারীমচা ফোঙখি। হিজম অঙাংহলগী *মৈতৈরেং, মমিৎ তাংবদা মচু তাকপা; শজিক মচিন সনা তোপ্পা চেদ, ললোনপোৎ, লৈরাংলেন, খঙবা* হায়বনচিংবা শৈরেংশিং অসি মথং মথং ফোঙখি। অদুগা দরেন্দ্রজিৎ মশামক্কী *মোইরাং থোইবী নাটক*, মুতুম ঝুলোনগী *বিজয় পঞ্চলী, মধু মালতি*নচিংবা অসি মথং মথং ওইনা ফোঙখি।

অঙনবা মতমগী অইবশিংগী মনুংদা শীংথানরিবা খ্বাইরাকপম চাউবসু জর্নেলিষ্ট ওইনা হৌরকখি অমসুং মণিপুরী সাহিত্যবু শেমগৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। চাউবনা *মীংনাইবী* কৌবা চেফোঙ অমা খৃ. কু. ১৯৪৭ কী আগষ্ট অমদা ফোঙখি। *জ্যোতি* (১৯৪৮) চেফোঙসি মীনকেতন অমসুং খ্বাইরকপম চাউবা অনীনা মথংশিংনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখিবনি। *জ্যোতি* চেফোঙসিগী অহানবা মশীংদা মীনকেতনগী *নোঙ্গুমলকখোদা* হায়বা শৈরেং অসি ফোঙখি। অদুগা কবিগী *তোনু লাইজিংলেম্বী* লীলাসু মথং মথং ইসু কয়ারক্তা ফোঙখি। অদুগা খ্বাইরাকপম চাউবগী *ধর্ম্মগী মরু, ধর্ম্ম* অমসুং *আচার* হায়বা ৱারেং অসি ফোঙখি। অদুগা চেফোঙসিগী ১০,১১,১২শুবা মশীংশিংদা হিজম অঙাংহলগী *মৈতৈ লৈরাং, মিংচৎ থিবা, অরেম্বা নত্তে* হায়বা শৈরেংশিং অসি ফোঙখি।

অসুম্না মথং মথং রাজকুমার শীতলজিৎসু *তরুন মণিপুর* (১৯৩৮) অমসুং *মণিপুর মতম* (১৯৩৯) কৌবা চয়োলগী চেফোঙ অনী ফোঙখি। *তরুন মণিপুর*গী

মরীশুবা মশীংদা দরেন্দ্রজিৎকী *সৌরজগৎ*, ডাক্তর লৈরেনগী *খগুবদা কান্নবা পাউ* অমসুং শ্রীকৃষ্ণমোহনগী *অচুম্বা থিবা* হায়বা বারেংশিং অসি ফোঙখি। রাজকুমার ঝলজিৎসু *অনৌবা মতম* কৌবা নুংতিগী ওইবা চেফোঙ অমা খৃ.কুম. ১৯৪২ দা ফোঙখিবা অদুগা খুমন্থেম ইবোহলসু *সাহিত্য ঈচেল* কৌবা থাগী চেফোঙগী সম্পাদক ওইখি। কবি রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎসু *পি-থাদোই* কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙলম্মী।

অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যবু শেমগৎপদা থোইদোক্না অচৌবা থৌদাং য়ারকখিবা চেফোঙশিংগী মনুংদা *য়াকায়রোল*, *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা*, *জাগরন*, *মৈতৈ*, *মৈরিক*, *নহারোল*, *কিষান মেগাজিন*, *ইমারোল*নচিংবা পনবা য়াই। *য়াকায়রোল*না মৈতৈলোন্দগী ইহানবা হানবা থাগী চেফোঙনি। মসি ডাক্তর লৈরেননা সম্পাদক ওইদুনা খৃ.কুম. ১৯৩০ দা ফোঙবনি। চেফোঙসিদা শক্লাইনরবা অইবা কয়াগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা কয়া ফোঙখি। শ্রী সর্বজিৎ সিংহগী *য়ুম পানবা* ৱারীমচা, নবদ্বিপচন্দ্রগী *শ্রীসরস্বতীবু খুরুমজবা* শৈরেং অমসুং হিজম ইরাবতকী *নুপীনা লাইরিক তম্বা* (ৱারেং) অসিসু মথং মথং ওইনা ফোঙখি। *জাগরণ* (১৯২৪) চেফোঙসিদি মণিপুরগী মপাললোমদগী ফোঙলকখিবনি। চেফোঙ অসিদা কমলগী *মাতৃ তর্পন* অমসুং *চির বিদায়* শৈরেংসি ফোঙখি। *ইমারোল* চেফোঙসিদসু শৈরেং, ৱারেং অমসুং মণিপুর সমাজগী সমস্যা কয়াগী মরমদা ফোঙদোরকপা থেংনৈ। চেফোঙসি ৱাহেংবম *নারান্না* খৃ. কু. ১৯৪৭ দা থাগী ওইনা ফোঙবনি। চেফোঙসিদা মথংশিংনা শ্রীবাসুদেব শর্ম্মাগী *বন্দে মাতরম* (শৈরেং), উপেন্দ্রনাথকী *সাহিত্য অমসুং সমাজ*, শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী *বিনোদ বাসন্তী*, শ্রীএলাংবম নীলকান্তনা বাংলাগী গীতাঞ্জলিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা *ভারত তীর্থ* (শৈবেং), মোইরাংথেম দেবগী *মৈতৈলোনগী ফীভম*, হিজম গুনগী *বিদায়* (শৈরেং) শ্রী নীলকান্তগী *মৈতৈ সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং*, শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী *নোংমগী থাবল* (শৈরেং), ৺মণিস্না শর্ম্মাগী *ইমা সংস্কৃত*নচিংবা কয়া ফোঙখি। খৃ. কু. ১৯৪১ দা ফোঙবা নহারোলগী *য়াওশং*, মমৈথংদদি অখন্নবা ৱারেং কয়া অমা হাপ্নরকখি। খরদং পল্লবদা শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপালগী *মণিপুরী জগোই মশক থিবা*, শ্রীতোমচাগী *ইতিহাসকী কান্নবা*, শ্রীহৱাইবম রণবীরগী *নহারোল*নচিংবা ৱারেং কয়া হাপখি। অদুগা নহারোলগী *পূজা* মশীংদা রাজকুমার

শীতলজিৎকী *লুহোংবা নুমিত্তা* (ৱারীমচা), এম. কে. বিনোদিনীগী *ছাত্রগী মথৌ* হায়বা ৱারেংসু হাপখি।

*কিষান মেগাজিন* (১৯৫০) অসি যুম্নাম য়াইমনা সম্পাদক ওইবা কংগ্রেসকী থাগী চেফোংনি। অদুবু চেফোং অসিদা সাহিত্যগা মরী লৈনবা শক্লাইবশিংগী খূৎই ফোংদুনা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদা অচৌবা মতেং পাংখি। চেফোংসিদা শীতলজিৎকী *করি ইশিগে*, শ্রীহেমাম কলাগী *কংথোকপা*, শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহগী *কিপিটেলিজম* অমসুং *ওপরেটিভ মোভমেন্ট*, জি.সি. তোংব্রাগী *লৌমী হৌগৎপীরোনচিংবা* ফোংখি।[১৩]

অনৌবা মণিপুরী শৈরেং হৌদোকপা কবি অমা ওইনা শীংথানরিবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত মশামকসু জনেলিষ্ট অমা ওইনা হৌরকখি। মহাক্কী সাহিত্যগী মচাক কয়া লাইরিক ওইনা ফোংদ্রিঙৈদা চেফোং কয়াদা শক তাকখিবনি। মাগী *শকখঙদবা* (শৈরেং) কলিকাতাগী ছাত্রশিংনা ফোংবা *খোঞ্জেল* (জুলাই, ১৯৫১)দা ফোংবা হৌখি। নীলকান্তনা *মীৎয়েং* কৌবা থাগী চেফোং অমা খৃ.কুম. ১৯৫১দা ফোংখি। হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা কবি অমা ওইনা শীংথানরিবা লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী অহানবা, মমিং চৎলবা *লৈলাংবা* কৌবা শৈরেং অসি কলিকাতা মণিপুরী ষ্টুদেন্টস কংগ্রেসকী অহানবা চেফোং *খোঞ্জেল*গী অহানবা মশীং (ডিসেম্বর, ১৯৪৮) দা ফোংখিবনি।

*সাহিত্য* (১৯৫৬) চেফোংগী অহানবা সম্পাদকসু নীলকান্তনা ওইখি। শ্রীনোংথেম্বম কুঞ্জমোহনু *মৈরিক* কৌবা ৱারীমচাগী ওইবা চেফোং অমা খৃ.কু. ১৯৭৪ গী ওক্টোবর থাদা ফোংখি। হায়রিবা চেফোং অসিনা অনৌবা নহারোল ওইবা কয়াগী মোর্দন ওইবা ৱারীমচাগী মশক শাগৎপদা অচৌবা মতেঙ পাংখি। চেফোং অসিদা কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন, বীরমণি, ইবোমচা, প্রিয়োকুমার, প্রেমচান্দ, কিশোরচান্দ, ইবোহলবীনচিংবগী ৱারীমচা কয়া ফোংখি। মখোয়গী খূৎইশিংনা অনৌবা মীৎয়েং অমসুং ৱাখলগা লোয়ননা মতমগী পূক্নিংগা চানবা ৱারীমচা কয়া ফোংলকখি। ভাব তানা অনৌবা, পান্দম অমগা লোয়ননা চঙশিল্লকপা খোঙথাং অমনি। হোংলক্লিবা পূক্নিংগী শক্তম পুদুনা অনৌবা ৱারীমচাগী শক্তম অমা শাগৎপা থেংনৈ। হায়রিবা অনৌবা অইবশিংগী ৱারীমচাগী শক্তম

১৩। রাজকুমার শ্রীম্নাহল সিংহ, বি.কম. *মৈতৈ চেফোং*, ১৯৮২

অমা শাগৎপা থেংনৈ। হায়রিবা অনৌবা অইবশিংগী ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদা য়াওরিবা ৱারী কয়া অহানবদা চেফোংসিদা ফোংবা হৌখিবনা অয়াম্বনি। চেফোং অসি চহী মরীরোমতমক হিংলম্লবসু চেফোংসিনা অনৌবা ৱারীমচাগী ঈহৌ শাগৎপদা অনৌবা মতেং পাংখি।[১৪] কুঞ্জমোহননা *ৱাখল* (১৯৬৮) গীসু অহানবা সম্পাদকসু ওইখি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ নৌবা উপন্যাসকী মচাক পুথোরকখিবা পাচা মৈতৈসু জর্নেলিষ্ট ওইনা হৌরকপা থেংনৈ। পাচানা মতম মতমগী ওইবা চেফোংশিংদা ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচানচিংবা কয়া ইদুনা ফোংখি। *ৱাখল* অমদি *মতম* (থাগী চেফোং ওইরিঙৈ) গী কলমনিষ্ট অমা ওইবদা নত্তনা *ইম্ফাল টাইমস* কৌবা চয়োলগী চেফোং অমা খৃ.কু. ১৯৭৪গী জানুৱারী থাদা ফোংদুনা মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং পাংখি।

পাচানা *মতম* (থাগী চেফোং) কৌবা চেফোংদা খৃ.কু. ১৯৭৪ গী নবেম্বর থাদা *মৈতৈলোন মাগী লাইবক* হায়বা ৱারেং অমা ইদুনা ফোংখি। অদুগা চেফোংসিদা মথংশিংনা *উলফ অমসুং মাগী নুংগী শক্তম*, *পাসকেল অমসুং মাগী থোতস*, *ইমাজিনেসন অমসুং মীওইবগী মরী*, *নীংঙমদ্রবা*, *ঐ অমসুং কাল জেসপরগী ঐ* হায়বা ৱাবেংশিং অসি ইদুনা ফোংখি। অদুগা *ৱাখল* চেফোংসিগী অহানবা মশীং জানুৱারী খৃ.কু. ১৯৬৮ দগী পরীং নাইনা চৎথবা হৌখিবা *লোক সাহিত্য* কলমদা পাচানা শৈরেং কয়াসু ফোংখি। মরুওইনা লোক সাহিত্যগা মরী লৈনবা *মৈতৈ খল্লক ঈশৈ*, *মৈতৈ ফুঙ্গাৱারী*, *মৈতৈ লাই হরাওবগী ঈশৈ* হায়বা শৈরেং ৱাবীনচিংবা কয়া ফোংদুনা পুথোকখি।

অদুগা *মালৈয়া* কৌবা চেফোংদা *নিংথৌরেল অরোল অথুপ*, *মৈত্রবাককী অপীকপা লাইনিংথৌ*, হায়বা খৃ.কু. ১৯৪১ গী মণিপুর ইতিহাসকী থৌদোক্কী মরমদা ইবা য়াম্না নীংথিবা অশাংবা ৱারেং অমসু মথং মথং ফোংখি।[১৫]

অসুম্না চেফোংশিংনা অনৌবা অইবা কয়া পুথোক্লবা হোৎনবদা অমদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। মতম

---

১৪। *মৈরিক*, অনীশুবা চহি, অনীশুবা মশীং, ১৯৭৫

১৫। লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, *পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য*, ইম্ফাল, জুন, ৩, ১৯৯১

মতমগী ওইবা সাহিত্যগী ঈচেল, ইবগী মওং খূৎই ষ্টাইল কয়া মতম অমদা ফোঙবা মণিপুরী চেফোঙশিংদা ময়েক শেংনা মমি তাই। মরম অসিনা ঐখোয়না মতম মতমগা চান্নবা ফোঙখিবা চেফোঙ কয়া নৈনরুরগা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস শাগৎপদসু চেফোঙশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌরি। তশেংনা মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবদা মণিপুরী চেফোঙশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌরি। মরমসিনা মণিপুরী চেফোঙশিংগা মণিপুরী সাহিত্যগা মতম পূম্নমক্তা থাদোক্লদনা চৎমিন্নে।

মথক্তা চেফোঙগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী লৈনবগী মতাংদা চেফোঙনা য়ারিবা থৌদাং উৎখ্রে অমসুং অইবশিংনা মশাগী সাহিত্যগী পূন্সি শেম্নবা হোৎনরকপদা চেফোঙনা মরুওইবা য়ূম্ফম ওই হায়বসি উৎখ্রে। অদুবু চেফোঙনা সাহিত্যদা য়ারিবা থৌদাং অসি মসিদগী হেনবা অচৌবা, কান্নবা কয়া অমসু লৈরি।

মতমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না চেফোঙ হায়বসি পূন্সিগা থানবা য়াদবা পোৎশক অমা ওইরকই। মসিগা লোয়ন-লোয়ননা চেফোঙনা অনৌবা মখলগী খূৎই কয়া মীয়ামদা তত্তনা পীনবা হোৎনরকই। অদুনা চেফোঙনা অনৌবা সাহিত্যগী ওইবা খূৎই কয়া অমসুং হৌদোবকই। মসিনি চেফোঙনা ওইহল্লকপা সাহিত্যগী খূদোল অমনি। লমকোয় ৱারী হায়বসিসু চেফোঙদগী থোবকপা খূৎই মওং অমনি। হৌজিক্কী মতমদা উপন্যাস অমসুং ৱারীমচানচিংবদা জর্নেলিষ্টিক ষ্টাইল হায়বা অমা লাক্লিবসি জর্নেলিজমনা সাহিত্যদা পীরকপা খূদোল অমনি। মসিগী মথক্তা চেফোঙনা য়ারিবা য়াম্না মরুওইবা থৌদাংদি লাইবিক মশক তাকপনি। চেফোঙ কযাদা খবর কয়াদা লাইরিক মশক তাকপগী চেনা কায়থোক্লনা ফোঙলি। মসিদগী ঐখোয়না অনৌবা লাইরিক কয়াগী মশক খঙবা ঙম্মী। মসিগা লোয়ননা লাইরিক্কী অফ-ফত্তগী মগুণসু লেপ্পা ঙম্মী। শম্না হায়রবদা চেফোঙনা আলোচনাগী ওইবা শরুক অমা য়াম্না নীংথিজনা দান তৌই। চেফোঙনা অইবশিং শেমগৎলি, অইবশিংগী য়ূম্ফম থোল্লি, অইবশিংগী পূন্সি শেম্মী। মসিগা লোয়ননা অনৌ অনৌবা সাহিত্যগী মওং খূৎই কয়াসু পুথোরকই।

## অনীশুবা পন্দুপ

## মণিপুরী চেফোঙ হৌরকপগী ইতিহাস

খৃ.কুম. ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুববু খুদুম চল্লবা মতুংদা মণিপুবী সমাজদা হীবম কযাদা অহোংবা কযা লাকখি। অসিগুম্বা লাকখ্রিবা অহোংবা কযা অসি বৃটিশনা শাসন তৌববা মতুংদা অনৌবা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কযা পাযখৎলকপদগী ওইবকখিবনি। মকুওইনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা মণিপুবদা লাকপা হৌখি। খৃ.কুম. ১৮৮৫ দা বৃটিশনা মণিপুবদা জোনস্টোন স্কুল লিংখৎখি অমসুং মথং মথং ওইনা প্রাইমাবী স্কুল কযাসু লিংখৎলকখি। অদুগা খৃ.কু. ১৯১০ দসু মণিপুবদা এড়কেসন দিপার্টমেনট লিংখৎলক্লুনা শিক্ষাগী লমদা হেন্না চাউখৎনবা হোৎনবকখি। হাযবিবা মতম অসি মণিপুবদা চূড়াচান্দ মহাবাজনা পানবা (১৯০৭-১৯৪১) মতমনি। অসুম্না মণিপুবগা বৃটিশকা শম্নকুবদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মঙাল ফংলবা নহাবোল কযা চোংথোবকখি। মমাঙঙৈগী মতমদা হাযবসি মধ্যযুগকী মতমদা পৃথিবীগী ঈবাং কযা শম্নদনা পেনথোক্লা হবাও তযাম্না হিংলম্বা পৃক্সি অদুদগী থাদোক্লুনা মশা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মবন্নাইগী মীৎযেৎ পুথোবকই অমসুং বাখল, লৌশিং, জ্ঞান চাউথোবক্লুনা লৈবাক্কী সমাজগী

ফিভমদা মীৎয়েং চঙবা গুল্লকখি। সমাজগী চাউখৎ-থৌরাংগী অদুগা লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদাগী মরমদা, মহৈ-মশিং তম্বগী হীরমদা, লোয়ননা রাজনীতিগী অমদি অর্থনীতিগী মায়কৈদসু ইনৌ নৌবা ৱাখল্লোন কয়া পুরকখি। মীওইবগী মশাগী মমল মশানা খঙজরকখি। লৈবাক্কী নিংথৌনা অমদি অঙম অথৌশিংনা প্রজাশিংগী শক্তিবু লান্না শীজিন্নরম্বা কয়া খঙলকখি। প্রজাশিংবু নমথদুনা মশাগী অধিকার মৃৎথৎতুনা থবক তৌহনবনি খঙলক্লুনা খৃ.কুম. ১৮৯০ দা *লাল্লুপ* কারম্বা মৃৎথৎলকখি। লাল্লুপ মৃৎথৎপগী ৱাখল অসি মশা মশাগী মরন্নাইগী ওইবা নীংতম্বা ফংনিংদবদগী ফংলকপা মতমদুগী সমাজগী মশক্নি।

মহৌশাগী খৃৎশেমদা লৈবাক অসি চীংলোন মাপন্না কোয়শিন্দুনা লৈরবসু মতমগী ঈচেলনা মপালগী ঈরাং ফংলকপা মপানগী লৈবাক্তা করি তৌনরি, মমালোনবু করম্বা থাক্তা থম্নরিবগে হায়বগী ৱাখল অসি মতমদুগী নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং হৈরবা নহারোল কয়াগী থম্মোয়দা ইহান হানবা ওইনা অপূনবা লীচিং অমা ওইনা ফাওবা হৌরকখি। মতম কুইনা মণিপুরগী সাহিত্যবু কূপশিন্দুনা থল্লুরবগী মতুংদা মতমদুগী নহারোলশিংগী থম্মোয়দা নৌহৌনা মরৈবাক মমালোনগীদমক নিংঙমদবা চৈনা কয়া পোকলকখি, মীরাইবিরুরবা মমালোনবু নৌহৌননা নীংশিংলক্লুনা মশক খঙগে তাল্লকখি। মমালোন মজাতিগী শীংথানিংঙাই ওইরবা সাহিত্যগী ফজবা কয়াবু ফোঙদোক্লবা শক্তি পাম্বে থিরকখি।

অসুন্না কুনশুবা চহীচা হৌগৎলকপদা মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা খৃৎমাবা কয়ানা অহানবদা চেফোঙ কযা পুথোক্লুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎনবা হোৎনরকখি। অদুবু মণিপুরগী অহানবা চেফোঙশিং অসিদি মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবা মৈতৈ মচাশিংনা ইহান হান্না ফোঙলক্লুনা পুথোবকখিবনি। শিলেট, শিলচর অমসুং ডিব্রুগড়নচিংবা মফম কয়াদা লৈবা মৈতৈ মচাশিং অমসুং মফমদুদা লাইরিক তম্বা চৎখিবা মৈতৈ মচাশিংনা পৃথিবীগী ওইবা সাহিত্য অমসুং চেফোঙ কয়া থেংনরুবদগী মৈতৈলোনগী ওইবা চেফোঙ কয়া ফোঙনীংলকপগী অপাম্বা ফাউরকখি।

মমারোনগী নীংথিবা মিংচৎ কয়া অমসুং মজাতিগী সভ্যতাগী শরুক কয়াবু য়োকখত্তুনা অৱাংবা থাক্তা থাংগৎনবা হায়বিবা মৈতৈ মচাশিং অসিনা মরুওইবা থৌদাং য়ারকখি। মতমদুগী মপাললোমদগী পুথোবকপা মমিং পনবা য়াবা

চেফোঙশিংদি খৃ. কু. ১৯১৪-১৮ অদুব্রাইদা *মৈতৈ লৈমা* কৌবা চেফোঙ অমা খৃৎনা ইদুনা পুথোকখি।[১] হায়রিবা চেফোঙসিনা মণিপুরগী ব্রাংমদগী ফোঙলকপা ইহান হানবা চেফোঙনি। চেফোঙ অসি মতম শাংনা ফোঙবা ঙমখিদে। মসিগী মতুংদা *জাগরণ* কৌবা চেফোঙ অমসু খৃ. কু. ১৯২৪ দা ফোঙলক্তুনা মমালোন মজাতিগী নীংথিজবা শৈরেং ব্রারেং কয়া হাপ্তুনা চেফোঙ কয়া পুথোরক্লবা হোৎনরকখি। হায়রিবা চেফোঙ অসিদা ঐখোয়গী সাহিত্যগী খৃৎমাবা কবি ডা. কমলগী শৈরেং *মাতৃ তর্পন* অমসুং *চির বিদায়* খৃ.কু. ১৯২৬ দা ফোঙখি।

অসুম্না মণিপুরগী ব্রাংমদগী চেফোঙ কয়া ফোঙলকপদগী মণিপুরদসু চেফোঙ কয়া তপ্না তপ্না ফোঙবা হৌনরকখি। মতমদুগী সমাজ সংস্কারগী থবক কয়াদা মাঙজিন থাখিবা জননেতা হিজম ইরাবতনা (১৮৯৬-১৯৫১) *মৈতৈ চনু* কৌবা চেফোঙ অমা খৃৎনা ইদুনা খৃ. কু. ১৯২২ দা পুথোরকখি।[২] হায়রিবা চেফোঙ অসিনা মণিপুরদা ফোঙবা ইহান হানবা চেফোঙনি। চেফোঙ অসি ফোঙলকপা উবদা মতমদুগী ঐখোয়গী সাহিত্যগী মাঙজিন থাখিবা কবি কমলগী মমিং চৎলবা শৈরেং *মৈতৈ চনু* ইদুনা খৃ. কু. ১৯২৪ দা ফোঙখি। ব্রাফম অসি কবি মশামক্না মাগী *মৈতৈ চনু* কৌবা শৈরেংগী অরোইবদা পল্লম্বা থেংনৈ।[৩]

অদুবু মণিপুবদা মওং তানা চপ চানা চেফোঙ হৌরকখিবদি ছাপাখানা লৈরবা মতমদগীনি। বৃটিশশিংনা মখোয়গী লোইলম শন্দোকপদা মতেঙ পাংনবা মীওই কাঙলুপ খরদং শৌগৎনবা হায়দুনা মণিপুরদা অপীকপা ছাপাখানা অমা খৃ. কু. ১৯১০ দা লিংখৎখি।[৪] অদুবু মসিনা মণিপুর মচাশিংদা অচৌবা অহোংবা কয়াগী মমি তাহনবা ঙমখি। হায়রিবা ছাপাখানা অসি লৈরবসু মতমদুগী মৈতৈমচাশিংনা মনীং তৌনা মমালোনগী মরমদা চেফোঙ কয়া ফোঙবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। সরকারনা মরী লৈনবা চে-চাং ফোর্ম বিলনচিংবা ব্রারোল কয়া ফোঙবগী

---

১। ডাক্তর এম. কীর্ত্তি, *মণিপুরদা জনেলিজমগী ইতিহাস*, ওক্টোবব ২, ১৯৮০, লাঃ ২৭

২। লোংজম রীতিচন্দ্র সিংহ, *মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত*, ১৯৭৭, লাঃ ১০

৩। থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ, *মণিপুরী শৈরেং*, ১৯৮৩, লাঃ ৩২

৪। ডা. এন, তোম্বী সিংহ, *মণিপুর সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা*, ১৯৮৫। লাঃ ৩

থবকতমক তৌরম্মী। হায়রিবা মতমসি ফাওবা মণিপুরী মচাশিংগী মরক্তা ছাপাখানা লৈরবসু নম্বা হৈবা লৈতবনা খৃ. কু. ১৯১৪-১৫ দা মণিপুরী মচা অমা কলিতাদা সরকারনা শেল পীদুনা ছাপা নম্বগী ট্রেনিং তৌহনখি।[৫] অসুম্না মণিপুর মচাদসু ছাপা নম্বা হৈবা মীওই কয়া লৈরকখি। হায়রিবা খৃ.কুম.১৯১০ দা লিংখৎখিবা ছাপাখানা অসিগী মতুংদগী সরকারগী ওইবা ছাপাখানা কয়া মথং মথং মণিপুরদা লিংখৎলকখি। খৃ. কু. ১৯১৮-১৯ দা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা লিংখৎলকখি।[৬] হায়রিবা প্রেস অসিদা মতমগী সরকারগী ওইবা চে-চাং মরী লৈনবা ব্রারোল কয়া নম্বতা নত্তনা মতমদুগী প্রজাশিংগী মরন্নাইগী অপাম্বা কয়া ছাপা তৌদুনা ফোঙদোকপগী খুদোংচাবা ফংখি। অদুগা মরুওইনা মতমসিদা রিপোর্ট নম্বা হায়বসিনা তঙাইফদবা অমা ওইনা লৌখি।

খৃ. কু. ১৯২৪ দা মণিপুরী ভার্নাকুলারবু রিকোগনাইজ তৌখ্রবগী মতুংইন্না মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যগী খৃৎমাবশিংনা মৈতৈলোনগী ওইবা লাইরিক মচা মচা কয়া ইবা হৌনরকখি।[৭] অদুবু মতম অদুদা মণিপুবী মচাশিংগী ওইবা ছাপাখানা অমতা লৈতবা মরমনা খৃৎনা ইবা লাইরিকশিং অদু য়াম্না ব্রানা কাছাড়, শিলচরনচিংবগী ছাপাখানাশিংদগী ফোঙনরম্মী। খৃ. কু. ১৯২৯-৩০ দা ইংলন্দগী *দাবলদিমাই ব্রাহারফেদেবল প্রেস* কৌবা দোওসন পেহনি অমসুং হল্লিভটনা পুথোকপা মেচিন অমা পুরক্কুনা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস অসিদা থমখি।[৮] মেচিন অসি পুরকপদগী মণিপুরগী স্কুলিশিংদা তম্নবা লাইরিক লাইশু কয়া নম্বা হৌখি। খৃ.কু. ১৯৩২-৩৩ দদি প্রেস অসি হেন্না মপূংফাবা সরকারগী ডিপার্টমেন্ট অমা ওইরে। অসুম্না মণিপুরদা সরকারগী ওইবা ছাপাখানা কয়া মথং-মথং লিংখৎলকখি।

অদুগা খৃ.কুম. ১৯৩০ দদি মণিপুরগী ইহান হানবা ওইনা 'চূড়াচান্দ প্রিন্টিং প্রেস' কৌবা প্রাইভেৎ প্রেস অমা পণ্ডিত অতোম্বাবপু বিদ্যারত্ননা

---

৫। ডাক্তর কীর্ত্তি, ওপ, সিট, লাঃ ৫৬

৬। ইবিদ, লা ঃ ৫৬

৭। কালাচান্দ শাস্ত্রী, *অশম্বা মণিপুরী ইতিহাস*, ১৯৭৬ লা ঃ ১৪৪

৮। ডা. এম. কীর্ত্তি, ওপ, সিট, লাঃ ৫৭

লিংখৎখি।[৯] হায়রিবা প্রেস অসি মণিপুরগী ইতিহাসত্তা অমসুং চেফোঙ হৌরকপগী মতাংদা য়াম্না মরুওই। প্রেস অসিদা মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা পণ্ডিত অতোম্বাপুগী *হারৈ মায়ে* কৌবা লাইরিক অমা ছাপা নমখি। অদুগা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* কৌবা থাগী চেফোঙসু প্রেস অসিদা ফোঙখি। অসিদা নত্তনা মণিপুরগী অহানবা নুংতিগী চেফোঙ *দৈনিক মণিপুর পত্রিকা*সু খৃ.কু. ১৯৩৩ দা ফোঙখি। হায়রিবা চেফোঙ অসি মণিপুরদা নত্তনা আসাম পৃম্বগী ওইনসু অহানবনি। হায়রিবা প্রেস অসিদা মথংশিংনা *ভাগ্যবতী পত্রিকা* (১৯৪৬), *ভাগ্যবতী মাসিক পত্রিকা*, *ভাগ্যবতী ললিত কলা* অসি ছাপা তৌদুনা ফোঙখি।[১০]

মসিগী মতুংদা প্রেস মচা অমসুং শ্রীহৱাইবম নবদ্বিপচন্দ্রনা উরিপোকতা লিংখৎখি। হায়রিবা প্রেস অসিগী মমিং *থাবল প্রিনটিং ৱার্কস* কৌই।[১১] প্রেস অসিদা *মৈতৈ মাইবা* কৌবা থাগী চেফোঙ অমসু খৃ.কু. ১৯৪৮ দা ফোঙখি। অসুম্না সরকারগী ওইবা প্রেসতা নত্তনা লন্নাইগী ওইবা প্রেস কয়াসু মথং মথং ওইনা মণিপুরদা লিংখৎনরকখি। *নিউ ষ্টার* কৌবা প্রেস অমসু লিংখৎলক্তুনা লন্নাইগী চেফোঙ কয়া ফোঙবদা হেন্না খুদোং চাহনখি। প্রেস অসিদা খৃ.কু. ১৯৩৯ দা *মণিপুর মতম* কৌবা চেফোঙ অমসু ফোঙখি।

অসুম্না মণিপুরদা ছাপাখানা কয়া মথং-মথং লিংখৎলকপদগী মতমদুগী নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মণ্ডাল ফংলবা ঐখোয়গী সাহিত্যগী খুৎমাবা অইবা কয়াগী থস্মোয়দা ফুমদুনা লৈরিবা অপাম্বা অনীংবা কয়া অদু ইদুনা চেফোঙ ওইনা ছাপা তৌদুনা ফোঙবা হৌবকখি। মতৌ অসুমনা মতমদুগী মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা লময়ানবা অইবা কয়ামুক মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎনবা হোৎনরকখি। মতমসিদা মণিপুরী লোন্দা লাইরিক ইবা অমসুং ফোঙবগী খুদোংচাবা অসি খরা ৱানা লৈবা মরম্না অহানবদা চেফোঙ কয়া ৱানা ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌনবা হোৎনরকখি। অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ফোঙখিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা মমিং

---

৯। সুনিতি কুমার চট্টার্জী, *রেলিজিয়স এন্দ কলচরেল ইন্টিগ্রেসন ওব ইন্দিয়া*, অতোম্বাবু শর্ম্ম ওফ মণিপুর, ১৯৬৫, লাঃ ৬০

১০। ইবিদ, লা ঃ ৬১

১১। তোম্বী, ওপ, সিট, লাঃ ১০৩

পনবা য়াবা চেফোঙশিংদি মথংশিংনা *মৈতৈ চনু* (১৯১২, সম্পাদক – হিজম ইরাবত), *য়াকায়রোল* (১৯৩০, সম্পাদক– থোংবম গোলচন্দ্র), *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* (১৯৩৩, সম্পাদক – অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ), *সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা* (১৯৩৭ – সম্পাদক থোংবম মাধব সিংহ), *মণিপুর মতম* (১৯৩৭ – পুখ্রম্বম পারিজাৎ), *তরুন মণিপুর* (১৯৩৮– সম্পাদক রাজকুমার শীতলজিৎ), *নহারোল* (১৯৪১ – সম্পাদক হিজম গুণ সিংহ) অমসুং *মৈতৈ* (১৯৪১– ফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা) অসিনচিংবনি।

মথক্তা পল্লিবা চেফোঙশিং অসি অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ফোঙখিবা মরুওইবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা চেফোঙশিংনি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা শৈরেং, ৱারীমচা, দ্রামা, উপন্যাসনচিংবা কয়া ফোঙবা থেংনৈ। মণিপুরী সাহিত্যগী মমিং চৎলবা অইবা কয়াগী অঙনবা মতমদা ইবা খূৎই কয়াসু চেফোঙশিং অসিদা য়াওবা থেংনৈ। খূদম ওইনা ডা. কমল, খ্বাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপচন্দ্র, শীতলজিৎ, হিজম ইরাবত, কালাচান্দ শাস্ত্রী, ললিত, মুতুম ঝুলোন, এম.কে. বিনোদিনীনচিংবা অইবশিংগী খূৎই কয়া ফোঙবা থেংনৈ।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি মণিপুবী সমাজদা ইনৌ নৌবা অহোংবা কয়ামরুম লাকখি। মরুওইনা রাজনীতিগী চাওখৎ-খোঙথাংগী মহৈ মশীং তম্বগী অমদি লোল অমসুং সাহিত্যগী লমদা অচৌবা অহোংবা কয়া লাকপা হৌবকখি। চাওখৎলবা নোংচুপলোমগী লাইবিক লাইশু কয়াবু নৈনকৃবদগী অমদি পৃথিবীগী ঈরাং কয়া ফংলকপদগী ৱাখল মীৎযেং পাক্লা য়েংলক্তুনা মশাগী অমদি মজাতিগী ফিভম মশক মুন্না খঙবা ঙম্লরকখি। মণিপুবনা মপূংফাবা রাজ্য ওইবক্তুনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা চৎনরম্বা সমাজগী অমদি ধর্ম্মগী অচেৎপা অখূবা চৎনবী লীপুন কযা কোমথরকখি। অদুনা অনৌবা শেমগৎ শাগৎপগী থবক কয়াসু পাইখৎলকখি। লম্বী থোং, স্কুল কলেজ সংস্থান কয়া লিংখৎলকপগা লোয়ননা মণিপুরগী মফম কয়াদা প্রেস কয়া লিংখৎলকখি। লোয়ননা লাইবিক লাইশু হৈবগী চাংসু হেনগৎলকখি। সাহিত্যগী লমদসু মণিপুরগী মচাক ওইবা ইতিহাস, উপন্যাস, শৈরেং, ৱারেং, দ্রামা, ৱারীমচানচিংবা কয়া ফোঙলকপদা নত্তনা মীরোল্দগী হন্দোকপা অনুবাদকী লাইরিক কয়াসু মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্লেদা পৈশিনবা হৌখি।

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী সাহিত্যগী মমিসু মণিপুরী সাহিত্যদা তাবা হৌখি। মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা চেফোংগী অকনবা ঈচেলসু লাকখি। মখল মথেলগী চেফোং ফোঙনরক্তুনা চেফোং চাওখৎনবগী মতমসু ওইরকখি।

মমাঙঙৈগী মতমদা উসব মেলা, হরাও কুম্মৈ, লুহোং খোংদোংবা, চাক চানবা, শোরাৎ শোনবনচিংবা থৌদোক কয়া থোরকপদা হৈনা লৈনা বার্ত্তন চৎনরম্বা কয়া তোক্তুনা চেনা বার্ত্তন তৌনরকখি। অসুম্না মখল মখা কয়াগী চেফোং থোরকখি অমদি সাহিত্যগী ওইবা চেফোং কয়াসু থোরকখি। লান মমাঙদা ফোঙখিবা চেফোংশিংদদি মরুওইনা মতম কুইনা মীরাইবীরুবা মমালোনবু নৌনা ফংজবগী নুংশিজবগী শৈথারোল শৈরেং, ৱারেং, সংস্কৃতিগী মরমদা ইদুনা ফোঙদোক্লরম্বনি। অদুবু লান মতুংদা ফোঙলকখিবা চেফোংশিং অসিদদি মতম মতমগী ওইবা মণিপুরী সমাজগী সমস্যা কয়াগী মরমদা অমদি ওল্লক্লিবা সভ্যতাগী মৈরিনা ওইহল্লকপা অৱা-অনা, নীংবা কায়বা কয়া অসি মণিপুরগী মশক নাইরবা অইবশিংগী শৈরেং, ৱারেং আলোচনা কয়াদা ফোঙদোক্তুনা উৎপা হৌরকই।

রাজনীতিগী চেতনা লাকপগা লোয়ননা অমসুং রাজনীতিগী ঈহৌ কনখৎলকপগী মতুংইন্না রাজনীতিদলশিংনা মাগী মাগী নীতি, অপাম্বা অনীংবা কয়াবু মীয়ামদা খঙহন্নবগীদমক খবর, চেফোং কয়াসু ফোঙদোক্লরকই। খুদম ওইনা – কম্যুনিষ্ট পার্টিনা *অনৌবা মণিপুর* অমসুং *খোল্লাও* নুংতিগী খবর পুথোরকই। অদুগা কংগ্রেস পার্টিনা *সীমান্ত পত্রিকা* পুথোবকই। অসুম্না কংগ্রেস কম্যুনিষ্ট, এম,পি,পি, জনতা পার্টিনচিংবা রাজনীতি দলশিংনা নুংতিগী ওইবা পাউজেল খবর, চয়োলগী চেফোং কয়া ফোঙনরক্তুনা প্রজা মীয়ামগা চেফোংশিংগা নকশিন্নবা মরী থম্বা হৌরকই।

মণিপুরদা ফোঙলিবা চেফোংশিং অয়াম্বনা শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবনা কুইনা পুনশিবা ঙমদে। মরমদি করিগুম্বা সংস্থান অমনা নৎত্রগা মীওই খরনা চেফোং ফোঙদুনা য়োনবদা শেন্দোং তানবদা ৱানা থোকই। মরমসিনা মতম খরদং হিংলম্লগা ঈচেল লেপখিবনা অয়াম্বনি। অদুবু মখোয়না হিংলিঙৈ মতমদদি মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা শীংথাবা য়াবা দান কয়াদি তৌরম্মী।

অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ফোলকপা অদুগা মখা তানা ফোঙখিদ্রবা চেফোংশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি – *ইমারোল* (১৯৪৭, সম্পাদক – ৱাহেংবম

নারান), *জ্যোতি* (১৯৪৮, সম্পাদক – মীনকেতন), *য়াওল* (১৯৪৯, সম্পাদক – তখেল্লম্বম বোকুল), *সাহিত্য ঈচেল* (১৯৫০, সম্পাদক – খুমহ্নেম ইবোহল), *মীৎয়েং*, (থাগী চেফোঙ, ১৯৫৩, সম্পাদক – নীলকান্ত), *ঈরা* (১৯৬২, সম্পাদক – য়োংখোম জ্যোতিন্দ্র), *মৈরিক* (১৯৭৪, সম্পাদক – এন. কুঞ্জামোহন), *মতম* (১৯৫৬, সম্পাদক – কে. ইবোহল), *লাসানী* (১৯৬৭, সম্পাদক – শোনী শ্রীহট্টমচা), *লৌমী* (১৯৪৭, সম্পাদক – এলাংবম য়াইমা), *কিষান মেগাজিন* (১৯৫০, সম্পাদক – য়ুম্নাম য়াইমা), *খোঞ্জেল* (১৯৪৮, সম্পাদক – পিএইচ. গৌরহরি), *মুক্তি* (১৯৪৯, সম্পাদক – রাজকুমার ঝলজিৎ), *মতম* (১৯৫৬, সম্পাদক – শ্রীনিল্লমনি সিংহ), *ছাত্র জগৎ* (১৯৪৬, সম্পাদক – এন. তোম্বী) অসিনচিংবা পনবা য়াই।

মথক্তা পল্লিবা চেফোঙশিং অসি মতম কুইনা পুনশিবমদ্রবসু হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক শাগৎপদা মরুওইবা থৌদাং য়ারকখি। চেফোঙশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইরবা অইবা অইবী কয়াগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, ড্রামা, নোভেলনচিংবা কয়া ফোঙদুনা অনৌবা সাহিত্যগী ঈহৌ পুরকপদা অচৌবা থৌদাং য়ারকখি। খূদম ওইনা, এলাংবম নীলকান্ত বাজকুমার শীতলজিৎ, অশাংবম মীনকেতন, লাইশ্রম সমরেন্দ্র, সোনামণি, অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, হিজম গুণ, এস. নীলবীর শাস্ত্রী, জি.সি. তোংব্রা, কুঞ্জমোহন, আর.কে. এলাংবম প্রমোদিনী দেবীনচিংবা অইবশিংগী খূৎই কয়া চেফোঙশিং অসিদা ফোঙবা থেংনৈ।

অদুনা লান মতুংদা ফোঙলকপা হৌজিক হিংলিবা মণিপুবী সাহিত্যগা য়াম্ন া মবী লৈনবা চেফোঙ কয়া অমসুং লৈরি। মমিং চৎপা চেফোঙ খরদি *সাহিত্য* (১৯৬৩, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ), *ৱাখল* (১৯৬৮, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি), *ঋতু* (১৯৫৯, কলচরেল ফোবম মণিপুর), *সাহিত্য লৈচল* (১৯৭৬, চনুরা মণিপুবী লৈশেম মরুপ), *নতিক নঙাল* (১৯৭৭, রাইটরস এসোসিয়েসন, ককচিং), *মীংশেল* (১৯৮০, লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, হট্টা মিনুথোং), *খোছাং* (১৯৭৮, মণিপুরী মুসলিম লিটবেরী কম ষ্টদি সার্কল), *চুমথাং* (১৯৮০, দি সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং), *মতমগী খোঙথাং* (১৯৭২, য়ুনিভর্সিয়েল লিটরেরী এসোসিয়েসন, খুরাই), *লৈ লাংবা* (১৯৪৬, রুমেন্স ৱেলফিয়ার

ওর্গেনাইজেসন, শগোলবন্দ), *খোঙথাং* (ওল মণিপুর মেডিকেল ষ্টুদেন্টস এসোসিয়েসন), *কংলৈপাক, কংলৈখোন, লোন,* (সম্পাদক – সাপম তোম্বা), অসিনচিংবা পনবা য়াই। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদদি শক্লাইরবা অইবা অইবী কয়াগী এরার্ড ফংগ্রবা খ্বারীমচা, শৈরেং, ৱারেং, দ্রামা কয়া য়াওই। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যগী মশক লেপ্পদা হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌরি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ফোঙলকপা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মণিপুরী রাজনীতিগা য়াম্না মরী লৈনবা নুংতিগী অমদি চয়োলগী ফোঙবা খবর কয়াসু ঙসি ফাওবা হিংদুনা মণিপুর সমাজদা তোপ তোপ্পা মহাও অমা পীদুনা লাক্লি।

হৌজিক হিংলিবা খবরশিং অসিগী অহানবা ফোঙবা চহী অমসুং অহানবা ওইখিবা সম্পাদকশিংগী মমিং পীরি – *প্রজাতন্ত্র* (১৯৪৬, সম্পাদক – কৈশাম কুঞ্জবিহারী), *সীমান্ত পত্রিকা* (১৯৫৭, সম্পাদক – রাজকুমার রণবীর), *খোল্লাও* (১৯৬২, সম্পাদক – থোকচোম বীর), *হুইয়েল লানপাউ* (১৯৭৮, সম্পাদক – শলাম ভারতভূষণ), *ঈহৌ* (১৯৭৩, সম্পাদক – শ্যাম কাহ্নাই), *লৈশেম্বা* (১৯৭৭, সম্পাদক – জয়কুমার), *পাথৌ* (১৯৭৬, সম্পাদক – মাইস্নাম মধুমঙ্গল), *চীংতম* (১৯৭৫, সম্পাদক – মণিহার গোসামি), *আর্য্য ভট্ট* (১৯৭৭, সম্পাদক – থোকচোম রঘুনাথ), *পোক্লফম* (১৯৭৫, সম্পাদক – অখোম ইবোমচা), *মীওইবা* (১৯৭৮, সম্পাদক – মোলেক্যুল শর্ম্মা), *জনতা* (১৯৭৭, সম্পাদক – এল. ইবোয়াইমা), *সনালৈবাক* (১৯৭৩, য়ুম্নাম য়াইবা), *নাগরিক পান্থ* (১৯৭৪, সম্পাদক – কে. ব্রজমোহন), *তোকঙা* (১৯৭৯, সম্পাদক – থোকচোম ফলেন্দ্র), *মান্নবা* (কৈশাম শ্যামকিশোর), *সলাই তরেৎ* (১৯৭৯, সম্পাদক – হুইদ্রোম য়াইফবা), *মীয়াম* (১৯৭৯, সম্পাদক – শাইখোম যুগল), অসিনচিংবনি। মসিগী মথক্তা *কংলা পাউ, জগদম্বী, লানমৈ থানবী,* * *নীংতম লানপাউ, মণিপুর নিউজ, মণিপুর মেল, ইম্ফাল রিপোর্টরস, ইম্ফাল এক্সপ্রেস* হায়রিবা অসিসু হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মণিপুর খবর ঙাক্তনি।

মণিপুরদা নুংতিগী ওইবা খবর (দেলি পেপর) অসি লান মতুংদনা খরা

---

* মথক্তা পীজরিবা খবরশিংগী ফোঙবগী চহি অসি "*মৈতৈ চেফোঙ*" অমসুং "*মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস*" লাইরিক অনীসিদগী লৌবা চহীনি।

হেন্না ফোঙবা থেংনৈ। অদুবু মসিগী মমাঙদসু নুংত্তিগী ওইবা খবর খরা ফোঙলমদবনি নত্তে। লান মমাঙ অমসুং মতুংদা ফোঙলম্বা অদুগা মখা তানা ফোঙখিদ্রবা খবরশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি – *দৈনিক মণিপুর পত্রিকা* (১৯৩৩), *ভাগ্যবতী পত্রিকা* (১৯৪৬), *প্রজা* (১৯৪৭), *ঐখোয়গী মণিপুর* (১৯৪৭), *ঙসি* (১৯৪৮), *অনৌবা সমাজ* (১৯৫৩), *মণিপুর জনতা* (১৯৫৭), *মতম* (১৯৫৭), *সন্ধ্যাগী ভাগ্যবতী পত্রিকা* (১৯৪৭), *অনৌবা মণিপুর ডেলী* (১৯৫৭), *পাউজেল* (১৯৭১), *মণিপুর নিউজ* (১৯৭৮), *গান্ধীবাদ* (১৯৭৫), *জন্মভুমি পত্রিকা* (১৯৫০), *অনৌবা মতম* (১৯৫১), *মাদর মণিপুর* (১৯৫৩), অসিনচিংবা পনবা য়াই।

মথক্তা পল্লিবা খবর অমসুং চেফোঙ কয়া অসি নত্তবা মখল মখা কয়াগী চেফোঙ কয়া অমসুং লৈরি। মরুওইনা মমিং চৎলবা সংস্থান কয়ানা মরক মরক্তা ফোঙবা কয়া অসিনি। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবদি মুতুব্বার ম্যুজিয়ম, মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, মণিপুর য়ুনিভরসিটি ম্যুজিয়ম, অতোম্বাবপু রিসার্চ সেন্টব, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, মণিপুর, জব্বাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমী, সরকারগী পব্লিসিটি দিপার্টমেন্ট, মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বলি অসিনচিংবা সরকার অমসুং লন্নাই সংস্থানশিংগী মরক মরক্তা ফোঙবা চেফোঙশিং অসি পনবা য়াই। মখোয় অসি মপুং ওইনা রাজনীতি অমসুং অতৈ হীরমগা মরী লৈনবা ওইরবসু মরক মরক্তা সাহিত্যগা মরী লৈনবা ৱারেং, শৈরেং কয়া য়াওবা থেংনৈ। হায়রিবা সংস্থানশিংগী চেফোঙশিংনা নাকোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী চাওখৎনবা সেবা তৌরি হায়বা লৌবা য়াই।

লান মমাঙদগীনা হৌজিক ফাওবদা ফোঙলিবা মৈতৈ চেফোঙশিং অসি মশীং য়াম্না য়াম্মী। মণিপুরগী ৱাংমদা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিং হায়বসি কাছাড়, ত্রিপুরা, তখেল, গৌহাটি, বাংলাদেশ অমদি চীংগী লমদা হায়বদি মণিপুরগী মনুংদা লৈরিবা চীংমী ইচিল ইনাওশিংনা ফোঙবা চেফোঙ কয়ামুকসু লৈরি। অদুবু হায়রিবা চেফোঙ কয়া অদু লোইনা লৌখৎতুনা নৈনজরোই। মরুওইনা মণিপুরগী তমদা তারিবা মৈতৈ অমসুং মুস্লীম মচাশিংনা ফোঙবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙশিংতবু লৌখৎতুনা নৈনজরি।

**চেফোঙ মখল খায়দোকপাঃ**

মণিপুরদা ফোঙলিবা চেফোঙশিং অসি মখল মথেল কয়ানি। হীরম কয়াদা ফোঙবা থেংনৈ। মণিপুরী সাহিত্যগা মরী লৈনবতা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা হীরম কয়াগা মরী লৈনবসু য়াওই। মখাদা হীরমগী মতুংইন্না খায়দোকপা য়াবা চেফোঙশিংগী মখল পীরি। (১) রাজনীতিগা মরী লৈনবা চেফোঙ, (২) ধর্ম্মগা মরী লৈনবা চেফোঙ, (৩) জ্যোতিষ শাস্ত্র অমসুং অনাবা য়েংবগী মরমদা ফোঙবা চেফোঙ, (৪) নুপীগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙ, (৫) অরিবা মৈতৈ লাইনিং লাইশোলগা মরী লৈননা ফোঙবা চেফোঙ, (৬) শান্ন-খোংনবগী, হুকচাং শাজেলগী মরমদা ফোঙবা চেফোঙ, (৭) বিজ্ঞানগী ওইবা চেফোঙ, (৮) স্কুল কলেজ, য়ুনিভরসিটিগী চহীগী ওইবা চেফোঙ, (৯) মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা চেফোঙ অমসুং (১০) লৌউ-শিংউবগা মরী লৈনবা চেফোঙ।

অদুগা চেফোঙশিং অসিগী ফোঙবগী মতম (পেরিওদিসিটি) য়েংউরগা অমুক মখল কয়া থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখোয়দি – (১) নুংতিগী ফোঙবা, (২) চয়োলগী চেফোঙ, (৩) থাগী চেফোঙ, (৪) থাখায়গী চেফোঙ, (৫) থা ২ নংত্রগা থা ৩/৩ দা ফোঙবা, (৬) থা ৪/৪ দা ফোঙবা চেফোঙ, (৭) থা ৬ (চহী তংখায়)দা ফোঙবা চেফোঙ, (৮) চহীগী ওইবা চেফোঙ, অসিনচিংবা। মণিপুরদদি নুংতিগী, চয়োলগী, থা ৩/৩ গী চফোঙ অসিনা খরা নম্না চংনৈ।

## অহুমশুবা পন্দুপ

## মণিপুরী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা সাহিত্যগী ওইবা খূৎইশিং নৈনবা

মণিপুরী চেফোঙশিংদা সাহিত্যগী ওইবা তোঙান তোঙানবা খূৎই কয়ামরুম য়াওবা থেঙনৈ। হায়রিবা সাহিত্যগী ওইবা মচাক কয়া অসিবু নৈনরকপা মতমদা তাঙ্কক অনী থোক্লা খায়দোক্লগা নৈনবা য়াই। মদুদি—

(১) লান মমাঙগী চেফোঙশিংগী মওং মতৌ, খূৎইগী মওং তাকপগা লোয়ননা সাহিত্যগী ওইবা মচলশিংবু নৈনবা

(২) লান মতুংগী চেফোঙশিংগী ফিভম, খূৎই উৎপগা লোয়ননা সাহিত্যগী মচলশিংবু নৈনবা

(১) লান মমাঙগী চেফোঙশিংগী মওং মতৌ, খূৎইগী মওং তাকপগা লোয়ননা সাহিত্যগী ওইবা মচলশিংবু নৈনবা ঃ—

লান মমাঙদা ফোঙলবা চেফোঙশিংগী ফিভমগা লান মতুংদা ফোঙলকপা চেফোঙশিংগী ফিভমগা থোয়না খেন্নবা লৈতে হায়বা য়াই। হায়বদি চেফোঙগী হীরমদা খেন্নরবসু চাউবা পীকপগী মতাঙদদি থোয়না খেন্নদে লৌবা য়াই। অদুবু

চেফোঙশিংগী লৈনরিবা হীরমগী মতাঙদদি খেন্নবা থেঙনৈ। লান মমাঙগী অয়াম্বা চেফোঙশিংদা সাহিত্যগী ওইবা মচল খরা, অর্থনীতিগী, রাজনীতিগী, হকশেল অমসুং অনাবা য়েংবগী মরমদা অমদি মতমদুগী সমাজগী ফিভমগী মরমদা ইয়ান য়ানশিন্নদুনা ফোঙই। অদুগা চেফোঙ ফোঙবগী ঙাক্কদবা নিয়মসু খরা কোমথোকপা থেঙনৈ।

লান মমাঙদা মরুওনা মণিপুরদা ছাপাখানা মতীক চানা লৈতবদগী অমদি লাইরিক লাইশু হৈবগী চাংসু হন্থনা লৈরম্বনা, অদুগা মতমদুগী সমাজদা মনিং তৌনা চেফোঙ ফোঙবগী খুদোংচাবা কয়া লৈতবদগী চেফোঙ মরাঙ কায়না ফোঙবা ঙম্লমদে। নুংতিগী অমদি চয়োলগী চেফোঙ মশীংসু য়াম্লমদে। অয়াম্বনা থাগী ওইনা ফোঙবা ঙাক্তা ওইনা থেঙনৈ। অদুগা লান মমাঙগী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা ৱারেং, শৈরেংশিং অযাম্বনা মতম কুইনা মীরাইবিরুববা মমা লৈবাকপু নৌনা ফংজবগী হরাও নুংঙাইবগী তেংথাবোল কযা মনিং তম্না ফোঙদোক্লরম্বা ওইনা তৌই। অদুগা ৱাবী মচাশিংগী থিমসু মতমদুগী সমাজগী চৎনবী পনখৈ ৱাংমা লানথোকপা ঙম্মদবগী খূৎইশিংদা ইনরম্মী। হায়বদি অয়াম্বনা আদর্শ অমসুং বোমান্টিক ওই।

অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা ফোঙখিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙশিংদি - *মৈতৈ চনু*, *জাগবন*, *য়াকায়রোল*, *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা*, *অপোকপী*, *নহাবোলন*চিংবনি। অদুবু চেফোঙ অতৈদসু মরক মরক্তা সাহিত্যগী ওইবা মচল খবদি অদুম্মক ফোঙলম্বা থেঙনৈ। মখাদা পল্লিবা চেফোঙশিং অসি অমমম লৌখত্তুনা সাহিত্যগী ওইবা মচাকশিংবু নৈনরি।

(ক) *মৈতৈ চনু*- চেফোঙ অসি হিজম ইরাবতনা খূৎনা ইদুনা খৃ. কু. ১৯২২ দা পুথোকখিবনি। * চেফোঙসি ইসু তবেৎ-নিপালবোমতমক পুথোকখি। মতম কুইনা পুথোকখিদ্রবসু চেফোঙসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমযানবা কবি কমলগী মমিং চৎলবা *মৈতৈ চনু* হায়বা শৈবেং অসি খৃ. কু. ১৯২৪ গী ইসুদা হাপখি।

শৈরেং অসিদা কবি কমলনা মৈতৈলোন্না মতম কুইন্না শিথরুবদগী অনৌবা

---

* *মৈতৈ চনু*-গী ওরিজিনেল কোপী ফংদ্রে। *মৈতৈ চেফোঙ*-নচিংবা লাইরিকশিংদা পনবদগী লৌজবনি।

য়াওল অমা লাকপা উবদা হরাওজদুনা মজাতি পুম্নমক্তা নীংথি নীংথিবা সাহিত্যগী মচল কয়া ইদুনা পৃথিবীগী চাওখৎলবা লোনশিংগী মরক্তা মশক তাকপা য়ারে হায়বসি ফোঙদোকই। অদুনা কবিনা অসুম্না শৈথারি—

*মাতৃমন্দিরদা হৌবা লৈপালগী*

*চাউখৎলবা মসা মরেঙনা*

*অত্যা থৎসনু নোংগী লম্বী*

*পোৎথারসনু মীরৈবাক্কী চেক্লা।*

*মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈরাং*

*থারুসনু সমুদ্রু ব্রাংমদসু*

*শাৎলুসনু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা*

*করিগী ঙমলোইদগে লৈ পরেংনা তক্ত্রবদি।* (মৈতৈ চনু)

(২) *জাগরণ*— চেফোঙ অসিদি মণিপুরগী ব্রাংমদগী বেঙ্গোলী অমসুং মৈতৈলোনগী ওইনা শ্রীঅর্জুন সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা খৃ. কু. ১৯২৪ দা শিলেটতা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী অহুমশুম্বা মশীংদা বাংলালোন্দা ইবা শৈবেং ব্রারেংশিংগী মনুংদা শ্রীহট্টদা ওজা ওইবা শ্রীললিতমোহন সিংহগী মণিপুরীদা ইবা *মৈতৈলোন* হায়বা ব্রারেংসি নত্তনা মৈতৈলোনগী ওইবা ব্রারেং শৈরেং কয়া থেঙনদে। ব্রারেংসিদা অইবনা মতমদুদা মৈতৈলোনবু নীংথিনা ইবা পাবা হৈনরমদবা অমদি অনেম্বা থাক্তা থম্নরম্বগী মীৎয়েংবু পেন্দবদগী অসুম্না ফোঙদোকলি—

*মশানা মৈতৈ ওইরবসু অমসুং বাংলানচিংবা*

*লোন অমনি পাবা, ইবা য়াম্না নীংথিজনা ঙল্লবসু*

*মৈতৈ লোন ইবা অমসুং পাবা ঙমদবা মী য়াম্না*

*লৈ। অরেপ্পা পথাপ অমত নাইদনা মাগী মাগী*

*মবুকনিংথোক মতুংইন্না ইবসু কয়া যাওরি। মরমশিনা*

*মৈতৈরোন হৈবখিবিক্কী মফমদগী অফবা অমসুং*

*অচুম্বা পাওতাক ফংগব্রা নীংজদুনা মফম অসিদা*

*মৈতৈরোন পাবা অমসুং ইবগী মরীদা ব্রা অমনিতং ইজরি।*[১]

---

১। *জাগরণ*, অহানবা চহী, অহুমশুবা মশীং, লা ঃ ১২৯

মথক্কী ব্বারেং মতেক অসিদগী ঐখোয়না মতমদুগী সমাজদা ওইরম্বা মৈতৈলোনগী ফিভমগী মশকপু মুন্না খঙবা ঙম্মী। অদুগা চেফোঙশিংগী মশীং কয়াদদি ঐখোয়গী সাহিত্যগী মশক নাইরবা কবিশিংগী খুৎই হাপতুনা মণিপুর অমসুং মপালরোমদা লৈরিবা মৈতৈমচাশিংগী থৌনা হাপখি অমদি সাহিত্যগী খোঙহৌ শাগৎলকপদসু অচৌবা থৌদাং য়ারকখি। চেফোঙসিদা খৃ.কু. ১৯২৬ তা কবি কমলগী হৌজিক ফাওবদা মমিং চৎলিবা শৈরেং *মাতৃতর্পন* অমসুং *চিরবিদায়* অনীসি অহানবা ওইনা ফোঙখি। *মাতৃতর্পন* শৈরেংসিদা কবিনা মমালৈবাক অমসুং মজাতিগী সংস্কৃতিবু নুংশিজবা অমদি য়োকখৎনিংবগী ব্বাখল মীৎয়েংনা মপুংওইনা শৈথারি –

*মিৎকী পিনা কংদ্রিমখৈ*
*কাউজরোই খুয়া থম্বালদো*
*লাৎচগনি নঙগী প্রতিমাদো,*
*থম্মোয়গী স্মৃতি মন্দির মনুংদা ।* (মাতৃ তর্পন)

*চিরবিদায়* শৈরেং অসিদদি কবিগী মীৎয়েং, ব্বাখল পাকথোরক্তুনা মীওইবা সমাজগী মরমদা মীৎয়েং থম্লকই। মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা অনেম অব্বাংগী পলবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্তুনা হেন্না মপৃংফাবা সমাজ অমবু ঈখৌলাংজবা, মপৃংফাদ্রবা সমাজদা হিংবগী লাংতক্করবা পূক্নি অদু ফোঙদোরকই।

*কুটিল ওইরবা সমাজদো,*
*লৈখা তাবনি উরীগুম্না,*
*পুকচেল চাউরবা জাতিদো,*
*চাওখৎপনি উপালগুম্না।* (চিরবিদায়)

(গ) *য়াকায়রোল*— চেফোঙসিদা মণিপুরগী ইহান হানবা থাগী ওইবা চেফোঙনি। খৃ.কু. ১৯৩০ দা এল (ডা.) লৈরেননা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবা কয়াগী শৈরেং, ব্বারেং, ব্বারীমচা, দ্রামানচিংবা কয়া য়াওই। খরদং লৌখৎলবদা— হিজম ইরাবতকী *নুপীনা লাইরিক তম্বা* (ব্বারেং), লালগোপাল সিংহগী *মৈতৈ চনু অমসুং ইশাগী মত* (দ্রামামচা), কে.এল. কিপজেন কুকিগী তম্পাক্কী চেক্লা অমদা (শৈরেং), খ্বাইরাকপম গিরিগী *নোংগথ্রবা মৈতৈ সাহিত্যগী*

*লৈকোলগী মালী* (শৈরেং), শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহগী *প্রভাবতী* (শৈরেং), শ্রীনবদ্বীপচন্দ্রগী *শ্রীশ্রী সরস্বতীবু খুরুমজবা*, খুন্দ্রাকপম অমুবা সিংহ *খৌরাংনা পাইরকপা চেকলাদা*, *অচিকপদা লৈরিবা* (শৈরেং), শ্রীএন. মধুসুদন সিংহগী *মীওইবগী লমচৎ* (ৱারেং), শ্রীশগোলশেম নোংয়াইগী *ইমানা নিবীবা* (শৈরেং), শ্রীসর্ব্বজিৎ সিংহগী *য়ুম পানবা* (ৱারীমচা), অসিনচিংবা কয়া য়াওই। মখাদা খরদং খনগৎলগা নৈনরি।

*নুপীনা লাইরিক তম্বা*— ৱারেং অসি জননেতা হিজম ইরাবতনা ইখিবনি। ৱারেংসিদা অইবনা মতমদুগী সমাজগী নুপীগী ফিভমগী মশকপু উৎলি। মতমদুগী সমাজদা নুপীবু অনেম্বা থাক্তা থম্বীদুনা নুপীনা লাইরিক হৈরবদি নুপী ওইবীগী অথোৎ অমেংবা কয়া মাংদুনা লমচৎ ফৎলকলোই হায়না লৌরম্মী। অসিগুম্বা অখূবা মীৎয়েংবু শেমদোকপা পামদুনা অসুম্না ফোঙদোকলি—

*মীওইবগী সমাজ অসি নিপা নুপী অনীনা ওইবনি। মীওইবগী*
*সমাজদসু নত্তে জগৎ অপুম্বা অসি নিপা নুপীগী লীলানি।*
*জ্ঞান হায়বসি নিপাগীদমক্তা হাইদুনা থনম্বা নত্তে। জ্ঞানগী*
*থোংদদি লাইরবা ইনাকখুনবা, অচৌ অপিশক, নিপা নুপী*
*খাইদে অমবুনা থিংদুনা অমবুনা চংহন্দবা নত্তে...*
*ঐখোয়না পামলিবা করিনো ? চাওখৎপনি। সমাজগী মনুংদা*
*নিপাতনা চাওখৎলগা শরুক তঙখায় পুরিবা নুপীনা*
*লৈহৌরবদি সমাজ অদুবু চাওখৎলে হাইবা য়াগদ্রা ?*[২]

মথক্কী ৱারেং মতেক অসিদগী ঐখোয়না মতমদুগী সমাজদা নুপী ওইবশিংগী ফিভম অসি অসুক্কী মতীক থাক নেম্না লৈরম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

*নোংগাম্রবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী মালী*— শৈরেং অসি খ্বাইরাকপম গিরিনা ইরম্বনি। শৈরেংসিদা কবি কমলনা মৈতৈ সাহিত্যবু চাওখৎনবা মখোং শোম্বীরল্লগা খঙহৌদনা নোঙ্গাখিবদা থম্মোয় শেংনা নুংঙাইতনা শৈথারি—

*মৈতৈ পোকপী নিংথিবী ৱাগনু অপোকপী*
*নচা অদো লাকখিগনিকো ;*
*তুং ইনজবা কয়ানা লোইনজবসিংদুনা*

২। *য়াকায়রোল* অনীশুবা চহী, ১০ শুবা মশীং, জুলাই, ১৯৩২

*তেংথারিবা হুনন তাবিও;*
*কোলোয় মিংনা অমেংবা মৈতৈ কবি অখোয়বা*
*লমাবম চাদি কমল ও;*[৩]

*প্রভাবতী—* শৈরেং অসি শ্রীশ্যামসুন্দরনা গৌহাটিদা তমলিঙৈদা ইদুনা চেফোংসিদা ফোঙখিবনি। লুপ্রাবী মমা মচা অনীগী অন্নাবা ন্নারী অমবু শৈরেং ওইনা ইবনি। প্রভাবতি কৌবী লুপ্রাবীগী মচা অমনা শিং চনবা চৎপদা কৈনা তান্নদুনা ময়ূমদা চেল্লকখি। কৈনা চাগে তৌবদা মফম খঙদবা পাখং অমনা কনবিখি। মমৈদা মখোয় অনী নুংশিনখিবগী ন্নারীনি।

*পাক্লবা লৌবুক্কী মতোন্দ*
*পাং অমগী মপান্দ*
*পিক্লবা খাংপোক অমদ*
*লুপ্রাবী অমখক লৈরকই*

*পাখং মশক উবদ*
*প্রভা ইকাইব ফংদুন*
*পাখংন চংদুন হায়দোকই।* (প্রভাবতী)

*মৈতৈ চনু অমসুং ইশাগী মত—* দ্রামা মচা অসি শ্রীলালগোপালনা গৌহাটিগী ছাত্র ওইরিঙৈদা ইখিবনি। লীলাসিদা অইবনা উৎনীংলিবদি মতমদুগী মণিপুরী সমাজগী নুপীশিংগী ফিভমগী মতাঙদনি। মতাঙ অমতং লৌখৎলবদা –

*রোহিনী—* *চুমইনে ইতা ....। ঐখোয় রাজকুমারী হায়বীশিদি অয়োন শননিনে, ইতা য়েংবীয়ু, ঙরাংতা মঙাইরী ঐখোয়গী ইচেম শীজদু লুপা ২০০ দা য়ানদুনা গোকুলদা লুহোংখরে। ঐসু ঙসি হয়েং খংদে। ইপুরোইবগী মরলদি নুপী ওইবী ঐখোয়গীসু ইরলনি। মমা মপাগা মচাশিংগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরী লৈ। মচাগী অন্না*

৩। ইবিদ, মরিশুবা চহী, মে ১৯৩৪, নিপালশুবা মশীং, লা ঃ ৩১৪

*অনংদ মপা মমা য়াওই। নিঙোল ঐখোয়গী মমল খরন কয়া নুংঙাইগনি।*[৪]

*য়ুম পানবা*— য়ুম পানবা হায়বা ৱারীমচা অসি শ্রীসর্ব্বজিৎ সিংহনা ইং ১৯৩১ গী মে থাগী মশীংদা ফোঙখিবনি। ৱারীমচা অসিনা মৈতৈলোনগী ইহান হানবা ৱারীমচানি।[৫] ৱারীমচা অসি ইচম চম্বা নুপা নুপী অনীনা য়ুমবানমিন্নবগী ৱারীনি। লৈরেন অমদি শ্যামাশখী ইমুং মনুংগী শেল-থুমগী মতাংদা ঙাওনে শাওনৈ। মপুরোইবনা শেল লিক্কা শীজিন্নবা হৈতে অরেম্বদা মাঙহল্লি শাওই। শাওনবদগী লৈরেননা য়ুম পুবগী থৌদাং লৌদুনা নোংমা কৈথেল কায়, মনা মশীং লৈবদা পৈশা লোইশিল্লি। কৈথেল কাবা থেঙবদগী চাক থেঙই, ইনশাং হাওতে। মসিদগী লৈরেননা নুপী য়াওদনা য়ুম্বানবা য়াদে। নুপীতনা য়ুম্বান পূক্নি মপূং ফহনবা ঙম্মী হায়বসি উৎপনা ৱারীগী মপূংনি।

(ঘ) *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা*— চেফোঙ অসি অরাম্বমা দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৩৩ গী সেপটেম্বর থাদা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা ফোঙখিবনি। লান মমাঙগী চেফোঙশিংগী মনুংদা চেফোঙসি য়াম্না মরু ওইবা শীংথানবা য়াবা চেফোঙ অমনি। চেফোঙসিদা মশক নাইবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী তোঙান তোঙানবা খূৎই ফোঙবা থেঙনৈ। চেফোঙসিগী অহানবা মশীংদগী অরোইবা মশীং ফাওবদা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, ড্রামা কয়া করাং কায়না য়াওই। খরদং লৌখৎলবদা— হিজম অঙাংহলগী শৈরেং *মৈতৈরং, মমিৎ তাঙবদা মচু তাকপা, সজিক, মচী সনা তোপ্পা চেক, ললোনপোৎ, লৈরাংলেন, খঙদবা*, খ্বাইরাকপম চাওবগী *লবঙ্গলতা*, উপন্যাস, অরাম্বম ৺দরেন্দ্রজিৎকী নাটক *মোইরাং থোইবী*, লাইরেমযুম ইবুংঙোহলগী *মৈতৈ ফুঙ্গাৱারী*, হিজম ইরাবতকী *লোকমান্য তিলককী পুন্সি ৱারী*, মুতুম ঝুলোনগী *বিজয় পঞ্চালী*, শ্রীগৌরকিশোর শর্ম্মাগী নাটক *মধু মালতী*, ডাক্তর ভৈগ্যাগী *চাউবী*, নোভেলনচিংবা কয়া সেরিএল ওইনা মথং মথং ফোঙখি। শ্রীঅতোম্বাবপু শর্ম্মা, দেব বিদ্যারত্নগী *বিষ্ণুপুর* হায়বা পুয়াগী মরমদা ইবা ৱারেং, আর. কে. ভুবনসনাগী

---

৪। ইবিদ, মরিশুবা চহি, মে ১৯৪৩, নিপালশুবা মশীং, লা ঃ ৩১১

৫। সেমিনার পেপর, *অঙনবা মতমগী মণিপুরী ৱারীমচা*, ডা. ইবোহল সিংহ কাংজম, মে ১২-১৩, ১৯৯০

*মৈতৈ পাউরৌনচিংবসু* য়াওই। অদুগা ৱারী মচাদনা ডা. কমলগী *ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা*, গৌহাটি কতন কলেজগী— ছাত্র অমগী *প্রভা*, শ্রীকৃষ্ণমোহনগী *লমন*, শ্রীযুক্তবী সিংহগী *নুংশি লমন*, শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দরগী *হেম প্রভা*, শ্রীতেলেম আবীরগী *ফাঁসিগী হুকুম*, কৈশাম কুঞ্জবিহারীগী *থোগ*, পি. ঐইচ. বাসুদেব শর্ম্মাগী *সুরেন্দ্র*, কে. গৌরকিশোরগী *গোপা গোপীনচিংবা* ৱারীমচাশিং য়াওই। মথক্তা পনখ্রিবশিং অসিদগী থরদং লৌখৎলগা শন্নপ্পা নৈনরি—

*সজীক*— শ্রীহিজম অঙাংহলগী *শজিক* হায়বা শৈরেংসি চেফোংসিগী অহানবা চহীগী ১১ শুবা মশীংদা (১৯৩৪) ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা মহৌশাগী ফজবা প্রকৃতিগী ওইবা নীংথিববু শৈথারি। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা থেঙলবা অহিংগী অতিয়াদা কোরৌ অতিয়াদা মদোম থোকলিবা সজীক কৌবী থৱানমীচাককী নীংথিববু মশক মতৌ ফজরবী নুপীমচা অমগী শক্তম লাক্তুনা অসুন্না শৈথারি—

*ঙৌনা পানবী নমাইদো চীক্লা ফবী নঙোন্দো, ইকাইথিবী*
*খোংথাংগী তনীক তনীক শকফমদো। শিঙ্গেঙল থরো থম্বালগা*
*সজীক নংগা পাসিরা অমৃত চেনবী মমায়দো তাওজিং হৈগা*
*শকসিরা।*

*মোইরাং থোইবী*— *মোইরাং থোইবী* নাটক অসি শ্রীঅরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা মোইরাং কংলৈরোনগী খম্বা থোইবী ৱারীদগী শেমদোক্তুনা দ্রামাগী মওংদা ইরম্বনি। ৱারীদি খম্বা থোইবী ৱারীনি। মসিদা অইবনা ৱাহৈ ৱাতা অমদি মতাং খরা মশাগী ওইনা শেমদোক্তুনা ইবনি। নাটক অসিগী অনীশুবা তাঙ্কক্কী অহানবা উৎপগী মতাংদগী মতেক অমতং—

| | |
|---|---|
| *নিংথৌ*— | *ফরে ইপু; পুরেনবগী মচানা মোইরাং নিংথৌ ঐনা পাল্লিঙৈদা অতোল অতাং মচাগুম্না তাবদি কৈন্দগী য়াগদগে ইপুখোই/হাইয়ু ঙসি অঙম্বা করি মিং হাইরগা নচাশিংবু খঙবগে ?* |
| *নোংথোল*— | *ননাই নুপীমচা অসিনা খমু, নিপা মচাসিনা খম্বা হাঙ্গৈরগা খঙনৈ। ননাই থোংলেম্না অমুদোন নোংয়াই কৌজে।* |

*প্রভা*— বারীমচা অসি কটন কলেজ গৌহাটিদা তম্বা মশক মমিংদি পল্লমদবা ছাত্র অমনা চেফোংসিগী অহানবা চহীগী মরীশুবা মশীংদা (১৯৩৩) ফোঙখিবনি। বারীমচা অসি নুংশি নুংওলগী য়ুমফমদা শাগৎপনি। মণিপুরী সমাজ অমসুং পূন্সিবু শেমদোকপা পাম্বা মশানা আইদেয়েলিষ্টনি খঞ্জবা হেমন্তগা মশক মতৌ নিংথিবী ব্রাহ্মণ নিঙোল প্রভাগা নুংশি মরী লৈনৈ। মমৈদা প্রভা মীরোল্লকখি। অদুবু হেমন্তনা সমাজবু কিবদগী প্রভাবু লৌশিনবা ঙমখিদে, ময়ূম থাদোক্তুনা চৎখি। হেমন্ত মাঙগ্রে তাবদা প্রভা ঈশিংদা চোংথদুনা শিখি।

*লমন*— শ্রীকৃষ্ণমোহনগী *লমন* হায়বা বারীমচা অসি চেফোংসিগী অহানবা চহীগী তরুকশুবা মশীংদা (১৯৩৪) ফোঙখিবনি। বারীমচা অসিসু নুংশি নুংওনদা য়ুম্ফম ওই। বারীমচাসিদা 'খুরা' না মাগী নুংশিনজবী মীরোল্লবী বামোন নিঙোল থম্বালবু সমাজবু কিবদগী লৌশিনবা ঙমখিদে। থম্বালনা অরাপ্পা মফম অমদা মচানুপী অমা পোক্তুনা লৈখি। থম্বালনা সংসার থাদোক্লমদাইদা খুরাগী মফমদা মচানুপীদু থিল্লকখি। খুরাসু মপূন্সি চূপ্পা নুপী থিদনা মচানুপীদু য়োক্তুনা লৈখি। মদুবু সমাজবু কিবদগী মচা থরোবু মহাক্কী অশেংবা মচানি হায়না ফোঙদোকপা ঙমখিদে। খুরাগী ছাত্র গোকুলচন্দ্রগা মচা থরোগা নুংশিনৈ গোকুলচন্দ্রনা মতমদুগী সমাজবু শীংনদুনা থরোবু লৌগনি চোংথোরকই। লৌবসু লৌখি।

*ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা*— ডাক্তর কমলগী *ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা* হায়বা বারীমচা অসি চেফোংসিগী অহানবা চহীগী অহুমশুবা মশীংদা (১৯৩৩) ফোঙখিবনি। ব্রজেন্দ্রগী মমানা মচাগী অনীংবা অপাম্বা কয়াগী মত লৌবীদনা লুহোংনবা নুমিৎ লেপনৈ। ব্রজেন্দ্রনা মশক মশা খঙদ্রিবী অমবু পূন্সিগী লৈমিন্নবা পামখিদে। মমাগী মফমদা বারৌবদগী মালতীগী মশক য়েংলোই বাশকখি। য়েংবসু য়েংখিদে। অদুবু কমলগী হৈশিংবনা নুংশিবগী থাক অহূম পুথোক্তুনা ব্রজেন্দ্রগী মপুক্লীং য়াম্না হৈশিংনা মালতীগী মফমদা লৈশিলহল্লকই।

কমলনা মতমদুগী সমাজগী চৎনবীগী মরক্তা অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবগী শক্তম বারীমচা অসিদা য়াম্না হৈশিংনা উৎনবা হোৎনৈ। অঙনবা মতমগী বারী মচাশিংগী মনুংদা বারীমচা অসিদা খ্বাইদগী মপূংফাবনি হায়বা য়াই।

(ঙ) *অপোকপী*— চেফোং অসি হিজম গুণ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা

ইং ১৯৪৪ দা খূৎনা ইদুনা পুথোকখি। মসিদা য়াওবা 'নীংশিংবা' কৌবা শৈরেংসিদা কবিনা মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌনবগীদমক *অপোকপী* কৌবী চেফোঙসিদা ৱারেং শৈরেং কয়া ইদুনা মৈতৈ ইমাগী তুংগী লম্বী ফাংলমশি অমদি মীরৈবাক মচাশিংদা মৈতৈ সাহিত্যগী মশক তাকশি হায়না শৈথারি—

*লৈরাং পুমবুম শাংলবা*
*নুংশিবা মনম ফাওরগা*
*শীঙেল মরুম থুপতুনা*
*মীরৈবাক ৱাংমা লান্দুনা*
*মৈতৈ কোল্লোই চেল্লুশি*
*অমম্বা ফিজং হাংলুশি।* (নীংশিংবা)

(চ) *নহারোল*— চেফোঙ অসি শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা ইংশোক ১৯৪২ দা শিবাজ প্রেস ৯।১, এম. ডাঃ সুরেস সরকার রোড, কলিকাতাদা ছাপা তৌরগা ফোঙখিবনি। চেফোঙসি *য়াওশঙ মশীং* অমসুং *পূজা মশীং* হায়না অনীরক ফোঙখি। পূজা মশীংগী সম্পাদকতি শ্রীখুরাইজম বুধ সিংহনা ওইখি। চেফোঙসিগী *য়াওশঙ* অমসুং *পূজা* মশীংদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী খূৎই কয়ামরুম য়াওই। য়াওশঙ মশীংদা য়াওবা খরদং পল্লবদা শ্রীঅরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী *স্মৃতি* (শৈরেং), মেঘচন্দ্রগী *লাইরবী* (শৈরেং), শ্রীআনন্দগী *প্রেমগী লমন* (শৈরেং), বি. সিংহগী *নিংশিংবা* (শৈরেং), রাজকুমার প্রিয়গোপালগী *মণিপুরী জগোয় মশক থিবা* (ৱারেং), শ্রীনীলমণিগী *তাইবং মপা মীহাৎপা* (ৱারীমচা), রাজকুমার সনাহলগী *জয়সিংহ* (পুন্সি ৱারী), হৱাইবম রনবীরগী *নহারোল* (ৱারেং) নচিংবা য়াওই। অদুগা পূজা মশীংদনা শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবগী *মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম* (ৱারেং), শ্রীকুঞ্জবিহারীগী *নিংঙমহৌদবা*, শ্রীশীতলজিৎকী *লুহোংবা নুমিত্তা* (ৱারীমচা), বিনোদিনীগী *ছাত্রীগী মথৌ* (ৱারেং), রাজকুমার সনাহলগী *গম্ভীরসিংহ* (পুন্সি ৱারী) অমদি শৈরেং ১৬ য়াওই। শৈরেংশিংগী মনুংদা অঙাংহলগী *থোঙঙাকপা* পনবা য়াই।

মথক্তা পনখ্রিবশিংদগী খরদং লৌখৎলগা নৈনরি—

*ছাত্রীগী মথৌ*— ৱারেংসি এম. কে. বিনোদিনীনা শিলোং সেন্ট মেরিস কলেজগী ছাত্রী ওইরিঙৈদা ইদুনা চেফোঙসিগী *পূজা* মশীংদা ফোঙখিবনি।

ৱারোংসিদা মরুওইনা উৎলিবদি অনীশুবা লাঞ্জাওনা পৃথিবীদা মাঙ তাকহনখিবা অমদি মণিপুরী সমাজদা নুপীশিংবু লাইরিক নীংথিনা তমহন্দনা মতমদুগী সমাজগী ফিভমগী মরমদা ইবনি। মরুওইনা মতমদুদা নুপীনা লাইরিক তম্বগী মশীং য়াম্লমদে। নুপীনা লাইরিক হৈত্রবদি কৈনৌনুংদা চাওখৎপা ঙমলোই। অদুনা মতমদুগী লাইরিক হৈবী খরনা মাঙজিল থাদুনা তুংদা লাক্লিবী নুপীশিংবু লাইরিক তম্বীরবদি অফবা ওইগনি হায়বসিনা ৱারেংসিগী পান্দমনি।

*স্মৃতি*— শ্রীঅরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী মমিং চৎলবা সোনেট শৈরেং *স্মৃতি* হায়বসি য়াওশঙ মশীংদা ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা মীওইবা পূন্সি মরক্তা মশক নাইদুনা মিংচৎকী উরোং খিল্লম্বশিংদি শিখ্রবসু মখোয়গী মিংলেন্দি শিবা নাইদনা মতম পূম্বদা লৈহৌগনি অদুগা মীওইপোক্তা পোক্লগা সমাজসিদা করিমতা পাঙথোকলমদনা চৎখিবশিংদি কনানসু নীংশিংবিরোই। মখোয়গী পূন্সিদি কপ্লা কপ্লা চৎখিবগা পাঙখক্লি হায়বসি ফোঙদোক্লি—

*মীওইপোক্কী লাইশিংগী অফ থৌগী মণিনে*
*মাঙফদ্রবা ফম্বান্দা খিল্লম্লবা উরোংনে।*
*বিশ্ব তাইবং পানবনা কপ্ল কপ্ল লোইখিনি*
*নুংদা ইবা ঐখোয়না নোক্লা নোক্লা লৈহৌনি।*

*লুহোংবা নুমিত্তা*— ৱারীমচা অসি রাজকুমারী শীতলজিৎনা পূজা মশীংদা ফোঙখিবনি। ৱারীদি ইবেচাউবীগী মমা মপানা মচাগা নুংশিনজরকপা ইবোচাউববু লাইর চূদৎনবনি হায়দুনা পীনিংখিদে। অদুনা ইনাকখুনবা অমদা ইবেচাউবীবু থাজে। মমা মপাগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংবা য়ারে অদুবু লুহোংগদৌবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা ইবেচাউবী আত্মাঘাট তৌদুনা মতোম্মতা শীজখি।

মথক্তা নৈনরিবা কয়াসিদগী খঙবা ঙম্মী– লান মমাঙগী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা ৱারেং, শৈরেংশিং অসি মতমদুগী সমাজগী ফিভমগা য়াম্না মরী লৈনৈ। অয়াম্বনা রোমান্টিক ওই। শৈরেংশিংদা প্রকৃতিবু শৈথাবা অদুগা ইমারোলগী মরমদা শৈথাবনা অয়াম্বনি। ৱারেংশিংদনা মতমদুগী অৱাৎপা সমস্যা কয়াগী মরমদা নৈনৈ। সাহিত্যগী খূৎইশিংগী মনুংদা ৱারীমচা অসি য়াম্না মরুওইরবা লৈচল অমা ওইনা থোরকই। লান মমাঙগী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা ৱারীমচা অয়াম্বা নুপা নুপীগী অপাম নুংশিগী মরী ফোঙদোকপনা মপূং ওই। মতমদুগী সমাজদা

ব্রাহ্মণবাদকী অকনবা ঈহৌ, য়েক শলাই, অনেম অৱাংগী অচৌবা পনখে লৈরম্বনা সমাজগী চৎনবী পনখে লানথোক্লুনা ইরম্বা থেঙনদে। পাখং লৈশাবীশিংনা নুংশিনজরবসু লৌন-লৈনবগী মতাঙদা মমা মপাগী অপাম্বা অমদি অনীংবনা অরোয়বা ৱারেপ ওইবা অসিমক মতমদুগী মরুওইবা সমস্যা ওইবনা নায়ক নায়ীকা থুংনদে, আত্মঘাট তৌদুনা শিবা থেঙনৈ। সমাজদা শীংনবগী থৌনা পোক্তে, অদুবু কমলগী ব্রজেন্দ্রগী চরিত্র অমদি কৃষ্ণমোহনগী 'লমন'গী গোকুলচন্দ্রগী চরিত্রদি মতমদুগী সমাজগী চৎনবীবু য়ানীংদনা শিংনবগী চরিত্রনি।

(২) লান মতুংগী চেফোংশিংগী ফিভম খূৎই উৎপগা লোয়নননা সাহিত্যগী মচলশিংবু নৈনবাঃ

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীদি লাইরিক লাইশু হৈবা মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা ছাপাখানা মশীং য়াম্না লৈরকপদগী মখল মখা কয়াগী চেফোং ফোঙলকই। লান মমাঙগী চেফোংশিংদগী লান মতুংদা ফোঙলকপা চেফোংশিংনা মওং তানা, ফিভম চুম্না ফোঙলকপা থেঙনৈ। অদুগা চেফোংশিংদা সাহিত্যগী ওইবা মচল কয়াসু মরাঙ কায়না য়াওরকই। হায়রিবা চেফোংশিং অসিদা অঙনবা মতমগী লময়ানবা অইবশিংগী খূৎইত নত্তন হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইরবা অইবশিংগী খূৎই কয়া ফোঙবা থেঙনৈ। লান মতুংগী চেফোংশিংদদি অইবা কয়াগী মশাগী ওইবা খূৎইত নত্তন পৃথিবীগী মমিং চৎলবা অইবা কয়াগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা কয়াসু মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙবা থেঙনৈ। মণিপুরী সাহিত্যদা চেফোংগী মতেঙনা পৃথিবীগী সাহিত্যগী ঈরাং মশক কয়া পুশিল্লকপদা নত্তনা অনৌ অনৌবা সাহিত্যগী খূৎই ষ্টাইল কয়াসু চঙলকপা হৌখি। মসিদা নত্তনা চেফোংশিং আলোচনাগী শরুক, লাইরিক মশক তাকপগী শরুক, অইবা কয়াগা উন্নবগী পাউদম্নচিংবা য়াওবত নত্তনা অথন্নবা হীরম অমতদা ফোঙবা চেফোংসু থোরকপা থেঙনৈ।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ফোঙলকপা অদুগা মতম কুইনা হিংলমদ্রবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোং কয়ামরুম লৈ। হায়রিবা চেফোংশিং অসিদা য়াওরিবা সাহিত্যগী ওইবা খূৎইশিং লোয়না লৌখৎতুনা নৈনবদি য়াম্না পাক-চাওবা মরম্না মরুওইবা চেফোং খরতমক লৌখৎলগা নৈনজরি। নৈনগদৌরিবা চেফোংশিংদি— *ভাগ্যবতী পত্রিকা, মৃক্তি, খোঞ্জেল, জ্যোতি, সাহিত্য ঈচেল,*

*মীৎয়েং, মতম, ইমারোল, ঈরা* অমদি *মৈরিক*-নচিংবনি।

(ক) *ভাগ্যবতী পত্রিকা*— চেফোঙ অসি লাইশ্রম বীরমণিনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৪৬ কী ফেব্রুৱারীদা চূড়াচান্দ প্রিন্টিংদা নুংতিগী ওইনা ফোঙখি। অদুবু মমৈদা চয়োলগী ওইনা ফোঙখি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা সাহিত্যগী মচঙ্গ কয়া য়াওই। খরদং পল্লবদা শ্রীমীনকেতনগী *খোংনাং হোগায়বী*, শীতলজিৎকী *আগষ্ট ১৫*, নীলকান্তগী গীতাঞ্জলী অনুবাদনচিংবা য়াওই।

গীতাঞ্জলী অনুবাদ মতেক অমতং—

(১৪৭)

*পুন্সিগী পূজা পূম্নমক*

*ফাজিদ্রিনে মপূং*

*খঙইনে মখোইদু খঙইনে*

*মাঙখিবা নত্তে করিসু*

*শাংকাইদ্রিবা লৈরাং কয়া*

*কেল্লিনে সংসারদা*

... *মাংখিবা নত্তে করিসু।*

(খ) *মুক্তি*— চেফোঙ অসি রাজকুমার ঝলজিৎনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৪৯ গী জানুৱারীদা তরুন প্রিন্টিং ৱার্কসতা থা ৩/৩ গী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী অহানবা মশীংদা শীতলজিৎকী *ইরম অনী* (ৱারীমচা), শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *ৱাহৈ অমতনা* হায়বা ৱারীমচা অনীসি য়াওই।

*ৱাহৈ অমতনা*— ৱারীমচা অসি শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মানা ইবনি। ৱারীমচা অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গী মীনুংশিংগী মশক অদু উৎলি। বোকুলনা মনাওনা পোকপা চন্দ্রবু মচা শক্লা মপুন্সি চূপ্পা নুপী থিদনা য়োকখি। মনাওদি অতোম্বীগী খুজিন্দগী নুপী মনাক্তা লৈখি। চন্দ্রসু অফবা মী ওইরক্নুনা লৈবাক্লা শকখঙনবা ওইরকখি। বোকুলনা মমৌ হায়দুনা লুহোংই। লাল্লুরবা মনাও বোকুলগী মফমদা চঙজে। বোকুলনা মনাওবু ঙাকপীদুনা মচা মমৌ অনীবু মনাওগী খুৎতা শিননৈ।

(গ) *জ্যোতি*— চেফোঙ অসি শ্রীঅশাংবম মীনকেতননা সম্পাদক ওইদুনা খৃ. কু. ১৯৪৮ গী দিসেম্বরদা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা তৌদুনা থাগী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা লময়ানবা

অইবশিংদগী তোঙান তোঙানবা খুৎই কয়ামরুম য়াওই। খরদং পল্লবদা শ্রীমীনকেতনগী শৈরেং *নোঙ্গুমলখোদা, লিক্লাং কংপা, লৌজরোই ইমাগী লম্মন, মৈতৈ পোকপী ইমানিনে কোলোয়না মাগী মণিপুর, মৈত্রবাক অমসুং চে* (ৱারেং), *তোনু লাইজিংলেম্বী* (লীলা), রবীন্দ্র গীতাঞ্জলী অনুবাদ, খ্বাইরাকপম চাওবগী ৱারেং *ধর্ম্মগী মরু, মতমগী ৱাখল, ধর্ম্ম অমসুং আধ্যয়, কবি অমসুং কাব্য, পামজবা* (শৈরেং), হিজম অঙাংহলগী শৈরেং *য়েৎথংবা লাংথবালগী লৈহাও লৈরেল তুবা, মৈতৈগী লৈরাং, মিংচৎ থিবা, অরেম্বা নত্তে,* শীতলজিৎকী শৈরেং *য়াকায়রোল, রামায়ণ, চাকনিবী,* (ৱারীমচা), *লমজেল* (উপন্যাস), নীলবীর শাস্ত্রগী শৈরেং *অবেম্বা মপোক্তা, খোংজোম তীর্থ,* খুমন্থেম ইবোহলগী শৈরেং *অরী অনৌ, নুজা কৈন্যা,* মোইরাংথেম চন্দ্রগী *গরীবনিৱাজ* (ৱারী), কালাচান্দ শাস্ত্রীগী *ধর্ম্ম* (ৱারেং), ব্রজবিহারীগী *রামায়ণ,* সোনামণিগী *শ্রীচৈতন্য চবিত্র মৃত, চিন্তামণি,* শ্যামসুন্দরগী *শামু খোংয়েৎপা,* (লীলা) নচিংবা অসি চেফোংসিগী মশীং কয়াদা মথং মথং ফোঙখি। মখাদা খরদং লৌখৎলগা নৈনরি।

*মৈতৈ পোকপী ইমানিনে কোলোয়না মাগী মণিপুর*— শৈরেং অসি নিপালশুবা মশীংদা মীনকেতননা ফোঙখিবনি। শৈরেং অসিদা কবিনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী ফজবা মগুণ কয়াবু শৈথারি—

*হৈবাং লৈরাংনা থল্লবা*
*ফৌরোংনা খোইঙাং য়াল্লবা*
*হায়যুদা খঙব্রা লমদমশে*
*মৈতৈ পোকপী ইমানিনে*
*কোলোয়না মণি মণিপুর।*

*মিংচৎ থিবা*— কবি অঙাংহলগী মমিং চৎলবা শৈরেং অসি চেফোংসিগী তরামথোইশুবা মশীংদা অহানবা ওইনা ফোঙখি। শৈরেংসিদা কবিনা মিংচৎ হায়বসি মীওইবনা কোয়না থিদুনা অমদি তাল্লগসু ফংবা নত্তে। মিংচৎকীদমক মিংচৎ থিবদি কৈদৌনুংদা ফংলোই হায়না ফোঙদোক্লি।

*নঙবু ফংগে নীংবনা ফংন হৌনদ্রা;*
*নঙবু ফংঙোই নীংবনা নঙবু ফংন হৌনব্রা;*
*ফংনি ফংঙোই খঙদনা নঙবু থিবা থোকপরা;*

*ঐগী হায়বা থমদ্রগা নঙবু ফংবা তাবরা ।*

*কবি অমসুং কাব্য—* ৱারেংনি, খ্বাইরাকপম চাউবনা তরেৎশুবা মশীংদা ফোঙখিবনি। ৱারেংসিদা অইবনা কবি অমগী মগুণ করিনো হায়বদু তাকই। কবিগা মীচমগা মান্নদে। মখোয়দা অশেংবা অচুম্বা অৱাংবা আর্দশ য়াওই। অদুগুম্বা কবিনা ইথোরকপা মচাকশিং অদু কাব্যানি হায়বসি তাকই।

*থাঙ্গশেংবা কবিদি কনাগসু মরী লৈতবা, তোঙানবা জাৎ*
*অমদা চঙখ্রবা তোঙানবা জীব অমগুম্বনি। শম্না হায়রবদা*
*কবিবু করিগুম্বা ব্যাকরণনচিংবগী নিয়ম্না পুনবা*
*ঙমদে অমসুং পুনশিনবসু চুমদে।*

*লমজেল— লমজেল* হায়বা উপন্যাস অসি শীতলজিৎনা চেফোঙসিগী নিপালশুবা মশীংদগী ফোঙবা হৌই। অদুবু চেফোঙসি তরানিথোইশুবা মশীংদগী মখা তাবা ইসু ফংদবনা ইসু মঙারক অসিদা য়াওরিবা ৱারীতমক শম্লপ্পা নৈনরি।

উপন্যাস অসি ইচম চম্বা ৱারী পরীংদা চরিত্র খরা শাগৎলগা মীওইবগী খেন্নবা লমচৎপু পুথোরকপনি। ৱারীগী অশম্বদি— নরেন্দ্র অমসুং রাজবিহারী অনীসি শেঞ্জাও পায়বা অমনা অমদগী হেন্নদবা লৈকায় অমমমগী নুপানি। অনীসিগী মচানুপা অনীমক স্কুল অমত্তদা তম্মীন্নৈ। অঙাং অনীসিসু অমনা অমদগী লাইরিক ফবা হেন্নদে। মপা মপানা মচাশিংগী ওজা থমদুনা ময়ূমদা প্রাইভেট তৌনহল্লি। ওজা অনীসিগী ৱাখল মীৎয়েংদি মান্নদে। নরেন্দ্রগী মচা রাজেন্দ্রনা রাজবিহারীগী মচা জ্ঞানেন্দ্রগী পরীক্ষাদা নম্বর খরা হেল্লি। মসিদা জ্ঞানেন্দ্রনা নুংঙাইতে। অদুবু মাগী ওজানা মীওইবগী য়েক্লবা কাম, অশাওবা, পংথবা, ময়ায় কাবা, মীগী অফবা উরগা নুংঙাইতবা পূম্নমক নমথদুনা থমগদবনি মদুতদা মীওইবনা তান্নগদৌরিবা পম্বুং য়ৌবা ঙমগদবনি হায়না পাউতাক পী। অদুগা অমরোমদা রাজেন্দ্রগী ওজা অমদি মপাদি মচানা পূম্নমক্তগী হেন্নবা ফত্তবা পাউতাক কয়া পীশিল্লি। অসুম্না অঙাং অনীমক নম্বর চপ মান্ননা মেত্রিক পাস তৌরে। মীরৈবাক্তা চহী ৬ তমদুনা থোরক্লে। নোংমা মখোয় অনীনা 'প্রভা' কৌবী অমবু থেঙনৈ। মখোয়নি কোয়বা চৎলি। মখোয়নিমক্লা প্রভাবু নুংশি। অদুবু রাজেন্দ্রনা হান্না প্রভাগী মফমদা মাগী নুংশি ৱাহৈ কয়া ফোঙদোকখি। অসুম্না মখোয় অনীসু হল্লকখি।

মতাঙ অসি ফাওবনা উপন্যাসসিগী অফংবা শন্নগ্গা ৱারীনি।

(ঘ) *খোঞ্জেল* * — চেফোঙ অসি কলিকাতা মণিপুরী ষ্টুদেন্টসনা চহীগী ওইনা শ্রীপি. ঐইচ. গৌরহরিনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৪৮ গী দিসেম্বরদা সিংহ প্রিন্টিং ৱার্কস, ৩০, বাদুর বাগান ষ্টট, কলিকাতাদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংগী খুৎই কয়ামরুম য়াওই। খরদং লৌখৎলবদা— লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *অহনগী মতুংইন্নুবা*, *লৈ লাংবা* (শৈরেং), এস. বেদজিৎকী *মেম্মগী লাইথি*, *মৈতৈ লৈবাক*, নীলকান্তগী *শকখঙদবা* (শৈবেং), *পংই ইজবা খবদং*, প্রমোদিনীগী *সাহিত্য অমসুং সনা লৈবাক*, *নুপীগী মথৌ*, সোনামণিগী *খোংজোম লান্দা পাওনা*, শঞ্জেনবম প্রফুল্লচন্দ্রগী *কোইপাই পায়দুনা লৈবমখো*, বি. চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *পাইবিবা কুরাক* বিনোদিনীগী *চরিক পরেং* (ৱারীমচা)নচিংবা কয়া য়াওই। মখাদা খবদং লৌখৎলগা নৈনবি।

*লৈ লাংবা*— কবি সমবেন্দ্রগী *লৈ লাংবা* হায়বা শৈবেংসি ছাত্র ওইরিঙৈদা ইদুনা ১৯৪৮ গী দিসেম্বর থাগী মশীংদা ফোঙখিবনি। শৈবেংসিদগী সমবেন্দ্রবু কবি অমা ওইনা মণিপুবী সাহিত্যদা শকখঙনবকখিবা হৌরকখি। শৈবেংসিদা কবিগী নহা ওইবিঙৈগী য়াম্না বোমান্টিক ওইরবা ৱাখল অমসুং মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিবগী মশক অসি মযেক শেংনা উবা ফংই। কবিনা খুৎমাবা মণিপুবী সাহিত্যগী অইবশিংবু শৈরেংসিদা শৈথাবগা লোযননা মখোয়গী সাহিত্যবু মশক খঙনবা হোৎনসি হায়না শৈথারি।

*কাঞ্চি লৈকো ঃআঃ কাঞ্চি লৈকোল য়েংসি লাউ,*

*লৈকোল অসি কুইদবি।*

*খোন্নৌ নহা খোইনিং অমা*

*খোংজরমই মথৌ পোঙনা*

*চেক্লা মদোম ঙায়জখি*

*নীংঙমখিদে মহাকখক কুইদবি।*

---

* চেফোঙ অসি তশেংনা লিবা নত্তে। যাম্না তাঙনা মরক মরক্তা ফোঙলকপা থেঙনৈ।

*নূপীগী মথৌ*— ব্রাবেংসি খাইদেম প্রমোদিনীনা ইখিবনি। ব্রারেংসিদা অইবীনা সমাজদা নুপা নূপী পান্নরিবা অসিদা করম্বা থাক্তা নূপীশিংবু মপুরোইবনা য়েংবা অমদি নূপীশিংনসু মপুরোইবশিংবু করম্বা মীৎয়েংগী মখাদা থমগদগে হায়বসিগী মরমদা তাক্লি। নুপানা য়ূমগী নূপী লৈনা লৈনা অতোপ্পা নূপী কোইরকপা কয়া অসিগী মরম মতীক চানা পীরি। পূম্নমকসি নূপীশিংগী মখা পোল্লি হায়বসি অইবীগী মতনি। য়ূমগী নূপীনা থৌনা ফবা, লৌশিং শিংবা তাই, শম্না নূপী খুদিংমক্না নূপী ওইবীগী মগুণ ঙাক্তুনা মথৌ থঙনা চৎতুনা মতীক চাবী ওইরবদি ইমুংদো শান্তি ওইবদা নত্তনা সমাজদসু অফবা পুরক্তুনা শান্তি ওইগনি হায়বসিনা ব্রারেংসিগী পান্দমনি।

*চরিক পরেং*— ব্রারীমচা অসি বিনোদিনীনা ইং ১৯৬৪ গী মপালশুবা মশীংদা ফোঙখিবনি। ব্রারীমচা অসিদা অইবীনা মীওইবগী থম্মোয়গী মীনুংশিগী মরীবু ফ্লাস বেক টেকনিক শীজিন্নদুনা উৎলি। ব্রারীসিদা মণিপুরদা লাকখিবা কর্ণেল থোমাসকা অইবীগা থেংনখিবা থৌদোক অমসুং অইবীগী মফমদা মচলনুপী অমা ওইনা শিন্নরম্বা চবিক পরেং অসিনচিংবসি ফ্লাসবেক টেকনিকতা নীংশিংলকপা ওইনা উৎতুনা কর্ণেল থোমাসকী কাওঙমদ্রবা অঙকপা চরিত্রগী মশক অমা য়াম্নমক মরীক চুম্না অপাবশিংদা নোংথাংগুম্না খংঙাল ঙালহন্দুনা য়েক্লি।

(ঙ) *সাহিত্য ঈচেল* — চেফোঙ অসি শ্রীখুমনথেম ইবোহলনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৫০ দা স্বরাজ প্রেসতা থাগী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা শৈবেং, ব্রারেং কয়ামরুম যাওই। খরদং পল্লবদা— সমবেন্দ্রগী *নহারোলগী অনৌবা, লাইফদিবী* (শৈরেং), মীনকেতনগী *মৈতৈ কবিতা*, (শৈরেং), কালাচান্দ শাস্ত্রীগী *মরৈ পরেং*, খুমনথেম ইবোহলগী *লোক্তাক্কী লাঞ্জাও*, রণবীরগী *তেনব্রাগী ঈশৈ*, শীতলজিৎকী *মীৎয়েং*, কৃষ্ণমোহনগী *গান্ধীগী অরোইবা*, ঝলজিৎকী *চাউবা কবিনা লৈতবদা*, কোকঙাংসনাগী *সাকোক লম্লেন অহানবা পুয়া*, প্রমোদিনীগী *কনানা ঙস্বগে* (শৈরেং) নচিংবা কয়ামরুম য়াওই। মখাদা অমতং লৌখৎলগা নৈনরি—

*লাইফদিবী*— শৈরেং অসি কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা চেফোঙসিগী অহানবা মশীংদা ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা অঙাংগী সংসারদা অঙাংগী কল্পনাদা থোকপা ওইদবা ভাবনা শাবা সংসারগী মশক অদু পুথোক্তুনা শৈথারি—

*য়েংউ যেংউ নুপীমচা খবদি*
*চুম্না শান্নবতা পেন্দদুনা*
*লাইফদিবী অমখক্তি*
*চেগী উপুদা হাপতুনা*
*শৈবেং হাযনা পুখবেনে*
*লফু মখোং য়ৌখবে।*

(চ) *মতম*— চেফোঙসি শ্রীকোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মানা সম্পাদক ওইদুনা খৃ. কু. ১৯৫৬ গী ফেব্রুৱারীদা শর্ম্মা প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা তৌদুনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিদা সাহিত্যগী মচল কযামকম যাওই। খবদং পল্লবদা – নীলকান্তগী *জি. সি. তোংব্রা* (ৱাবেং), বি. চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *অমুক পীবীবনু*, তোংব্রাগী *মচু আনোককী বিচাব*, *নিঙোল চাক্কৌবা* (লীলা), সমবেন্দ্রগী *নিংশিং অযুক্তা*, নীলকান্তগী *হৌজিক্কী কবিতাগী শক্তম* (ৱাবেং), খুমন্থেম ইবোহলগী *খোংবীবো ইমা* (শৈবেং) নচিংবা যাওই।

মখাদা তোংব্রাগী খৃৎইবু লৌখৎলগা নৈনবি—

*নিঙোল চাক্কৌবা*— ৱাবেংসি তোংব্রানা ইম্ফাল কলেজগী ওঝা ওইবিঙৈদা ইখিবনি। ৱাবেংসিদা তোংব্রানা মণিপুরদা নিঙোল চাক্কৌবগী অফ-ফত্ত অমদি মকওইনা নুপীবু মনিংতম্না হিংহন্নবগী মবমদা ফোঙদোকই। অইবনা মোত্তা— নুপাশিংনা নুপীশিংবু মীনাইগুম্না থম্বীববদি লৈবাক চাওখৎপা ঙমলোই অদুনা অমুক নুপীনা মনিং মখা কা হেন্না তম্লবদি লৈবাক ঈবাং হৌই। অদুনা তোংব্রানা হায—

*চপ চাবা মফম মথৌ লেপ্পা অমসুং চৎপনা সমাজগী পাঙ্গল*
*ওইগনি....। নুপীগী লাইবিক্কা নিপাগী লাইবিক্কা মান্নবা*
*চুমদে, মবমদি মী ঙাক্তা ওইববসু নুপী নুপাগী মান্নদবা*
*খবা লৈ।*

(ছ) *মীৎযেং*— চেফোঙ অসি এলাংবম নীলকান্তনা সম্পাদক ওইদুনা ১৯৫১ গী ওক্তোববদা ডি বিজয প্রেস লিঃ, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা থাগী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কযাদা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইববা

অইবশিংগী খূৎই কয়ামরুম য়াওরী। খরদং লৌখৎলবদা— বেদজিৎকী "করিগী খুনগৎপিদবা" (শৈরেং), "ঙাইজবা", নীলবীর শাস্ত্রীগী "মোংফম" (লীলামচা), আর.কে. এলাংবমগী শৈরেং— "বসন্ত হৌরক্লবদা", "তাইবঙ খোংচৎ", "সন্ধ্যা", "লুহোংবা" (ৱারীমচা), দীলিপ কুমার রায়গী "রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মিৎয়েংদা নুপী", নেপ্রম কুঞ্জোগী "হেমলেট", মণিস্না শর্ম্মাগী "মালতী" (ৱারীমচা), নীলকান্তগী "বসন্তনা কৌরবদা", খুমন্থেম ধনঞ্জয়গী "গোরি" (ৱারীমচা), প্রফুলচন্দ্রগী "সমাজগী চেকপল ৱাংমদা" (ৱারীমচা) নচিংবা য়াওই। মখাদা খরদং খনগৎলগা নৈনরি—

"লুহোংবা"— ৱারীমচা অসি আর. কে. এলাংবমনা ১৯৫৩ গী মঙাশুবা মশীংদা ফোঙখিবনি। ৱারীদি ইচম চম্বা কান্তবাবু অমসুং সুমতী অনীনা পূন্সিগী য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নবগী ৱারীনি। অদুবু মতমদুগী সমাজগী মশকপু অইবগী ষ্টাইল অসুং তেক্নিক্কী হৈশিংবনা য়াম্না চেকশিন্না পুথোরকপা থেঙনৈ। য়ূম্বাল্লবা নুপা নুপী অনীগী মকা ফোঙনদবা থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লবা ইকায়থিগনবা থকশি খাশি কায়দনা চৎপগী চরিত্রগী মশকপু য়াম্না থোৎ মেংবা ৱাহৈনা ফোঙদোকপা থেঙনৈ।

"তাইবঙ খোঙচৎ"— শৈরেং অসি আর. কে. এলাংবমনা খৃ. কু. ১৯৫২গী অনীশুবা মশীংদা ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা মীওইবা তাইবঙ খোঙচৎকী মরমদা মরীক চুম্না পূন্সিগী যৌবনগী মতাংদগীনা অরোয়বা মতম লাক্কুনা মালঙদা তিনখিবগী মরমদা শৈথারি—

*ও ! যৌবন পুন্সিগী অতাঙবা*<br>
*কদাই ! কদাইদা চৎখ্রে*<br>
*মলয়া নুংশিৎ হুমউ*<br>
*অমরা লৈকোল য়ৌরেদনা*<br>
*উরেদনা নন্দন কানন অদুবু*<br>
*উরকপ্রনে তাইবং পোম্বীনা চাক্তবা।*

(জ) *ইমারোল*— চেফোঙ অসি শ্রীৱাহেংবম নারান সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা তৌদুনা খৃ. কু. ১৯৪৭ তা থাগী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা সাহিত্যগী মচল কয়ামরুম য়াওরি। খরদং

পল্লবদা— বাসুদেব শর্ম্মাগী "বন্দে মাতরম" (শৈরেং), এন. ইবোতোম্বীগী "পাউজেল" (শৈরেং), উপেন্দ্রনাথকী "সাহিত্য অমসুং সমাজ", সুরচান্দ শর্ম্মাগী "বিনোদ বাসন্তী", "নোংমগী থাবল" (শৈরেং), নীলকান্তনা গীতাঞ্জলিদগী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা "ভারত তীর্থ", কালাচান্দগী "চেংলৌ" (শৈরেং), মোইরাংথেম দেবগী "মৈতৈলোনগী ফিভম", হিজম গুণগী "বিদায়" (শৈরেং), শ্রীনীলকান্তগী "মৈতৈ সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং" (ৱারেং), নাওরিয়া ফুলোগী "মপুগী লমদম" (শৈরেং), শ্রীমৈনোগী "মৈতৈ সাহিত্য অমসুং মৈতৈলোন", মণিস্না শর্ম্মাগী "ইমা সংস্কৃত" নচিংবা কয়ামকম য়াওই। মখাদা খরদং লৌখৎলগা নৈনরি।

"ভারত তীর্থ"— শৈবেং অসি এলাংবম নীলকান্তনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী বাংলা লোন্দা ইবা গীতাঞ্জলিদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপনি। শৈরেংসিদগী মতেক অমতং লৌখৎলি—

*হে ঐহাক্কী থম্মোই ! শেংলবা তীর্থদা হৌগৎলকলে তপ্না*
*ভাবতকী অসিগুম্বা মীওইবা খিবিক্কী সাগর মপান্দা!*
*অসিদা লেপতুনা পাম্বোম থাঙ্গৎতুনা খুরুমজরি মীওইবা দেবতাবু*
*নীংথিবা ছন্দদা নুংঙাইবা পুক্রিংদা খুরুমজরি মহাকপু।*

"বিদায়"— শৈরেং অসি হিজম গুণনা চেফোঙসিগী খৃ. কু. ১৯৪৭ কী দিসেম্বরগী মশীংদা ফোঙখিবনি। শৈরেংসিনা কবিগী থম্মোয়নুংদা মতম কুইনা লাৎচদুনা লাক্লবা চান্নজবী কনাগুম্বী অমবু পলেম পম্বৌগী নীংবা থুংনবা মাবু থাদোক্তুনা চৎখরো হায়না বিদায় পীরি—

*থম্মোয় পোন্দা য়োকচবী*
*পোম্বী হায়না মিংগৌবী*
*খোংদা য়োৎহ্লিং থাংলবী*
*... ... ...*
*পম্বৌ ৱাশক ঙাক্তুনা*
*ৱাশক য়াথং ইন্দুনা*
*পোম্বী শাখপ তোইখরো*
*অনৌবা নপাং থিখরো।*

(ঝ) *ঈরা*— চেফোঙ অসি য়েংখোম জ্যোতিন্দ্রনা সম্পাদক ওইদুনা ইং ১৯৬২ গী সেপটেম্বর-ওক্তোবর থাদা ফাইন প্রিন্টিং ৱার্কসদা ছাপা তৌরগা ঈরা পব্লিকেসন য়াইস্কুলদা থা ২/২ গী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা অনৌবা অইবশিংগী খূৎই কয়ামরুম য়াওই। খরদং পল্লবদা— শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী ৱারীমচা "চৈনাখোল", "ৱায়েল", "ৱাখল হোংবা", আর. কে. এলাংবমগী "অহিংগী মরুপ" (শৈরেং), "মরুপ", "থওইবীদবা" (ৱারীমচা), লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী "চীংদা মান্দা" (ৱারেং), নন্দলাল শর্ম্মাগী "মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল", সোনামণিগী "অহিং অমা" (ৱারীমচা), শ্রীবীরেনগী "থম্মোয়" (ৱারীমচা), বি. চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী "লম্বীদা" (ৱারীমচা), খুমন্থেম ইবোহলগী "থম্মোয় পাওদম" (শৈরেং), নীলকান্তগী "মঙ্গল মেলা য়েংলুরবরা", রাজকুমার থম্বালসনাগী "নুংশিবা থিবদা" (ৱারীমচা), ইরেং বিজয়গী রুবাইট আমর খায়মগী অনুবাদনচিংবা কয়া মথং মথং ফোঙখি। মখাদা ৱারীমচা খরা লৌখৎলগা নৈনরি।

চেফোঙসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা অয়াম্বা রোমান্টিক ওইবা মশক্তুগী নাম্থোক্তুনা হৌজিক্কী সমাজগী সমস্যা কযাদা নৈনরকপগী খূৎই থেঙনৈ। চেফোঙসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমনা অনৌবা মণিপুরী ৱারী মচাগী য়ুম্ফম থোনবা হৌবসিনি। তুংদা অকনবা ঈহৌ অমা ওইনা লাক্কদৌরিবা ৱারীমচাগী মাওজিন থাংবা ৱারীমচাশিংগী চেফোঙসিদা য়াওই। মসিগা লোয়নননা মওং তানা নৈনবা থিজিনবগী ৱারেংসু য়াওই (মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল)।

"ৱাখল হোংবা"— শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী ৱারীমচা অসি চেফোঙসিগী অহুমশুবা মশীংদা (১৯৬৩) ফোঙখির্বনি। ৱারীমচা অসিদা অইবনা হৌজিক্কী পূন্সিদা থেংনরিবা লৈত-লাইরিবশিংগী উপায় লৈতবা পূন্সিগী মহিংবু য়াম্না মনুং য়ৌশিন্না য়েক্লি। ৱারীসিদা চায়াম পোকপা লাইরবা তোম্বগী পূন্সিনা শুফম নোম্ফম খঙদনা ঙাওচৎনদুনা হিংনবগী লানফমদা উপায় লৈতনা মশানা পামদ-পামদনা চা মনা থাংবা য়াওরুবগী মথক্তা কেশ লৈরিবমক্তদা অমুকসু জেল য়ৌবা য়াবগী খোংফমদা চা মনা থাংবা চৎকদৌরি। অসুম্না উপায় লৈতবদগী ব্লেক মার্কেটিয়ারগী পাখোল ওইদুনা মচাশিংগী মবুক থন্নবা লাম্থেংনবা তোম্বাগী পূন্সিনি।

কুঞ্জমোহনগী ৱারীমচা অসিদগী মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ৱারীমচাগী

ঈচেল চেনশিল্লকপা হৌখি হায়বা য়াই।

"থম্মোয"— শ্রীবীবেনগী 'থম্মোয' হায়বা ৱাবীমচা অসি চেফোঙসিগী মবীশুবা মশীংদা (১৯৬৩) ফোঙখিবনি। ৱাবীমচা অসি যুম্বাল্লবা নুপা নুপী অনীগী থম্মোয মশক উৎপা ৱাবীমচানি। অইবনা যুম পান্নবিবা নুপী নুপা অনীগী মবক্তা কবম্বা মখলগী মবী লৈবকপনা যুম্বানবগী পূন্সিদা অকাযবা ওইবক্লিবনো হাযবদু যাম্লা মযেক শেংনা উৎলি।

প্রোফেসাব নীলো যাম্লা লীববা মতমদা মচাগুপ্পী চন্দ্রসখীগা লুহোংই। অদুবু মঙোন্দা যুম্বানবগী চৎনবোলগী বাখল থোইনা চঙদে। অদুগা অমবোমদা চন্দ্রশখীদি ইথক ইবাংদা তাউবা, মথোৎ কাবকপীনি। মসিনা চন্দ্রসখী মফমদা অচৌবা অৱাবা অমা ওইখি। মপুবোইথগী মফমদগী থম্মোযগী নুংশিবা অমসুং অপাম্বা ফংলক্তবদগী অতোপ্পা নিপা বিজযগা অবোনবা মবী থল্লকই। অসুম্লা নুপা নুপীগী যুম্বানবগী পুন্সিদা খেন্নবা থম্মোয অনীগী মশকপু যেল্লি।

(এঙ) *মৈবিক* - চেফোঙ অসি শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা সম্পাদক ওইদুনা খ্ কু. ১৯৭৪ গী ওক্তোববদা সি সেবেন ইউনিযন প্রেসতা ছাপা তৌদুনা থা ২/২ গী ওইনা ফোঙখিবনি। চেফোঙ অসি ৱাবী মচাগীতা ওইনা ফোঙবনি। চেফোঙসিনা বাবীমচাগী ঈহৌ পুবকপদা অচৌবা মতেং পাংখি। চেফোঙসিদা যাওবিবা বাবীমচা অযাম্বা সমাজগী সমস্যা, পূন্সিগী অশেংবা মশক কযা উৎনবা হোৎনবকপা থেঙনৈ। হৌজিক হৌজিক এবার্দ ফংলবা ৱাবীমচাগী লাইবিক ওইনা ফোগুলকপদা যাওবিবা ৱাবীমচা অযাম্বা চেফোঙসিদা হান্ননা ফোঙবা হৌখিবনা অযাম্বনি। চেফোঙসিগী মশীং কযাদা ইবোমচা, বীবমণি, প্রেমচান্দ, প্রিযোকুমাব, শ্রীবীবেন, কুঞ্জমোহন, কিশোবচান্দ, প্রকাশ, ইবোহনবীনচিংবগী বাবীমচা কযা মথং মথং ফোঙখি। খবদং লৌখৎলবদা— বীবমণিগী *পিকনিক পিকনিক*, *ৱামৈ*, *হুইগী বচনা*, *হনুবা অমসুং যোংযাং*, প্রেমচান্দগী *অসুম লৌখি*, *মেবাগী থাবল*, যূমলেম্বম ইবোমচাগী *সহব*, *মৈ*, কিশোবচান্দগী *সনা কৈথেল*, কৈশাম প্রিযোকুমাবী *ট্রক গাড়ী থুংলবা*, *মীবেনশঙ*, কুঞ্জমোহনগী *অওনবা শক্তম*, শ্রীবীবেনগী *পাপ চঙলবদা মপোক*-নচিংবা পনবা য়াই। মখাদা খবদং লৌখৎলগা অমুক নৈনবি।

*হনুবা অমসুং যোংযাম*— শ্রীলমাবম বীবমণিগী *হনুবা অমসুং যোংযাম*

হায়বা ৱারীমচা অসি চেফোঙসিগী অহানবা চহীগী অহুমশুবা মরীশুবা মশীংদা (১৯৭৫) ফোঙখি। ৱারীসিদা হৌজিক্কী সমাজদা অচৌবা কাঙলুপ্পা ওৎপীবদগী ওইরকপা অতোনবা মীচমশিংগী অৱাবা পূন্সিগী মশকপু য়াম্না মনুং য়ৌশিন্না য়েক্লি। নৌনা লুখ্রা ওইরবী লৈহাওনা মচা অমদি মনেমগীদমক অৱা-অনা, ইকায় ইকি থাদোক্তুনা মশাগী হুমাংমনতনা অরৈবা শক্তি পুথোক্তুনা হিংনবা লানথেংনৈ অদুবু সমাজসিদা লৈরিবা য়োংগুম্না মকোক য়াওদ্রবা মীওইশিংগী শরাক তমফম ওইখি। অসুম্না মতম্না মফম্না নমদুনা মশাগী ইজ্জৎ য়োলহল্লকপা তারবী ফিদক য়োনবী লৈহাওগুম্বী পূন্সি কয়া ঙসিগী সমাজসিদা হিংলি হায়বসি ৱারীমচাসিনা থিন্দুনা তাক্লি।

*অসুম লৌখি*— শ্রীলাইতোনজম প্রেমচান্দগী *অসুম লৌখি* হায়বা ৱারীমচাসি চেফোঙসিগী মরীশুবা চহীগী ১০/১১ শুবা মশীংদা ফোঙখি।

ৱারীসিদা হিংনবগী লানফমদা ৱানা খাঙলিবা মৈতৈ নুপী কয়ানা শেঞ্জাও পায়বা কয়াগী করাম্বা মীৎয়েংখাদগী নাম্থোকফম লৈজদবা, উপায় লৈতবা পূন্সিগী মশক উৎলি। লুখ্রাবী সনারৈনা হিংনবগীদমক হাজিরা শুই। ঠিকাদারগী মনাওনা সনারৈগী মফমদগী অপাম্বা ফংনবগীদমক হুরানবা শীবি। খূৎশুমল ফংদ্রবা সনারৈ হাঙলবা মচাশিংগী পূক্রা নমদুনা ইনশিল্লকই শেঞ্জাও পায়বা ঠিকাদারগী মনাওগী অপাম্বা মৈরিক্তা। অসুম্না হিংনবা হোৎনরকপদা মফম্না মতম্না নমদুনা মশাগী ইজ্জৎপু য়োলহনবা তারকই হায়বসি ৱারীমচাসিদা উৎলি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংগী মখা তানা ফোঙখিদ্রবা চেফোঙশিংগী মনুংদা *ঈরা* অমদি *মৈরিক* অনীসি থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। চেফোঙ অনীসিদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী ইনৌ নৌবা খূৎই ফোঙলকপা থেঙনৈ। মরুওইনা ৱারীমচাগী লমদা অনৌবা ৱারীমচা কয়া য়াওই। চেফোঙ অনীসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অয়াম্বা হৌজিক্কী পুন্সিগী হিংবগী সমস্যা অমসুং মাঙথরক্লবা মোরেলগী মশক অমসুং শেঞ্জা থুমজাগী মশক উৎপা ৱারীমচাশিংনি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ফোঙলকপা অদুগা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা চেফোঙ কয়া অমসু লৈরি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনা অনৌবা সাহিত্যগী ঈচেল পুরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি। লান মতুংদা ফোঙবা হৌজিক ফাওবা হিংলিবা সাহিত্যগা হেন্না মরী লৈনবা চেফোঙশিংগী মনুংদা লৌখৎপা য়াবদি

*সাহিত্য, ৱাখল, ঋতু*-নচিংবনি।

হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদদি মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইরবা অইবশিংগী খূৎইত নত্তনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, নোভেল কয়াবু মণিপুরদা হন্দোক্লুনা ফোঙবা থেঙনৈ। অদুগা আলোচনাগী শকক, লাইরিক মশক তাকপগী শরুক, লমকোয় ৱারী অমদি অইবশিংগী পূন্সি ৱারী, লোয়নননা অইবশিংগা উন্নবগী পাউদম্নচিংবসু মওং নাইনা হাপ্লা থেঙনৈ। মখাদা পনজরিবা চেফোঙ অহুম্মু মথং মনাও নাইনা লৌখৎলগা নৈনরি—

*সাহিত্য*— চেফোঙ অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদেনা থা ৩/৩ গী ওইনা খৃ. কু. ১৯৬৩ গী দিসেম্বরদা মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিমিটেদতা ছাপা তৌদুনা এলাংবম নীলকান্ত অমসুং ফুরাইলাৎপম বিহারী শর্ম্মনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙবা হৌখিবনি।

চেফোঙ অসিগী মপূংওইবা মশক্তি অরিবা সাহিত্য অমসুং মণিপুরগী অরিবা সংস্কৃতিগী মবমদনা হেন্না মপূং ওইনা মীৎয়েং থমদুনা পুথোক্লবা হোৎনবনি। অদুবু অনৌবা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা অমদি অনুবাদকী ওইবা খূৎই কয়াসু য়াওই। অদুগা মতম মতমগী ওইনা ফোঙলকপা লাইরিক কয়াবুসু মশক তাক্লুনা ফোঙবা থেঙনৈ। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা য়াওরিবা অরিবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা ৱারেংশিং লৌখত্তুনা উৎলি। চীংঙাখম পিশককী *সাহিত্য অমসুং সমাজ, সংস্কৃতি*, খুবাইজম ফুলেন্দ্রগী *সমাজ*, এস. নদীয়াগী *সমাজ অমসুং সংস্কৃতি*, গৌরচন্দ্রগী *মণিপুরী লোক সাহিত্য*, খেলচন্দ্রগী *থাইনগী মণিপুরী সাহিত্য*, কে. চন্দ্রকুমারগী *মৈতৈ সমাজ অমসুং সংস্কৃতি*, নদীয়াগী *লোক গীত*, এন. ইবোবীগী *মণিপুরগী অরিবা সমাজ অমসুং ৱায়েল থৌদাগী মওং*, চান্দম গোপালগী *খম্নুং ঈশৈ*, ও. ভোগেশ্বরগী *নুমিৎ কাপ্পা, নিংথৌরোল লম্বুবা* অমসুং *মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা নৈনবা, পেনাগী হৌরকফম*, চোংথাম মণিহারগী *পাম্বোইবী খোঙ্গুল নৈনবা*নচিংবা ৱারেং কয়ামরুম মথং মথং ফোঙখি।

অদুগা মসিতা নত্তনা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা অনৌবা সাহিত্য অমসুং সমাজগী মরমদা নৈনবা ৱারেং কয়া অমসু য়াওরি। খরদং লৌখৎলবদা— এন. কুঞ্জমোহনগী *হৌজিক্কী মণিপুরী কবিতা*, শ্রীবীরেনগী *লান মতুংগী মণিপুরী কবিতা*,

ডা. আই. আর. বাবুগী *মণিপুরগী সাহিত্যদা মোডর্নিটি*, *উপন্যাস*, মীনকেতনগী *মণিপুরী সাহিত্যদা রবীন্দ্র সাহিত্যগী মঙাল*, এন. তোম্বীগী *রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী সংস্কৃতিগী ৱাখলনীলকান্তগী নোংপোক ভারতকী সাহিত্যাশিংগী মনুংদা মণিপুরী সাহিত্যগী থাক*, ডা. এলাংবম দীনমণিগী *হৌজিক মতমগী মণিপুরী ফিকসন*, মণিমা শর্মাগী *হৌজিক্কী মণিপুরী ৱারেং সাহিত্য* অসিনচিংবা য়াওরি। অদুগা থোইদোক্না পনবা য়াবা অমনা জি.সি. তোংব্রানা ইবা *লৈরম্মী মীনৌ নোকৱা শান্নবা* কৌবা মশাগী পুস্তি ৱারীগী মরমদা ইবা ৱারেং অমা মথং মথং ফোঙলকপা অসিনি। অদুগা চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা শৈরেং কয়া অমসু য়াওরি। পনবা য়াবা কবি খরদি— শ্রীবীরেন, শঞ্জেনবম নদীয়া, ইবোহনবী, য়ুমলেম্বম ইবোমচা, রতনকুমার, রাজনীকান্ত, প্রিয়োকুমার, নোংমাইথেম শরতচন্দ্র, খুমন্থেম প্রকাশ, রাজকুমার ঝলজিৎ, নীলকান্ত, সমরেন্দ্র, এম. বরকন্যা, নীলবীর শাস্ত্রী, ভানুমতী, থাংজম ইবোপিশক, ভুবনসনা, কুল্লধ্বজ কোনসনচিংবগী শৈরেং কয়ামরুমসু মথং মথং ওইনা ফোঙখি।

মথক্তা পল্লিবা কবিশিং অসিগী মনুংদগী অনৌবা শৈরেংগী মশক তাক্লিবা মরুওইবা কবি শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্র অমসুং শ্রীবীরেন অনীগী শৈরেং খরদং লৌখৎলগা নৈনরি। মরমদি মীনকেন্ননচিংবা অরিবা লময়ানবা কবিশিংগী শৈরেংদি মথক্তা নৈনখ্রে।

*বেবিলেণ্ড*— শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *বেবিলেণ্ড* হায়বা শৈরেংসি ৩২ শুবা মশীংদা (১৯৭৭) ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা মণিপুর সমাজগী অচুম্বা ফজবা য়াওদ্রবা মনুং হোরবা মপাম্থোংদা ঙাইরবা পুস্তিগী মশকপু উরগা লমদমসিগী মীশিংবু ৱাখল য়াওদবা অঙাংগা পাংখক ওইনা অঙাংশিংগী লৈবাক্তা চাংদম্নদুনা অসুম্না হায়রি—

*অঙাংগী লৈবাক্তা*
*অঙাং ঙাক্তনি পুম্নমক*
*পুক্নিংসু ৱাখলসু লৌশিংসু অঙাংনি।*
*অঙাংগী লৈবাক্কী উনা শাবা টৌতি*
*ঈশিং তাদে ... ইলেক্ট্রিক মৈ ঙান্দে।*

মদুনা ইবনি ঐনা কবিতা— শ্রীবীরেনগী *মদুনা ইবনিঐনা কবিতা* হায়বা

শৈরেংগী চেফোঙসিগী ১৮ শুবা মশীংদা (১৯৭২) ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা হৌজিক্কী সভ্যতাগী শাফুগী মঙালদা নুংশি হৈতনা তকখায়রক্লিবা লৈয়োনগুন্নবা পূক্নি কয়ানা লাওজবা ঙমদনা তূমিন্না নমশিন্দুনা হিংলিবা মীওই কয়াগী মহুৎ শিন্দুনা সিম্বোলিক ওইনা ফোঙদোক্লি—

*খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদা*
*নুপী পোৎফমগী নমথিরবা অমাংশঙ মনাক্কী*
*য়াক্লা হারবা মনমগী কোঙ্গোন্না পীক থল্লিবা*
*মপানথোকফমদা*
*নোংমা থেংনখি শাৎলম্বা লৈকাফন্না*
*শজিবুগী কোম্বীরৈ অমা*
*শেংত্রিক শেংনা অমোৎপা অমতা পক্তনা*
*অদুনা করুনা*
*কপ্পনি ঐনা*
*অদুনা ইবনি ঐনা কবিতা।*

অদুগা চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা ৱারীমচা কয়া অমসু য়াওবা থেঙনৈ। খরদং লৌখৎলবদা— শ্রীকুঞ্জমোহনগী *অমম্বা, কলক চাউবা, ইলিশা অমগী মহাও,* লমাবম বীরমণিগী *উন হেন্না হেন্না তাথরক্লি, মাংদসু লাং তুংদসু তেন, অতিথি, করিগী অদুক থেংলক্লি*, এলাংবম দীনমণিগী *শকুন্তলা, তিঙ্গাংকোক, ঈচেল খকখ্রবা তীর্থমচা, মচা, ইমৈসুনি তৌরসুনি হঙ হঙ,* য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী *খুনগী কৈথেল মচা অমা, লাকখিগদ্রা,* কৈশাম প্রিয়োকুমারী *লম হৌদোং, ভেসপায়ার,* বিনোদিনীগী *সগোল সনাবী,* প্রেমচান্দগী *নোয় মঙাইরে,* শ্রীবীরেনগী *থম্মোয় নিঙাই, অমঙবা নোং,* নীলবীর শাস্ত্রগী *তৎখ্রবা পুক্নি লৈপুন,* ওক্তবীগী *ফিজি মরুমদা, কৌরকপসু য়াই,* রাজনীকান্তগী *চীংগী ইমৌ, ইপু মন্ত্রি,* হিজম গুণগী *হোটেলগী কুন্দালৈ, মণি মমৌ,* প্রকাশকী *শিন হোংবা,* আর.কে. মধুবীরকী *শৌগাইবম ওজা মঙ্গী*-নচিংবা কয়া মথং মথং ফোঙখি। মসিগী মথক্তা কয়া অমসু লৈরম্বা য়াই। পনজরিবশিং অসিদি থেংনজবা চেফোঙশিংদগী লৌখৎচবনি। মথক্তা পল্লিবা ৱারীমচাশিং অসিদগী *সাহিত্য*-দা ফোঙলিবা ৱারীমচাগী থাক অমসুং মশক অসি খঙবা ঙম্মবগীদমক অইবা অনীখককী ৱারীমচা নৈনরি—

*ইলিশা অমগী মহাও*— শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী মমিং চৎলবা ৱারীমচা অসি সাহিত্যগী নিপালশুবা মশীংদা (১৯৬৭) ফোঙখি। ৱারীমচা অসিদা হৌজিক্কী পূন্সিনা থেংনরিবা লৈত-লাইরবশিংগী উপায় লৈতবা পূন্সিগী মশকপু য়াম্না মনুং য়ৌশিন্না য়েক্লি। ৱারীসিদা লাইরবা চাউবা মপামচানা ঙা ফাদুনা পূন্সিবু হিংনবা হোৎনৈ। নোংমতা ইলিশাগী মহাও তংবা ফংদে। অদুবু নোংমদি ইলিশা অমা চারগে খন্না ময়ূমদা পুরকই অদুবু থোংনবা চেং লৈতবদগী য়োম্থোকপা তাখি। অসুম্না ৱানা ফাজরক্লবা ইলিশাগী মহাও তংবা ফংদনা তোকখিবা অৱাবা পূন্সিগী মশকপু উৎলি।

*অতিথি*— শ্রীলমাবম বীরমণিগী *অতিথি*হায়বা ৱারীমচা অসি চেফোঙসিগী ৩৫ শুবা মশীংদা (১৯৭৮) ফোঙখি। অইবনা ৱারীমচাসিদা ময়ূম পাল্লবা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা নুপানা খাইনদুনা ৱা লোইথোক্লরবসু থম্মোয়গী মরীদি তংনদ্রিবা চরিত্রগী নুংগী মশকপু য়াম্না মরীক চূম্না য়েক্লি।

তমুবী মপুরোইবনা লান্না লৌই হায়দুনা মচা অতোনবা পুদুনা মপামদা লৈখি। মতম কুইরবগী মতুংদা মচানুপীগী লুহোংবগী মপুরোইবগী ময়ুমদা লাকখি। শাংলবা মতমসি মনুং কনবী তমুবী লোন্না থুপ্না মপুরোইবা অমদি মচা কায়নবগী মৈশা লাংদুনা লাকখি। মপুরোইবনা পূন্না লৈমিন্ননবা হৌদোকরপদা তমুবী ৱাবৌখি। অমরোমদা অতোপ্পীগী ৱাহৈনা তাশোন ওইনা থোক্তুনা মহাক আতিথি অমগুম লাকপনি খন্না হল্লকখি। অসুম্না মপাম্থোংগী মীৎয়েংদা খঙবা ঙমদ্রবা মনুং কনবী, থোৎ নৌরবী অমসুং ওইনা চাউববী থম্মোয়গী ঈঙ্গিৎ অমসুং মচিং মশোং কয়ানা কূপশিন্দুনা লৈরিবী নুপীগী নুংগী চরিত্রগী মশকপু ময়েক শেংনা য়েক্লি।

অদুগা চেফোঙসিগী মশীং কযাদা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংদগী অনুবাদ তৌবা শৈরেং, ৱারীমচা, নোভেল, পূন্সি ৱারী কয়া অমসু য়াওরী। নোভেলদা বাংলাগী অইবা চট্টোপাধ্যায়গী *বড়দিদি*-গী অনুবাদ *ইচেহল মেজদিদি*-গী অনুবাদ *ইচেয়াইমা*, ৱারীমচাদনা রাজিন্দর বেদিগী *লাজবন্তী*; রবীন্দ্রনাথকী *মুক্তিয় উপায়*-গী অনুবাদ *অরান খুভম ফংনবগী পাম্বৈ*; রামান্দরেনুগী *মপান্দা মীহৌবা*; *সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়গী পূন্সি ৱারী*; শ্রীপভাটকুমার মুখোপাধ্যায়গী *লৈগী খুদোল অমতং*নচিংবা কয়া অমসুং সাহিত্যগী

মশীং কয়াদা মথং মথং ফোঙবা থেঙনৈ।

অদুগা চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা মতম মতমগী ওইনা মণিপুরগী অইবশিংনা ফোঙলকপা লাইরিক কয়াসু মশক তাকপা থেঙনৈ। মশক তাকখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা খরদং লৌখৎলবদা--- অঙাংহলগী *জহেরা*, শ্যামসুন্দরগী অনুবাদ *বিষবৃক্ষ*, থোইবীগী *রাধা*, হিজম গুণগী *ঐখোয় তাদা*, কুঞ্জমোহনগী অনুবাদ *সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী*, পাচাগী *হজ্জ*, থোইবীগী *চীংদা শাংপী ইঙেললৈ*, শ্রীবীরেনগী *তোল্লবা শাদুগী ৱাখল*, তোংব্রাগী *চেঙনী খুজাই*, বিনোদিনীগী *বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী*, মীনকেতনগী *অশৈবগী নিতাইপোদ*, আই. আর. বাবুগী *কৃষ্ণচূড়াগী অঙাংবা মপাল*, পাচাগী *পিগী ৱারী*, এল. প্রেমচান্দগী *নাতোন চাবী বসন্ত*, হিজম গুণগী *বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড*, প্রকাশকী *মঙগী ঈশৈ* অমদি থাংজম ইবোপিশক্কী *নোরোক পাতাল পৃথিবী* অসিনচিংবা লাইরিক কয়াবু মণিপুরী সাহিত্যগী ক্রিতিক অমদি কবি কয়ানা মাগী মাগী ওইবা মত পীদুনা লাইরিকশিংগী অফ-ফত্তগী মতাংদা নৈনরি। অসুম্না *সাহিত্য* চেফোঙসিদা মখল মখা কয়াগী ওইবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা মচাক কয়া পুথোক্তুনা ঙসি ফাওবা মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লি।

*ৱাখল* – চেফোঙসি নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা খৃ. কু. ১৯৬৮ গী জানুৱারীদা ফাইন প্রিন্টিং ৱার্কসতা ছাপা তৌদুনা শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা সম্পাদক ওইদুনা অহানবা ওইনা ফোঙখিবনি।

চেফোঙসিগী মপূংওইবা মশক্তি অনৌবা সাহিত্যগী মশক পুথোক্লবা হোৎনবনি। চেফোঙসিদা মপালগী অনৌবা সাহিত্যগী মচাক কয়া পুথোকপগা লোয়ননা লমদমসিগী নহা ওইরিবা অইবা কয়াগী মশকসু পুথোক্লবা হোৎনৈ। শম্না হৌজিক মতমগী ওইবা সাহিত্যগী মরমদা চেফোঙসিনা খরা হেন্না চঙশিনবা হেল্লি হায়বা য়াই। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা লমদমসিগী অনৌবা কবি কয়াগী শৈরেং কয়ামরুমগী মথং মথং ফোঙখিবা থেঙনৈ। খরদং পল্লবদা— থাংজম ইবোপিশকী *নিংখায়রবা মূর্ত্তি*, *টৌয়ার ক্লোক*, *ঐগী ডাইরী*, *ঐগী ইকোন ঐগী ইকোন*, *শৈরেং*, *কাউন্তর*, *শামু অমসুং উচি*, *সংস্কৃতিগী পাউ*, *গাধাগা সিংহাসনগা*, *লৈচিন্দগী নুংশিৎতগী*, *হৌজিক্তি*, *মখোয়গী উন্নবদা*, *হয়িং খোয়াম্বী*,

*কংলাগী শা;* কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *এয়ার হোসটেল, মমাং লৈকায় থম্বাল শাৎলে, কৃপা, অমোৎপগী শৈরেং, পামজবা শৈরেং, মহাও, অফবা মী, ঈশৈ, হূরানবা মচা, ব্রাত্তর কলর;* আর. কে. মধুবীরগী *উক্রোং অহোবগী ঈশৈ, অচুম্বা ঙাক্তনি, মমশিল্লকপা ঙাইবা, মরুফুকশি য়েক্লবগী, শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা;* শ্রীবীরেনগী *তোঞ্জবা শাদুগী ব্রাখল, অপুম্বা পেংবা, হিংচাবশিংনা লাকপদা, অমম্বা লৈবাক্কী তেংথা, ঐখোয়নবু করি ঙম্বগে;* য়ূমলেম্বম ইবোমচাগী *অশিবগী মঙ, ঙা অমসুং নুপীশিং* অমদি জ্যোতিরিন্দ্র লুরাং চেতন থোঙাম, আর.কে. ভুবনসনা, ডবলিয়ু. রনজিৎ, রতনকুমার থিয়াম, কৈশাম প্রিয়োকুমার, পুনেন্দ্রা, পাবিত্রকুমার, ইবোয়াইমা শর্ম্মা, রাধাকান্ত, হামোম নব, কে. হেমচন্দ্র, হাকিম সাহা, নোংমাইথেম শরৎচন্দ্র, এস. বরকৈন্যা, এল. শরৎচন্দ্র, মণি মাইরেম্বম, এল. প্রেমচান্দ, দিলিপ ময়েংবম, থিয়াম শরৎচন্দ্র, পদ্মকুমারনচিংবগী শৈরেং কয়া অমসু য়াওরি। চাওরাক্লা চেফোঙসিদা শৈরেং ১২০গী মথক্তা থেঙনৈ। মসিগী মথক্তা শৈরেং কয়া অমসু লৈরম্বা য়াই।

চেফোঙসিদা ফোঙলিবা শৈরেংশিং অসিগী মশক তাকপা ওইনা কবি অনীখককী শৈরেংসি লৌখৎলগা নৈনরি।

*মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাৎলে—* শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দগী মমিং চৎলবা শৈরেং অসি চেফোঙসিগী অহানবা চহীগী অনীশুবা মশীংদা (১৯৬৮) ফোঙখি। শৈরেংসিদা কবিনা মণিপুরী সমাজদা হিংলিবা মণিপুরী মচাশিংগী অশোয়বা পূন্সিগী মশক কয়াবু করেম্নদুনা ফোঙদোক্লি। শৈরেংসিদা ওফিসকী কেরানি, ঠিকাদার, ইঞ্জিনিয়ার, পুলিস, ডাক্তর, কো-ওপরেটিভ, ওজা, ছাত্র, দুকান্দারনচিংবা পূম্নমক্কী অশোয়বা ফিভমবু পুথোক্তুনা থাগৎলগা ওন্ন-তৈনবা অর্থ পীদুনা করেম্নদুনা শৈথারি।

*ফমখিদরে মৈতৈ ওফিসকী কেরানিগী মনাক্ত*
*চুরুট পানা লৈখিদরে*
*কান্নদরে খল্লে কেরানী*
*অথুবা ফাইল ফারুবা*
*মীগী মচাগী স্কোলারশিপকী*
*ওন্থোকপা মৈতৈ ওইখরে*

*মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাৎলে*

*খোইমুনবু ইল্লে খোইরাবা।*

*হয়িং খোয়াম্বী*— কবি থাংজব ইবোপীশক্কী *হয়িং খোয়াম্বী* হায়বা শৈরেংসি চেফোঙসিগী অহানবা চহীগী অহানবা মশীংদা (১৯৬৮) ফোঙখি। শৈরেংসিদা কবিনা হৌজিক্কী পূন্সিগী অচুম্বা অশেংবগী অর্থ য়াওরক্পা ঈশ্বরদা থাজবা হায়বসি মফম মরাং খঙদবা ব্রাখলগী মশক ওইরক্লে হায়বসি উৎলি। মতম অমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী থাজবীদা চেৎনা থাজদুনা শাগৎখ্রবা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি হৌজিক্কী পূন্সিনা অশেংবা মূর্ত্তি ওইনা লৌবা ঙমলক্তে। অদুনা অমাংবদা তোংবা হয়িং খোয়াম্বী অমনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তিবু হম্বুবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা অসুম্না হায়রি—

*অমাংবনা থল্লবা পেৎলা অমদা তোংলদুনা*

*হয়িং খোয়াম্বী অমনা খল্লি*

*গোবিন্দদি উকংনা শাবনি*

*মাগী অশেংবা মচুতনা*

*মাবু মা ওইনা উহনবনি।*

অদুগা চেফোঙ অসিগী মশীং কয়াদা মণিপুরী সাহিত্যগী ব্রারীমচাগী লমদা মশক খঙনরবা অইবশিংগী ব্রারীমচা কয়া অমসু য়াওরি। খরদং লৌখৎলবদা বিনোদিনীগী *লমন্দগী লাইমন*; শ্রীবীরমণিগী *য়ুমপুবীগী ঈশৈ*, *লম লাই থোকপা*, *মীথুংশঙ*, *ক্বাক্কী মচা ক্বাক উরোক্কী মচা উরোক*, *লম্বী*, *ব্রাহং*; চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *ঙসিদি লাক্লে*, *নুমিৎ অদু অমুক লাকখিগদ্রা*, *থরোইদুগী চঙলকপা*, *ব্রারী মচাদুগী*, *হঙোইগী লৈবাক্তা*, *শঙলেন্দুগী মনুংদা*, *অপুম্বা পুখ্রি*, *ইম্ফাল*, *নোংথাং*; শ্রীকৈশাম প্রিয়োকুমারগী *অসুম্না হিংলি*, *ইঞ্জিননিয়ারগী ডাইরি*, *সন্ধ্যারাণী*, *থার্ড ক্লাসকী কমপার্টমেন্টদ*; শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচাগী *নোং অদুম চুরী*, *মিরাং*, *নোং ঙানখিদ্রবা অহিং*, *মাংখ্রবা থৌনা*, *ঈশিং*, *নুমিত্তি অসুম থেংজিল্লক্লি*, *পিগী মমল*; শ্রীবীরেনগী *মীচং লৈজদ্রবা তোল্লবা জীব*, *অওয়বা অমসুং ওইদবা*। নৈনবা ব্রারেংশিং খরদি— কৃষ্ণমোহনগী *হিন্দী সাহিত্যগী অনৌবা খোঙথাং*, এলাংবম দীণমণিগী *মণিপুরীদা কবিতাগী অনৌবা খোঙথাং খরা*, য়েংখোম জ্যোতিন্দ্রগী *অরিবা জাপানিজ কবিতাগী শক্তম*, লোংজম জয়চন্দ্রগী *পাবলো মেরুদা অমসুং মহাক্কী কবিতাশিং*, *মণিপুরী উপন্যাস*-নচিংবা ব্রারেং কয়ামরুম ফোঙদুনা

লমদমসিগী সাহিত্যদা নত্তনা অতোপ্পা লোন কয়াগী সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেংসু পুথোকপা থেঙনৈ।

অদুগা চেফোঙসিদা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংগী শৈরেং, ৱারীমচা, পুন্সি ৱারী কয়াসু য়াওরি। অনুবাদ শৈরেংশিংগী মনুংদা খরদং পল্লবদা সুনীল গঙ্গোপধ্যায়গী *মীৎখুবা*, রোবর্ট ফ্রোষ্টকী *উন্না কুপ্লবা নুমিদাংৱাইরমদা উমংশিংগী মনাক্তা লেপলুবদা*, নিকোলা ভাপ্যসারঙগী *চিথি অমা*, আরনেষ্ট ডাউসনগী *সীনারা*, অমিয় চক্রবর্তিগী *মেঘদূত*, ষ্টিফেন মালার্মিগী *কাংগু নিংথৌ*, ইজ্রা পাউণ্ডগী *ওর্তস*, টি.এস. এলিয়টকী *জে অলফ্রেদ প্রুফোক্কী নুংশি ঈশৈ* উপেন্দ্রনাথ অম্বষ্ঠগী *মখোয়না হায়রম্মী*, এলিয়টকী *দি ৱেষ্ট ল্যোণ্ড*নচিংবা শৈরেং কয়াসি মণিপুরগী মশক নাইরবা অইবশিংনা হন্দোক্লুনা মথং মথং ফোঙখি।

অদুগা পৃথিবীগী ৱারীমচাগী লমদা মশক নাইরবা অইবশিংগী ৱারীমচাগী অনুবাদ কয়াসু য়াওরি। মমিং চৎপা লৌখৎপা য়াবা ৱারীমচাশিংদি ইটালিয়ানগী এলবার্টো মোবাভিয়াগী *পুক্নিংগী মৈচাক*, বাংলাগী নিমাই ভট্টচার্য্যগী *সেলিম চিস্তি*, *কৱাবতাগী পুন্সি ৱারী*, জর্মনগী টোমাস ম্যানগী *পুন্সিগী মহাও*, *মির্জা গলিবকী পুন্সি ৱারী*, কাফকাগী *মঙ*, *এন্টোন চেকোভকী অৱা মৈচাক*, আনেষ্ট হেমিংৱেগী *পংলী লীনবা অচুম্বা ৱারী*, প্রেমচান্দগী *গেহু সের অমা পৌৱা*, *মাইখুম ফী*, মার্ক টুৱেনগী *অতোনবা পুন্সিগী ঈশৈ*, হরিনারায়ণ চট্টোপাধ্যায়গী *নৈখায়বা*, *সেম্যুয়েল বেকেটগী পুন্সিগী ৱারী*, শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী *মহেশ*, য়াসুনরী কৱাবতাগী *ইমায়থক্তা থাজ*, মৌপাশাগী *লীক্লুং*, অজ্ঞেয়গী *য়েক্লবা* অসিনচিংবা কয়া অসি চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা মথং মথং ফোঙখি।

চেফোঙসিদা মণিপুরগী মমিং চৎলবা লাইরিক কয়াবুসু অখণ্ড অহে কয়ানা মশক তাক্লি। খরদং লৌখৎলনবদা – মধুবীরগী *কায়রবা মূর্তি উরগা*, দীণমণিগী *থক্লবী*, বিনোদিনীগী *অশংবা নোংজাবী*, চিত্রেশ্বরগী *লৈপাকলৈ*, *মীচেন*, কুঞ্জমোহনগী *ইলিশা অমগী মহাও*, শ্রীবীরেনগী *মকথরবা আবীর*, এল. জয়চন্দ্রগী অনুবাদ *দি ৱেষ্ট ল্যোণ্ড*, বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী *অওনবা*, হিজম গুণগী *ফিজং মরুমদা*, বীরমণিগী *চেক্লা পাইশ্রবদা*, শ্রীবীরেনগী *তোল্লবা শাদুগী ৱাখল*, আর.কে. এলাংবমগী *কলেনথাগী লৈবাকলৈ*, পাচাগী *হয়াদ বেগমন*চিংবা লাইরিক কয়াবু মশক তাক্লি।

অসুম্না *ৱাখল* চেফোঙসিদা লমদমসিগী অইবশিংগী খূৎইতা নত্তনা মপানগী সাহিত্যগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা কয়াবু অনুবাদ তৌবগা লোয়ননা মীরোলগী সাহিত্য অমসুং লাইরিকশিংবু মশক তাক্লুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙহৌ পুরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লাক্লি।

*ঋতু*— চেফোঙ অসি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা খৃ. কু. ১৯৫৯ দা চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা কে. পদ্মকুমারনা সম্পাদক ওইদুনা ফোঙখিবনি।

চেফোঙসি সাহিত্য, রাজনীতি, ধর্ম্ম, সমাজ, জগোয়, ঈশৈ অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা হীরম কয়াদা ইয়ান য়ানশিন্নদুনা বসন্ত, কালেন, শরত অমসুং নিংথমথাগী পাউজেল হায়না ঋতু মরীগী মমিংদা ফোঙই। চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা জগোয়, ঈশৈ, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী ওইবা আর্টিকল কয়া অমা য়াওরি। খরদং লৌখৎলবদা— লাইশ্রম বীরেন্দকুমারগী *মৈতৈগী মীয়াম ঈশৈগী মশাগী মওং*, চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী চাউরাকপা মশক*, রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনাগী *মণিপুরগী থাইনগী লৈরম্বা কলা অমসুং হৌজিক্কী চৎনরক্লিবা মশক*, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলগী *মিতয় জগোই*, গুরুময়ুম ফৈজাওসনাগী *মৈতৈ থাঙ-তা হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপা*, থোইজিংজম তোম্বীগী *মণিপুরগী চিত্রকলাদা মপালগী ঈথিল*, সুরচান্দ শর্ম্মাগী *মৈতৈ জগোয়গী শাস্ত্রীয় ওইবা মতৌ*, সনখ্যা ইবোতোম্বীগী *মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অমসুং ভারত নাট্য শাস্ত্র*, নীলকান্তগী *মণিপুরী বেলেশিংদা মণিপুরী জগোইগী শরুক*, ডা. এম. কীর্ত্তিগী *মণিপুরী সমাজদা ধর্ম্মগী য়াওল; বৈষ্ণ ধর্ম্মনা চঙলক্লিভৈ*, মণিম্না শর্ম্মাগী *মণিপুরী সমাজদা ধর্ম্মগী য়াওল, বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চঙলক্লবা মতুং*-নচিংবা কয়া মথং মথং ফোঙখি।

অদুগা অনৌবা সাহিত্যগী লমদসু লমদমসিগী অনৌবা অইবশিংগী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, লমকোয় ৱারী কয়াসু য়াওবতা নত্তনা অতোপ্পা লোনগী অনুবাদসু য়াওরি। চেফোঙসিদা য়াওরিবা কবিশিংদি শ্রীসমরেন্দ্র, শ্রীবীরেন, নীলকান্ত, নীলবীর শাস্ত্রী, প্রকাশ, নেত্রজিৎ, আর.কে.বিদুর, শংলাকপম উপেন্দ্র, আর. কে. মণি, রতনকুমার, এস. নদীয়া, এন.কে. শর্ম্মা, নন্দ হৈক্রুজুম্বা, বীরমণি হৈস্নাম্বা, রাজকুমার ভুবনসনা, শরতচন্দ্র থিয়াম, জি. রণজিৎ শর্ম্মা, এন. জিতেননচিংবগী শৈরেং কয়ামকম য়াওরি। মখাদা কবি অনীখক্কী চেফোঙসিদা য়াওবা শৈরেং অনীখক লৌখৎলগা নৈনরি।

*ইঙাগী নোং*— শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *ইঙাগী নোং* হায়বা শৈরেং অসি চেফোঙসিগী ১১শুবা চহীগী ৩০ শুবা মশীংদা (১৯৬৯) ফোঙখিবনি। শৈরেংসিদা কবিনা হৌজিক্কী সমাজগী শেঞ্জাও পায়বা মহাজনশিংগী লমচৎপু করেম্মদুনা য়েক্লি। ইঙাগী নোংনা লেপ্তুনা চুরকপা অহীং অমদা শেন্দোং পাম্বা মহাজন্না ফৌ চেঙগী মমল হেনগৎলগনি খন্না হরাওই। অদুবু ঈশিং ঈচাউনা দুকানগী গুদামবু তাওথখিবগী শক্তম অমবু গ্রাফিক ওইনা উৎলি।

*তাওথরক্কে বোরা বোরা ময়োম ময়োম*

*তাওথরক্কে লাইরবগী ফদী ফরা*

*তাওথরক্কে মতূম মতূম অমোৎপা অমাংবা*

*মহাজনগী ধূপকী কম্বীসু মদুগী মরক্তা*

কবিনা শৈরেংসিদা মহাজনগী ধূপকী কম্বীনা অমাংবগী মরক্তা তাওথখিবগী ইমেজরী অসিনা পীরিবা অর্থসি মীনা মাঙহনবা ঙমদ্রবা মহাজনগী লমচত্তা প্রকৃতিনা লম্মন খুমহল্লকপনি। মপাম্থোংদা লাইনীংবা মানবা অদুগা মনুংদনা ধর্ম্ম য়াওদবা হৌজিক্কী মহাজনগী লমচৎপু করেম্মবনি।

*মপাল নাইদবসিদা ঐ*— শ্রীবীরেনগী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংখ্রবা *মপান নাইদবসিদা ঐ* হায়বা শৈরেং অসিগী মিংথোল ওইরিবা শৈরেংসিমক কবিনা লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিঙৈদা চেফোঙসিগী ১৭শুবা চহীগী ৬০শুবা মশীংদা (১৯৭৭) অহানবা ওইনা ফোঙখি। শৈরেং অসি অধ্যাত্মিক্কী ৱাখলগা ঈরোয়নবা শৈরেংনি। জীবআত্মানা পরাত্মাদা তিন্ননিংবগী ঈখৌ লাংবা অমসুং পামজবা অসি সিম্বোলিক ওইনা উৎপা শৈরেংনি।

অদুগা চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা ৱারীমচা কয়াসু য়াওরি। মমিং খরা পল্লবদা— এলাংবম দীনমণিগী *শম্বল*, *তম্নরকই নোংমা*, *মৈতৈ নুপী*, *শোরাৎ*, *কবিদা কবি উন্নরুবা*, *মহা য়েনশঙ শঙ্গারে*, কিশোরচান্দগী *অহিং খুদিং লোন্না লোন্না*, *হল্লমদাইদা*, বীরমণিগী *লম্মাংনবা*, *বড়মিস্ত্রি*, ইবোহনবীগী *অমম্বা কা*, রজনীকান্তগী *পামজনা ঙাওজবা*, প্রিয়োকুমারগী *ঙাইঙমদ্রবা অহিং*, শ্রীবীরেনগী *খোংতেকপা নিপা*, ছিঐচ. মণিহারগী *বিশেশ্বরগী সংসার*, *অশিবনা হল্লকপা*, কৃষ্ণমোহনগী *ৱারী প্লোট*, কুঞ্জমোহনগী *ৱারী ইদবগী ৱারী*, *মংলা তাইবংলা*, *লুপাগী মীনোক*, যূমলেম্বম ইবোমচাগী *তুমিন্না লৈবা*, প্রেমচান্দগী *খুদোল*, *ঐ*

*ইমুঙসিগী নিংথৌনি*, *নৈহৎপীরবা থবায়*, নোংথোম্বম শরতচন্দ্রগী *মেহমান*, আর.কে. মণিগী *লালু খুন*, *থাগী মচা মোরাম্বী*, কে. বীরেন্দগী *মীকপ*, হিজম গুণগী *থাগী মোরাম্বী*, *রিতা*, *নিঙোল চাক্কৌবগী অহিংদা*, স্নায়াইমা দেবীগী *ইম্ফালগী ওজা লুহোংবা*, *মনি মমৌগী বিচার*, রাজেন চোংথামগী *সোনি মেহিৱাল*, ঐচ. তোনুগী *ক্বাক অঙৌবা*, রতনকুমারগী *লিক্লালক্তা লাইফদিবী*, *ইউরেকা*, *অঙাংবা লৈ*, *নিতোবেলগী শমজিরৈ*, এন.জি. তিজেন্দ্রগী *ওপরেসনগী থাঙগী ময়াদা মিৎলুগী পিরাং*, কাংজম ধীরেনগী *ৱাশক কোকপীবা*, আর.কে. বিদুরগী *মিৎ নহা য়াওদবা মতম*, *চুমথাঙগী মমি*, নেপ্রা জিলাগী *তামখ্রবা নুংথিল অমগী মঙাল*, বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী *চাকথুং*-নচিংবা ৱারীমচা কয়ামরুমসু মথং মথং *ফোঙবা* থেঙনৈ। মসিগী মথক্তা ৱারীমচা কয়া অমসু লৈরম্বা য়াই।

মসিগী মথক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা অইবা কয়াগী নীংথিবা বচনা অমদি হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সমাজগী মরমদা নৈনবা ৱাবেং খরসু য়াওরি। খরদং পল্লবদা— শ্রীএলাংবম নীলকান্তগী *ঐতিহাসিক উপন্যাসকী মীৎয়েংদা লবঙ্গলতা*, আই.আর. বাবুগী *কৃষ্ণচুড়াগী অঙাংবা মপাল*, হাওবম গৌরদাসকী *হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য দ্রামা*, আই. আর. বাবুগী *নংবুনে বসন্তগী কোকিল*, নীলকান্তগী *মতমগী ৱাখল*, *মণিপুর দ্রামাগী প্রডক্সন*, কে. মণিমোহনগী *কলা অমসুং মাগী হৌরকফম*, আই. আর. বাবুগী *হৌজিক্কী মণিপুরগী সাহিত্য আশা অমসুং শীংনবা; রচনা*, এ.কে. শর্ম্মাগী *হিজম গুণগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোডতা মীৎয়েং অমা* অসিনচিংবা নৈনবা ৱারেংশিংসু মথং মথং ফোঙখি। অদুগা তোংব্রাগী দ্রামা *অনী থোক্লা চীংখায়রে থম্মোয়*, অরাম্বম সমরেন্দ্রগী *দশা* দ্রামা, অনীবুসু চেফোঙসিদা সেরিএল ওইনা ফোঙখি।

অদুগা মসিগী মথক্তা মতম মতমগী ওইনা ফোঙলকপা লাইরিক কয়াসু মশক তাক্নুনা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লাইরবা অখণ্ড অহে কয়াগী মত ফোঙদোকপা থেঙনৈ। মশক তাকখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদগী খরদং *লৌখৎলবদা*— শ্রী য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী *শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নাহুম পোঞ্জেল শাবীগে*, শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *ৱা অমতা হায়গে তেলঙ্গা*, অয়েকপম শ্যামসুন্দরগী অনুবাদ *কৃষ্ণকান্তগী উইল*, নীলবীর শাস্ত্রগী *খোংজোম তীর্থ*, খুমন্থেম ইবোহলগী *ঐদি ওক্তবীনি*, শ্রীবীরেনগী *লৈচিল্লক্কী থাজ*, জি.সি. তোংব্রাগী নাটক *মেথোইবী*, *ঙবোংখাও*,

শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী *সোভিয়েটকী লৈবাক্তানচিংবা* মমিং চৎলবা লাইরিকশিং অসি মশক তাক্তুনা ফোঙবা থেংনৈ। অদুগা চেফোঙসিদা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংগী শৈরেং, ৱারীমচা, নোভেল, পুন্সি ৱারীনচিংবা কয়াসু মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙবা য়াওরি। খুদম ওইনা— হিন্দী সাহিত্যগী অইবা জৈনেন্দ্রকুমারগী *ত্যাগ পত্র*, বঙ্কীমচন্দ্রগী *আনন্দমঠ*, উর্দু লোনগী শ্রীরাজেন্দ্রগী একাদমি এৱার্ড ফংখ্রবা *এক চাদর মৈলীসী*-গী অনুবাদ *ফিমন খুনবা*, রোবার্ট ফ্রোষ্টগী *পুন্সি ৱারী*, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ৱারীমচা *অহিং অমা*, *শরু পোলাং*, *সুভানচিংবা* কয়াসি চেফোঙসিগী মশীং কয়াদা ফোঙখি। অসুম্না চেফোঙসিদা মখল মখা কয়াগী তোঙান তোঙানবা খুৎই কয়ামরুম পুথোক্তুনা ঙসি ফাওবা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌদুনা লাক্লি।

মথক্তা পনজখ্রিবা *সাহিত্য*, *ৱাখল*, *ঋতু* চেফোঙশিং অসিতা নত্তনা হৌজিক হৌজিক্কী হিংলিবা চেফোঙ কয়া অমসু লৈরি। খুদম ওইনা *মীংশেল*, *সাহিত্য লৈচল*, *মচা লৈমা*, *মতমগী খোঙথাং*নচিংবা চেফোঙশিং অসিদসু সাহিত্যগী ওইবা মচল কয়ামরুম য়াওদবদি নত্তে। অদুবু য়াম্না পাক চাউখিগদবনা মখোয়শিংসি নৈনবদা হাপচদ্রে।

মথক্তা য়াম্না শম্না মরুওইবা সাহিত্যগী চেফোঙ অহুম লৌখৎতুনা নৈনজখ্রে। চেফোঙশিং অসিনা তোখায় তোখায়বা হীরম কয়াদা নৈনরবসু মপূং ওইনা উবা ফংবা অনৌবা মশক অমদি আলোচনাগী মায়কৈদর্নি। মণিপুরগী মমিং চৎলবা ক্রিতিক কয়ানা (নীলকান্ত, আই. আর. বাবু, এন. তোম্বী, এল. জয়চন্দ্র, মনিস্না শর্ম্মা, মীনকেতন, এলাংবম দীনমণি, কুঞ্জমোহন, যোগেন্দ্র, অরাম্বম লোকেন্দ্রনচিংবা) মণিপুরী সাহিত্যগী তোখায় তোখায়বা হীরম কয়াদা নৈনরি। মণিপুরী সাহিত্যগী অতাঙবা ওইনা থোক্লিবা আলোচনা সাহিত্যগী (ক্রিতিসিজম) মায়কৈদা ক্রিতিকশিং অসিনা মতম মতমগী মরুওইবা সমস্যা কয়া নৈনদুনা আলোচনাগী থৌদাং লৌরি।

অসুম্না মতম মতমগী ওইনা ফোঙলকপা মণিপুরী চেফোঙশিংদা মতম মতমদুগী ওইবা সাহিত্যগী মগুণ কয়ামরুম পুথোরক্তুনা ঈচেল নাইনা চেষ্টরক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবদা চেফোঙশিংনা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লি হায়বা য়াই। মণিপুরী চেফোঙশিং অসি মতমগী হোংলক্লিবা মশক কয়া ময়েক শেংনা মমি তারি।

# মরীশুবা পন্দুপ

## হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী চেফোঙশিংগী ফিভম অমসুং থাক

হৌজিক হৌজিক ফোঙলিবা মণিপুরী চেফোঙশিংগী মশীং অসি য়াম্না য়াম্মী। ভারতকী লম অতৈগা য়েংনবদা মীশিং য়ামদ্রবসু পীক্লবা লমদম অসিদা ফোঙলিবা চেফোঙগী মশীংদি ভারতকী লম অতৈগা ফোঙনরিবশিংদগী করিসু তাদে হায়বা য়াই। অদুগা মরুওইনা মণিপুরদা মরাঙ কায়না ফোঙলিবা চেফোঙদি নুংতিগী ওইবা পাউজেল চে (খবর কাগজ) অসিনি। লাইরিক লাইশু হৈবা, মীশিং হেনগৎলকপা, বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজিগী মমি হেন্না তারকপা, গণতন্ত্র অমসুং ডিমোক্রেসিগী ৱাখল তাবা হেনগৎলকপগা লোয়ননা মণিপুরদা ছাপাখানা মশীং হেনগৎলকপগী মতীক চেফোঙ খবর কাগজগী মশিংসু হেনগৎলক্লি। অঙনবা মতমদা ইম্ফালগী মফম খবদা চেফোঙ ফোঙনরম্লবসু ঙসিদি মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী মফম খুদিংমক্তা করিগুম্বা সংস্থান অমনা নৎত্রগা নহারোল খরা পুনশিল্লগা মখল মখা কয়াগী ওইবা চেফোঙ ফোঙনরক্লি। অদুগা সরকারগী মায়কৈদগীসু সরকারগী লোয়শঙ কয়ানা পুথোরকপা চেফোঙ কয়া অমসু মরাঙ

কায়না ফংলি।

অসুম্না মণিপুরদতা নত্তনা মণিপুরগী ৱাংমদা হায়বসি কাছাড়, আগরতালা, জিরিবামনচিংবা মফমশিংগী মৈতৈমচাশিংনা ফোঙবা মণিপুরী চেফোঙ কয়াসু অদুম্মক হিংলি। অদুগা মণিপুরী লোন্দা ফোঙবদা নত্তনা ইংরাজী অমসুং হিন্দীগী ওইবা চেফোঙ মেগাজিন কয়াসু মরাঙ কায়না ফোঙলি। অসুম্না মখল মখা কয়াগী চেফোঙ কয়া অরেপ্পা লৈতনা ফোঙনরক্লি। অসুম্না মখল মখাগী নুংতিগী, চয়োলগী, থাখায়গী, থাগী ওইনা মতম খরা ফোঙলম্লগা মূৎখ্রবসু মদুগী মহুত্তা অতোপ্পা অনৌবা চেফোঙ অমনা মহুৎশিন্দুনা হেক্তা পুথোরকই। অসুম্না চেফোঙগী মশীংদদি অরেপ্পা লৈতে হায়বা য়াই।

অদুবু লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী চঙদবা য়াদ্রবা পাউগী চে অমসুং সাহিত্যগা য়াম্না মরী লৈনবা থাক ৱাংবা চেফোঙগী মশীংদি তাঙনা থোক্লি। অদুম ওইনমক অকক্লবা মতম নাইনা পুথোকপা চেফোঙ মেগাজিনশিং অসিনা অতৈ চেফোঙশিংদগী খরা হেন্না থাক লৈবা হেল্লি হাযবা য়াই। অদুবু হাযরিবা চেফোঙশিং অসিসু চাং নাইনা ফোঙবা ঙমদনা মূৎখিবা কয়াসু য়াওই। মখাদা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা চেফোঙগী মওং অমসুং থাক্কী মরমদা মচা তানা নৈনদুনা উৎলি।

**(১) হৌজিক ফোঙলিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙগী মখলঃ**

মথক্তসু পনখ্রে, মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক মখল মখা কয়াগী চেফোঙশিং ফোঙলি। হায়রিবা চেফোঙগী মখলদা য়েংঙুবগা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি য়াম্নামক নীংবা কায়বা নৎত্রসু কা হেন্না থাক ৱাংই হায়বা য়াদে। অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী ফোঙলক্লিবা সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙশিংদগী অনৌবা মশক উৎলকপা থোইনা থেংনদে। খুদম ওইনা "*সাহিত্য*", "*ৱাখল*", "*ঋাতু*"নচিংবা শীংথানবা য়াববা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী চেফোঙশিং অাসদগী হেন্না ফবা অমসুং থাক ৱাংবা চেফোঙ ফোঙলকপা থেংনদে। অতৈগী লমদা শৈবেংগীদতা ওইবা চেফোঙ, নৈনবগী চেফোঙ, অঙাংগী সাহিত্যগী চেফোঙ, ৱাবীমচাগী চেফোঙ, উপন্যাসকী, নুপীশিংগী চেফোঙ অসিনচিংবা মখল মখাগী লৈরিবা কয়া অসি মণিপুৰী সাহিত্যদা ফোঙলকপা থেঙনদে। অদুম ওইনমক মতমগী হোংলক্লিবা ঈরাংগা চান্নবা অনৌবা চেফোঙ থোবক্তবদি নত্তে। খুদম ওইনা *লম্বী*, *চীংখৈ হুনবা*, *কংলা যাইপুঙ*

অসিনচিংবা ফোঙলকপা থেংনৈ। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা য়াওরিবা অমসুং নৈনরিবা হীরমশিং অসিদা য়াম্না একাদমিক ওইবা, রিসার্চকী ওইবা অমসুং সাহিত্যগী অৱাংবা থাক্কী শৃৎইশিং থোইনা য়াওবা থেংনদে। মসি নত্তবা অতৈ চেফোঙ কয়াসু ফোঙলকপা থেঙনৈ। পূন্নমক অসি নৈনৰুরগা খঙবা ঙম্বদি হৌজিক ওইবিবা মণিপুরী চেফোঙগী মখল অসি য়াম্না য়াম্মী, অদুম ওইনমক মগুণ লৈবা সাহিত্যগী মখলদি য়াম্না তাঙনা থোক্লি।

**(২) চেফোঙগী মওং মতৌ কয়াৎঃ**

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী ফোঙলক্লিবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙশিং অসিগী মওং মতৌ, কয়াৎ অসিদসু ঐখোয়না কা হেন্না অনৌবা মওং কয়া থেঙনদে। অতৈ লমদা ফোঙবা চেফোঙশিংগী পুথোকপগী থাক অসি য়াম্না চাওখৎনখ্রে। অনৌবা লাকইবা প্রিন্টিং টেক্নোলোজি অসিগী মতুংইন্না চে, কলর, ফোটো, লাইনচিংবা কয়া শীজিন্নদুনা ফোঙবগী মওংদা য়াম্না চাওখৎপগী থাক য়ৌবা থেঙনৈ। অদুবু পূন্নমক অসি মণিপুরদদি য়াম্না ৱাৎনা লৈরি। মমল অহোংবা চে শীজিন্নদুনা শৈবেং, ৱারেং ময়াম হাপ্পুনা ফোঙবগী থাক্তগী হেনদ্রি। পূন্নমকসিগী মরমদি অনৌবা মীৎয়েং অমসুং হোংলক্লিবা মতমগী ঈরাং অসি চৃশিন্নবা ৱাৎপদগী থোরকপনি। মরুওইনসু শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবনা মরম ওইদুনা থাক লৈবা চেফোঙ পুথোকপদা অপনবা ওইবনি। অদুম্মকপু ঙমজবা শেনফম অদুগী মনুংদসু য়াম্না কলাগী ওইবা, ফজবগী মশক য়াওবা চেফোঙ পুথোকপা যাই। ফজবা হাযবসি পৈশাগী মখা ঙাক্তা পোনবা নত্তে। ফজবা ৱাখলগী মখা য়াম্না পোল্লি। অসিগুম্বা ৱাখললোন অসি ঐখোযগী চেফোঙ পুথোক্লিবা মীওইশিংদা .ৱাৎপদৌনা তৌই। মসিগী মরুওইবা মরম অমসি ঐখোয়গী জর্নেলিজমগী মাযকৈদা প্রোফেসনিলিজম (শিনফম নাইবা) অসি ৱাৎপননি। মণিপুবদদি থৱায় য়াওবগী অমদি পামজৰুবগী মতুংইন্না মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যগীদমক মশাগী মতম মাঙনা চেফোঙ পুথোক্লবনি। মণিপুরদা জর্নেলিজম অসি শেন্দান লম্বী অমা ওইদ্রি।

সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙশিংগী মওং মতৌ অমসুং কয়াৎ য়েংলুরগা চেফোঙশিংগী থাক অসি হান্নদগী খরা মখৈদি ফগৎলকলে হাযবা য়াই। চেফোঙ অমদা ঐখোয়না থেঙনরিবা মরুওইবা কয়াৎতি— (১) সম্পাদক্কী ৱারোল,

(২) নৈনবগী ৱারেং, (৩) শৈরেং, (৪) ৱারীমচা, (৫) লাইরিক মশক তাকপা অসিনা মপূং ওই। অদুবু করিগুম্বদা মসিগী মথক্তা অনুবাদ সাহিত্য, ইন্টরভিয়ু, লমকোয় ৱারী, পূল্পি ৱারী, মখল মথেলগী শরুক মরক মরক্তা হাপচিল্লকপা থেঙনৈ। তশেংবমক্তি হৌজিকী ওইরিবা সাহিত্যগী ফিভম অসিদা চান্নবা অনৌবা কয়াৎ কয়া হাপচিল্লকপা থেঙনদে। খূদম ওইনা অঙাংগী সাহিত্য, এদভেনচর, মখল মখাগী কয়াগী ৱারী (ভুৎকী ৱারী), ঈশৈ, ফিলম অসিনচিংবসি মতমগী মতুংইন্না য়াওফম থোকপা মচাকশিংনি।

ঐখোয়না উবা অনৌবা সাহিত্যগী থাক অমনা নৈনবগী শকক্তনি। নৈনবা ৱারেংশিং অমসুং লাইরিক মশক তাকপদা অনৌবা জ্ঞান অমসুং রিসার্চকী মতুংইন্না অকৃপ্পা মীৎয়েং অমসুং অৱাংবা ৱাখলগী মশক উবা ফংই। মণিপুর য়ুনিভরসিটি লিংখৎলকপদগী অমদি রিসার্চকী থবক চাওখৎলকপদগী য়াম্না ক্রিতিকেল ওইবা, রিসার্চকী মীৎয়েংদগী নৈনবা ৱারেং থেঙনৈ। হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা চেফোংশিংদা শীংথানবা য়াবদি মসিগী শরুক অসিনি হায়বা য়াই।

### ৩) চেফোঙ ফোঙবাঃ

হৌজিক ফোঙনরিবা সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙশিং অসি অয়াম্বনা সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা ফোঙবনি। সংস্থানশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী চাওখৎনবা হোৎনবদা ফোঙবা চেফোঙ ওইবনা শেন্দান লম্বীদা চঙবগী ৱাখল থোইনা লৈতে। চেফোঙগী থৌ পুরিবা মীশকশিং অয়াম্বা হায়বদি – সম্পাদক, সহ-সম্পাদক, ইদিটোরিয়েল বোর্ড অসি মতম মতমগী ওইনা হাপ্পনি। মখোয়না চেফোঙগা মরী লৈননা থবক তৌবগী পৈশা ফংদে। অদুনা চেফোঙ ফোঙলিবা অমসুং পুথোক্লিবা মীওইশিং অসিদা মতম চূপ্পগী ওইবা লেঙদ্রবা ৱাখল থোইনা লৈতে।

অদুগা অমরোমদা সংস্থানশিংনা ফোঙলিবা চেফোঙশিং অসি শেন্দোং য়াওদনা পৈশা মাঙনা ফোঙনবা ঙাক্তনি। সরকারনা মতীক চানা শেন্থুং পীবিদবা মরমনা চেফোঙশিং অসি হিংবদা য়াম্না ৱানা থোকই। মসিগী মথক্তা পৈশা পুথোক্নুনা চেফোঙশিং অসি লৈবীনবা অপাবা মশীং ৱাৎপনা মণিপুরদা চেফোঙ ফোঙবা অসি য়াম্না ৱাবা সমস্যা অমা ওইরি। অয়াম্বনা সাহিত্যগা মরী লৈনবা

চেফোঙশিংদি অখন্নবা মীওই খরা নত্তুনা পানদবনা অপাবশিংদগী ফংলকপা শেলনা চেফোঙ হিংহনবগী লম্বী পুথোকপা ঙমদে। চাওরাক্লা ইসু অমদা কোপী চামঙা, লীশিং অমা নম্বা চেফোঙশিং অসি য়োনবদা চহী অনী অহুমরোম চঙনৈ। অদুনা ফোঙবা অমসুং য়োনবগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি মণিপুরী চেফোঙগী মওং অসি অব্রাবগী মশক ওইরি।

মথক্তা নৈনরিবা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী— হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী চেফোঙগী থাক অসি হান্নদগী খরা হেন্না মওং তাবা, ক্রিতিকেল ওইবা খৃৎই অমসুং মফোঙদোক্তা সাহিত্যগী অব্রাংবা মশক উৎপা থেংনরবসু চেফোঙগী পূন্সি অমসুং ফিভম য়েংলুরবদি য়াম্নমক অব্রাংবা থাক্তা লৈরি হায়বা ঙমদে। মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা অমসুং পাবা ব্রাৎপনা চেফোঙশিংগী দশা অসি অসুম লৈখিগনি। অদুম্মকপু মীশিং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না, অব্রাংবা থাক্তা মহৈ তম্মরকপা মরম্মা চেফোঙগী কান্নবা থৌদাং অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। অদুনা চেফোঙ হায়বসি মহৈ-মশিং তম্বদা অমসুং নৈনবদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা মচাক অমা ওইবনা মণিপুরী চেফোঙগী তুংগী আশা নীংবা কায়নীংঙাই ওইদে।

## মঙাশুবা পন্দুপ

## ব্রারোয়শিন

*সাহিত্য অমসুং চেফোঙ* হায়বসিদা পন্দুপ মঙা থোক্লা খায়দোক্তুনা মণিপুরী চেফোঙশিংনা হৌরকপদগীনা (চাউরাক্লা খৃ.কু. ১৯২০গী মতমদগী) হৌজিক ফাওবদা ফোঙলিবা চেফোঙশিংগী মওং মতৌ, থাক উৎপগা লোয়ননা চেফোঙনা সমাজগা পীরিবা কান্নবা অমদি মণিপুরী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা সাহিত্যগী ওইবা খৃৎইশিংগী মরমদা নৈনজখ্রে।

অহানবা পন্দুপতা *চেফোঙ মশক তাকপা অমসুং চেফোঙগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী* হায়বসিদা চেফোঙ কদায়বু কৌবগে হায়বসিগী মতাঙদা ময়াম্না য়ান্নরবা অশেংবা অচুম্বা মশক অদু পুথোক্লবগীদমক পৃথিবীগী অখণ্ড-অহে কয়াগী মত অমদি ডিক্সনরী এনসাইক্লোপেদিয়াদগী লৌথোকপা ডিফিনিসন কয়াসু নৈনরি। মসিগা লোয়ননা জর্নেলিজম হায়বসি পৃথিবীদা করম্বা লৈবাক্লা ইহান হান্না হৌদোকখিবা, মথং মথং চাওখৎলক্তুনা ভারত অমদি মণিপুরদা চেফোঙ হৌরকখিবগী মরমদা নৈনখ্রে। রোম লৈবাক্তা 'ACTA DIURNA' কৌবা ব্রাল পোষ্টর অমা ফোঙদুনা ইউরোপকী মফম খুদিংদা শন্দোকখি। হায়রিবা ফক্লাংদা

থেৎপা পোষ্টরসিনা জর্নেলিজমগী মাঙজিন থাবা মশক্তি হায়বসি উৎখ্রে। অদুবু ৮শুবা শতাব্দীদদি চীনাদা মওং নাইনা পাউ খোমজিনবগী থবক পায়খৎলকখি। অসুম্না মথং মথং চীনাদা চে শাবা অমসুং ছাপা খানা লিংখৎলকদগী ১৬ শুবা শতাব্দীদা ইউরোপকী মফম খুদিংদা জর্নেলিজম অসি মওং নাইনা চাওখৎলকখি। অদুগা ভারত্তদি *James Augustus Hicky* কৌবা ইংরেজী মচা অমনা *বেঙ্গল গেজেৎ* কৌবা চেফোঙ অমা ইং ১৭৮০ গী জানুৱারী ২৯দা ইহান হান্না ফোঙখি। অসুম্না মথং মথং ১৯শুবা শতাব্দীদা ভারত মচাশিংনা চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা ভারত সাহিত্য শেমগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবকখি হায়বসি উৎখ্রে। অদুগা মণিপুরদনা ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপদা চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখি। পন্দুপসিদা মরুওইনা মণিপুবদা জর্নেলিজম হৌরকপগী মশক খঙবা ঙম্নবা পৃথিবীগী ওইবা জর্নেলিজমগী ইতিহাসকী খোঙ্গুল লীরি অমসুং য়াম্না ঙনবা মতমদগী জর্নেলিজম অসি হৌবকখ্রে হাযবসি খঙবা ঙম্মী।

অনীশুবা পন্দুপতা মণিপুবী চেফোঙ হৌবকপগী ইতিহাস মথং মথং চাওখৎলকপা অমসুং চেফোঙশিংগী মখল খায়দোকপা হাযবসিগী মতাঙদা নৈনরি। ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপদা মতমদুগী নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মঙাল ফংলবা মণিপুরগী লময়ানবা অইবা কয়ানা পৃথিবীগী ওইবা চেফোঙ অমসুং সাহিত্য কয়াবু থেংনরুব্বদগী মমালোন মজাতিবু নুংশিবগী ঈহুল নৌহৌননা ফাওনবকখি। অসুম্না মণিপুরগী সাহিত্যবু নুংশিজবা খূৎমাবা অইবশিংনা য়াম্না ৱাংনা মৈতৈলোনগী চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা অঙনবা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎনবা হোৎনরকখি। মণিপুরী চেফোঙশিংনা মথং মথং চাওখৎলকখিবদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি হায়বসি খঙবা ঙম্মী। লান মমাঙদদি প্রেস মতীক চানা লৈতবা অমদি মতমদুগী লময়ানবশিংনা মনীং তৌনা চেফোঙ ফোঙবগী খুদোংচাদবা লৈরম্বনা চেফোঙ মরাঙ কায়রমদে। লান মতুংদগীদি লাইরিক লাইশু হৈবা মীশিং হেনগৎলকপা অমদি মণিপুরদা প্রেস মতীক চানা লৈরকদগী মখল মথা কয়াগী হীরমদা চেফোঙ মরাঙ কায়না ফোঙলকই। অদুগা সাহিত্যগা হেন্না মরী লৈনবা চেফোঙশিংসু হেনগৎলকখি। অদুনা পন্দুপসিদগী ঐখোয়নবা খঙবা ঙম্বদি য়াম্না ৱানা অমসুং তপ্না তপ্না মণিপুরী চেফোঙশিংনা মথং মথং চাওখৎলকুনা মখল

মখা কয়া শুরবা মপূংফাবা জর্নেলিজমগী মশক অমা উৎনরকই হায়বসিনি।

অহুমশুবা পন্দুপ্তা "মণিপুরী চেফোঙশিংনা য়াওরিবা সাহিত্যগী ওইবা খূৎইশিং নৈনবা" হায়বসিদা মণিপুরী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা সাহিত্যগী মচলশিংবু নৈনবগী মতাংদা তাঙ্কক অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা লান মমাঙ অমসুং লান মতুংগী চেফোঙশিংগী মনুংদগী সাহিত্যগা হেন্না মরী লৈনবা চেফোঙশিংদা য়াওরিবা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, নোভেল, দ্রামানচিংবা কয়াবু লৌখৎলগা নৈনরি। লান মমাঙগী চেফোঙশিংদগী লৌখৎপদি *মৈতৈ চনু*, *জগরণ*, *য়াকায়রোল*, *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা*, *অপোকপী*, *নহারোলন*চিংবনি। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা হিজম ইরাবত, ডা. কমল, খ্বাইরাকপম চাউবা, অঙাংহল, মীনকেতন, হিজম গুণ, শীতলজিৎ, শ্যামসুন্দর, কৃষ্ণমোহন, বিনোদিনীনচিংবগী খূৎই কয়াবু খূদমগা লোয়ননা নৈনরি। হিজম ইরাবতনা খূৎনা ইদুনা পুথোকখিবা *মৈতৈ চনু* চেফোঙদা কবি কমলগী *মৈতৈ চনু* শৈরেংসি ফোঙখি। জগরণ চেফোঙ অসিদসু কমলগী *মাতৃ তর্পন* অমসুং *চিরবিদায়* অনীসি ফোঙখি। *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা*দনা খ্বাইরাকপম চাউবগী *লবঙ্গলতা*, উপন্যাস, দরেন্দ্রজিৎকী *মোইরাং থোইবী* নাটক সেরিএল ওইনা ফোঙখি। হিজম অঙাংহলগী শৈরেং তরেৎ অমদি কমলগী *ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা*, কৃষ্ণমোহনগী *লমন*, শ্যামসুন্দরগী *হেম প্রভান*চিংবা ৱারীমচানা কয়াসু ফোঙখি। *নহারোল* চেফোঙদসু দরেন্দ্রজিৎকী শৈরেং *স্মৃতি*, শীতলজিৎকী *লুহোংবা নুমিত্তা* (ৱারীমচা), বিনোদিনীগী *ছাত্রীগী মথৌন*চিংবা কয়াসি ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপদা হায়রিবা চেফোঙশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং য়ারকখি। লান মমাঙগী চেফোঙশিংদা য়াওরিবা শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচানচিংবা অয়াম্বা মতমদুগী সমাজগী অন্নাৎপা সমস্যাগা মরী লৈনবা অমদি রোমান্টিক অমসুং আদর্শ ওইবা মীৎয়েংশিংদা যূম্ফম ওইনা শাগৎলি।

অদুগা লান মতুংদা ফোঙলম্বা মখা তানা ফোঙখিদ্রবা সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙ খরা লৌখৎতুনা নৈনৈ। লৌখৎলিবা চেফোঙশিংদি *ভৈগ্যবতি পত্রিকা*, *মতম*, *মূক্তি*, *খোঞ্জেল*, *জ্যোতি*, *মীৎয়েং*, *ইমারোল*, *সাহিত্য ঈচেল* অমদি *মৈরিক*-নচিংবনি।

হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা অইবা খরগী

খূৎই কয়াবু ফোঙলকপগী খূদমগা কোন্ননা উৎলি। *খোঞ্জেল* চেফোঙদা শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রগী *লৈ লাংবা*, শ্রীনীলকান্তগী *শকখঙদবা* শৈরেং, বিনোদিনীগী *চরিক পরেং*নচিংবা ৱারীমচা কয়াসি ফোঙখি। লাঞ্জাও মতুংগী মখা তানা ফোঙখিদ্রবা চেফোঙশিংগী মনুংদা *ঈরা* অমদি *মৈরিক* অনীসিনা খরগা হেন্না অনৌবা অইবশিংগী খূৎই ফোঙলকপা থেঙনৈ। চেফোঙ অনীসিদা শ্রীকৃষ্ণমোহনগী ৱারীমচা *ৱাখল হোংবা*, *ৱায়েল*, চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী *লম্বীদা*, বীরমণিগী *পিকনিক*, *ৱামৈ*, *হুইগী রচনা*, *হনুবা অমসুং য়োংয়াম*, ইবোমচাগী *সহর*, *মৈ*, প্রিয়োকুমারগী *ট্রক গাড়ী থুংলবা*, *মীরেনশঙ*, প্রেমচান্দগী *অদুম লৌসি*, *মেরাগী থাবল*, কিশোরচান্দগী *সনা কৈথেল*-নচিংবা কয়াসি ফোঙখি। হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিনা হৌজিক্কী সমাজগী সমস্যা অমদি হিংবগী অশেংবা পূক্সিগী মশকশিংবু কূপ্না নৈনরকপা থেঙনৈ।

অদুগা লাঞ্জাও মতুংদা ফোঙবা হৌজিক ফাওবা হিংলিবা চেফোঙশিংগী মনুংদগীনা *সাহিত্য*, *ৱাখল* অমসুং *ঋতু* অহুমসিনা মপূংওইনা লৌখৎতুনা নৈনৈ। চেফোঙ অহুমসিদদি মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংগী খূৎইতা নত্তনা পৃথিবীগী অইবশিংগী তোঙান তোঙানবা লোনশিংদগী হন্দোকপা অনুবাদকী শৈরেং, ৱারেং, ৱারীমচা, নোভেলনচিংবা কয়া অমসুং ফোঙলকপা থেঙনৈ। হায়রিবা চেফোঙশিং অসিদি মতমগী ঈরাংনা পুরকপা অনৌবা মীৎয়েং অমসুং ৱাখল য়াওবা সাহিত্যগী খূৎইশিং কয়া অমসু ফোঙলকপা থেঙনৈ। মসিগা লোয়ননা অনৌবা ষ্টাইল অমসুং টেকনিকতা ইরকপা সাহিত্যগী মচাকশিং য়াওরকই। শম্না চেফোঙ অহুমসিনা মণিপুরী চেফোঙশিংগী মনুংদগী থাক ৱাংবা, মগুণ লৈবা সাহিত্যগী মচাক মরাঙ কায়না য়াওবা চেফোঙনি হায়বা য়াই।

মরীশুবা পন্দুপ্তা *হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী চেফোঙশিংগী ফিভম অমসুং থাক* হায়বসিদা হৌজিক মতমগী চেফোঙশিংগী চপ চাবা ফিভম অমসুং মগুণগী মতাঙদা নৈনরি। লাইরিক লাইশু হৈবা মীশিং হেনগৎলকপা অমদি প্রেস মশীং য়ান্নকপদগী চেফোঙ খবর কাগজগী মশীংদি য়ান্নবসু থাক ৱাংবা মগুণ লৈনা ফোঙবা চেফোঙদি য়াম্না তাঙবনা হৌজিক ওইরিবা চেফোঙগী ফিভমসি অদুক হাক্লা থাক ৱাংই হায়বা ঙমদে। অঙনবা মতমগী চেফোঙশিংগী হীরমশিংদগী খরমখৈ থাক ৱাংলবসু অতোপ্পা লোনশিংগী চেফোঙ পুথোকপগী মওং মতৌ,

কয়াৎ কয়াগা চাংদম্লরুরবদি অনেম্বা থাক্তা লৈরি হায়বসি নৈনবদগী খওবা ঙম্মী।❑

## মতেঙ লৌদুনা নৈনখিবা লাইরিক্কী মমিং


**ক) মণিপুরী লাইরিক ঃ**

| | |
|---|---|
| ১। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (সম্পাদক) | *দবেন্দ্রজিৎ অমসুং নবদ্বীপচন্দ্র নৈনবা ৱাবেং*, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮৮ |
| ২। কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | *পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য*, লিবর্টি পব্লিশিং, এসোসিযেসন, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৯১ |
| ৩। থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ (সম্পাদক) | *মণিপুবী শৈবেং*, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, পাওনা বজার, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮৩ |
| ৪। নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ | *মণিপুবী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎযেং অমা*, ভী.আই. পব্লিকেসন, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮৫ |

৫। নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমসুং এস. নীলবীর শাস্ত্রী (সম্পাদকশিং) — *পরিষদগী খঙ্গৎলবা ৱারীমচা*, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বজার রোড, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৭৫

৬। বীরমঙ্গল সিংহ — *মুনশী প্রেমচান্দ*, এম. ডি. ব্রডর্স পব্লিশিং প্রিন্টিং এণ্ড স্টেসনরি কো., ককচিং, ১৯৮০

৭। ডা. মোইরাংথেম কীর্ত্তি সিংহ — *মণিপুরদা জর্নেলিজমগী ইতিহাস*, অইবা মশা অমসুং ৱাই. ভুপেনচন্দ্র, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮০

৮। রাজকুমার সনাহল সিংহ (সম্পাদক) — *মৈতৈ চেফোঙ*, রাজকুমার পব্লিকেসন, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮২

৯। রাজকুমার সনাহল সিংহ অমসুং ও. ভোগেশ্বর সিংহ (খোমজিনবশিং) — *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী শন্নপ্পা ইতিহাস*, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বজার, ইম্ফাল, ১৯৮৫

১০। লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ (সম্পাদক) — *হিজম অঙাংহল নৈনবা ৱারেং*, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, অহানবা ফোঙবা, ১৯৮৮

১১। লোংজম রীতিচন্দ্র সিংহ — *মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত*, ইম্ফাল, ১৯৭৭

১২। ডা. সাপম তোম্বা সিংহ (হন্দোকপা) — *ভারত সাহিত্যগী ৱারীমচা*, মঙাল্লেমা চনু, তেরা কৈথেল, ইম্ফাল, ১৯৯০

১৩। সি.ঐইচ. কালাচান্দ সিংহ — *অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*, ও.কে. ষ্টোর, ইম্ফাল, মরিশুবা খূৎনম, ১৯৭৬

**খ) মণিপুরী চেফোঙ ঃ**

১। অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ — *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা*, ইং, ১৯৩৩

| | | |
|---|---|---|
| | (সম্পাদক) | - ১৯৩৮ ফাওবা ফোঙবা মশীংশিং, ইম্ফাল |
| ২। | অর্জ্জুন সিংহ (সম্পাদক) | *জাগরণ*, অহানবা চহী, অহুমশুবা মশীং ১৯২৪, শিলেট |
| ৩। | অশাংবম মীনকেতন সিংহ (সম্পাদক) | *জ্যোতি*, অহানবা মশীংদগী তরানিথোইশুবা মশীং, ১৯৪৯, ইম্ফাল |
| ৪। | ইউনিভরসেল লিটরেরী এসোসিয়েশন, ইম্ফাল | *মতমগী খোঙথাং*, কুননিপালশুবা মশীংদগী কুনথ্রানিথোইশুবা মশীং ফাওবা, ১৯৭৮ |
| ৫। | এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (সম্পাদক) | *মীৎয়েং*, অহানবা মশীংদগী মঙাশুবা মশীং, ১৯৫৩, ইম্ফাল |
| ৬। | কোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মা (সম্পাদক) | *মতম*, অহানবা মশীংদগী তবেৎশুবা মশীং ফাওবা, ১৯৫৬, ইম্ফাল |
| ৭। | কলচরেল ফোরম, মণিপুর | *ঋতু*, অহানবা মশীংদগী ৮৮-৮৯ শুবা মশীং ১৯৯১ ফাওবা, ইম্ফাল |
| ৮। | খুমন্থেম ইবোহল সিংহ (সম্পাদক) | *সাহিত্য ঈচেল*, অহানবা মশীংদগী মাপলশুবা মশীং ফাওবা, ১৯৫১, ইম্ফাল |
| ৯। | নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি | *রাখল*, অহানবা মশীংদগী ৬৮-৬৯ শুবা মশীং ফাওবা, ১৯৯০, ইম্ফাল |
| ১০। | নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ (সম্পাদক) | *মৈরিক*, অহানবা মশীংদগী ১০-১১ শুবা মশীং ফাওবা, ১৯৭৯ |
| ১১। | ডা. নিংথৌজম নৈরেন সিংহ (সম্পাদক) | *য়াকাইরোল*, ১৯৩০-১৯৩৪ ফাওবদা ফোঙবা মশীং, ইম্ফাল |
| ১২। | নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি | *নিংশিং চেফোঙ, বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মরমদা সেমিনার*, ওক্টোবর, ১৯৮৯ |

১৩। ফানজৌবম গৌরহরি সিংহ (সম্পাদক) — *খোঞ্জেল*, অহানবা চহী ১৯৪৮, ১৯৫১, ১৯৫৩, ১৯৬৪ গী মশীংশিং, কলিকাতা

১৪। মাইস্নাম বীরমণি সিংহ (সম্পাদক) — *ভৈগ্যবতী পত্রিকা*, ১৯৪৬-১৯৪৮ ফাওবদা ফোঙবা মশীং, ১৯৯০, ইম্ফাল

১৫। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (সম্পাদক) — *সাহিত্য*, অহানবা মশীংদগী ৭৫-৭৬ শুবা ফাওবগী মশীং, ১৯৯০, ইম্ফাল

১৬। রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ (সম্পাদক) — *মুক্তি*, অহানবা চহী, অহানবা মশীং ১৯৪৯, ইম্ফাল

১৭। লাইশ্রম গোপাল সিংহ (সম্পাদক) — *নহারোল*, অহানবা মশীং, ১৯৪১, কলিকাতা

১৮। খাহেংবম নারান সিংহ (সম্পাদক) — *ইমারোল*, অহানবা অনীশুবা মশীং, ১৯৪৭, ইম্ফাল

১৯। য়েংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহ (সম্পাদক) — *ঈরা*, অহানবা মশীংদগী মরিশুবা মশীং ফাওবা, ১৯৬৩, ইম্ফাল

২০। পদ্মা প্রিন্টরস, ইম্ফাল — *পোক্লফম*, (নুংতিগী চেফোঙ) ১৬ শুবা কুমওন (১৯৭৫-১৯৯১), ফেব্রুয়ারী ১, ১৯৯১

**গ) ইংরেজী লাইরিক ঃ**

1. David L. Stills (Ed.) — *International Encyclopedia of the Social Sciences*, Vol. 7 and 8, pp. 265-271, Callier Macmillan, London, 1872

2. Lexicon Publications, N.C., New York — *Lexicon Universal Encyclopedia*, Vol. 1, No. 11, pp. 453-456, 1983

3. Ragaswami Parthasarathy — *Journalism in India*, Sterling Publisher Pvt. Ltd., 1989
4. Sunilkumar Chatterji — *Religious and Cultural Intergration of India : Atombapu Sarma of Manipur*
5. Standard Education Corporation — *New Standard Encyclopedia*, Vol. I, No. 6, p. 101, 1986
6. T.W. Clark — *The Novel in India*, George Allen and U. Win, Ltd., London, 1970
7. The Atombapu Research Centre — *Atombapu Centinary Celebration, Souvenir* (1889-1989), 1989
8. The Directorate of Information & Public Relations, Assam — *The Assamese Poetry*, 1980
9. *Johnstone School Centenary* Celebration Souvenir (1885-1985), Imphal

# এপেন্দিস (হাপচিল্লকপা শরুক)

মণিপুরী লোন্দা ফোঙবা চেফোঙশিং অসি মখল মখা কয়ানি। অদুগা চেফোঙশিং অসিবু থিবদা অৱাবা অমসু ওই। মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা চাইথোক্তুনা লৈ। মখাদা ঐনা খোমজিনবদা ফংবা চেফোঙশিংগী মিং পরেং অমা পীজরি। মসিনা মণিপুরী লোন্দা ফোঙলিবা চেফোঙশিংগী চাউরাকপা মশক অমা পীবা ঙমগনি নীংঙ্জৈ। ফোঙবগী মমাঙদা চেফোঙগী মপাদা অহানবা ফোঙবগী চহী পীরি। অদুগা 'X' মার্ক পীরিবসিনা অহানবা ফোঙবা চহী নত্তে, ঐনা ফংজবা কোপী অদুদা য়াওরম্বা চহীনি।

| | চেফোঙগী মমিং | ফোঙবগী চহী | ফোঙবগী মতম | চেফোঙগী সম্পাদক |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মৈতৈ চনু | ১৯২২, অহানবা চহী | X | হিজম ইরাবত (খূৎনা ইবা) |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২। *দৈনিক হিসাব চহী* | ১৯২৭ | | (খূৎনা ইবা) |
| ৩। *জাগরণ* | ১৯২৪ অহানবা চহী | থাগী | শ্রীঅর্জ্জুন সিংহ (মপাললোমগী) |
| ৪। *য়াকায়রোল* | ১৯৩০ অহানবা চহী | থাগী | ডা. এন নৈরেন সিংহ |
| ৫। *দৈনিক মণিপুর পত্রিকা* | ১৯৩৩ অহানবা চহী | নুংতিগী | থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ |
| ৬। *ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা* | ১৯৩৩ অহানবা চহী | থাগী | অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ |
| ৭। *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা* | ১৯৩৭ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | থোংবম মাধব সিংহ |
| ৮। *মণিপুব মতম* | ১৯৩৭ অহানবা চহী | নুমিৎ হুমনিগী | রাজকুমার শীতলজিৎ |
| ৯। *তরুন মণিপুর* | ১৯৩৮ অহানবা চহী | চয়োলগী | রাজকুমার শীতলজিৎ |
| ১০। *মৈতৈ মাইবা* | ১৯৩৮ অহানবা চহী | থাগী | শগোলশেম ইন্দ্রমণি |
| ১১। *মণিপুর মহিলা* | ১৯৪০ অহানবা চহী | থাগী | পুখ্রম্বম পারিজৎ সিংহ |
| ১২। *মৈতৈ* | ১৯৪১ অহানবা চহী | থাগী | ফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র |
| ১৩। *নহাবোল* | ১৯৪১ অহানবা চহী | থা ৬/৬ | লাইশ্রম গোপাল সিংহ |
| ১৪। *অপোকপী* | ১৯৪৪ অহানবা চহী | X | হিজম গুণ (খূৎনা ইবা) |
| ১৫। *ভৈগ্যবতী পত্রিকা* | ১৯৪৬ অহানবা চহী | নুংতিগী | ৺মাইস্নাম বীরমণি সিংহ |
| ১৬। *প্রজাতন্ত্র* | ১৯৪৬ অহানবা চহী | নুংতিগী | কৈশাম কুঞ্জবিহাবী সিংহ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৭। | *ঙসি* | ১৯৪৮ অহানবা চহী | চয়োল | কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ |
| ১৮। | *লৌমি* | ১৯৪৮ অহানবা চহী | চয়োল | এলাংবম য়াইমা সিংহ |
| ১৯। | *সীমান্ত পত্রিকা* | ১৯৪৭ অহানবা চহী | নুংতিগী | লাইশ্রম অচৌ সিংহ |
| ২০। | *অনৌবা যুগ* | ১৯৪৭ অহানবা চহী | চয়োল | ৺হিজম ইরাবত সিংহ |
| ২১। | *প্রজা শক্তি* | ১৯৪৯ অহানবা চহী | চয়োল | রাজকুমার মাইপাকম্না |
| ২২। | *ছাত্র জগৎ* | ১৯৪১ অহানবা চহী | থাগী | ফুরাইলাৎপম গৌরচন্দ্র |
| ২৩। | *ইমারোল* | ১৯৪৭ অহানবা চহী | থাগী | ব্রাহেংবম নরান সিংহ |
| ২৪। | *মীংনাইদবী* | ১৯৪৭ | থা ৩/৩ | ৺খ্বাইরাকপম চাউবা |
| ২৫। | *জ্যোতি* | ১৯৪৮ অহানবা চহী | থাগী | অশাংবম মীনকেতন |
| ২৬। | *প্রলয়* | ১৯৪৭ অহানবা চহী | থাগী | থম্বাল অঙৌ সিংহ |
| ২৭। | *লমজিং* | ১৯৪৯ অহানবা চহী | X | বিজয় সিংহ |
| ২৮। | *য়াওল* | ১৯৪৯ অহানবা চহী | চয়োল | তখেল্লম্বম বোকুল মৈতৈ |
| ২৯। | *সন্ধ্যাগী ভৈগ্যবতী পত্রিকা* | ১৯৪৭ অহানবা চহী | নুংতিগী | লাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ |
| ৩০। | *খোঞ্জেল* | ১৯৪৮ অহানবা চহী | চহিগী | ফুরাইলাৎপম গৌরহরি শর্ম্মা |
| ৩১। | *মুক্তি* | ১৯৪৯ অহানবা চহী | থাগী | রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৩২। | *লীখুন* | ১৯৪১ X | X | X |
| ৩৩। | *শিল্পী* | ১৯৪১ অহানবা চহী | থাগী | এ. বাবুধন সিংহ |
| ৩৪। | *সাহিত্যগী ঈচেল* | ১৯৫০ অহানবা চহী | থাগী | ৺খুমন্থেম ইবোহল সিংহ |
| ৩৫। | *আশা* | ১৯৫১ | X | নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন (খূৎনা ইবা) |
| ৩৬। | *শিন্দমখোল* | ১৯৫৩ | X | নোদিয়াচান্দ সিংহ (খূৎনা ইবা) |
| ৩৭। | *ঙসি মেগাজিন* | ১৯৫০ অহানবা চহী | চয়োলগী | কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ |
| ৩৮। | *অনৌবা মতম* | ১৯৫১ অহানবা চহী | নুংতিগী | রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ |
| ৩৯। | *অনৌবা মণিপুব দেলী* | ১৯৫৭ অহানবা চহী | নুংতিগী | ঙাঙোম মহেন্দ্র সিংহ |
| ৪০। | *জন্মভুমি প্রত্রিকা* | ১৯৫০ অহানবা চহী | নুংতিগী | রাজকুমার মাইপাকম্না |
| ৪১। | *মাদর মণিপুর* | ১৯৫৩ অহানবা চহী | নুংতিগী | ব্রারেংবম প্রহলাদ সিংহ |
| ৪২। | *খুল* | ১৯৫৩ X | নুংতিগী | পি. টিলেজলেন গুইতে |
| ৪৩। | *কিষান মেগাজিন* | ১৯৫০ অহানবা চহী | থাগী | য়ুম্নাম য়াইমা সিংহ |
| ৪৪। | *মীৎযেং* | ১৯৫২ অহানবা চহী | থাগী | এলাংবম নীলকান্ত সিংহ |
| ৪৫। | *ঙসি চিঠি মরূপ মেগাজিন* | ১৯৫৫ অহানবা চহী | থাগী | কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ |
| ৪৬। | *মতম* | ১৯৫৬ অহানবা চহী | থাগী | কোংব্রাইলাৎপম ইবোহল শর্ম্মা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৭। *মণিপুব আর্য়বেদিক* | ১৯৫৬ অহানবা চহী | থাগী | লাইশ্রম কীর্ত্তি, নবদ্বীপচন্দ্র, গৌবহবি |
| ৪৮। *সৎসঙ্গ* | ১৯৫৭ অহানবা চহী | থাগী | নম্বোল খাগী চেফোঙ |
| ৪৯। *ঈচেল* | ১৯৫৯ X | থা ৪/৪ | এন. জি. গোপীমোহন (মপাল লমগী) |
| ৫০। *মৈতৈ* | ১৯৫৫ অহানবা চহী | X | X |
| ৫১। *মিনা* | ১৯৫৭ X | X | উমাকান্ত সিংহ |
| ৫২। *ঋতু* | ১৯৫৯ অহানবা চহী | থা ২/২ | পদ্মাকুমাব, কলচবেল ফোবম |
| ৫৩। *মখল মখল মেগাজিন* | ১৯৬০ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | জ্যোতিন্দ্র অমসুং বজনী কান্ত |
| ৫৪। *ঈবা* | ১৯৬২ অহানবা চহী | থা ২/২ | যেংখোম জ্যোতিন্দ্র সিংহ |
| ৫৫। *লৌমিগী পাউজেল* | ১৯৬৩ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | বাজকুমাব সনাযাইমা |
| ৫৬। *ঐখোয* | ১৯৬৯ অহানবা চহী | থাগী | ইমাচাওবী (মপাল লমগী) |
| ৫৭। *সাহিত্য* | ১৯৬৩ | থা ৩/৩ | এলাংবম নীলকান্ত সিংহ |
| ৫৮। *রাখল* | ১৯৬৮ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন |
| ৫৯। *খোম্থাং* | ১৯৬৯ অহানবা চহী | থাগী | চিত্রেশ্বব শর্ম্মা |
| ৬০। *মালেম* | ১৯৬৮ অহানবা চহী | থা ৬/৬ | কাংজম পদ্মকুমাব সিংহ |
| ৬১। *নাচোম* | ১৯৭০ অহানবা চহী | থা ২/২ | ইবোতোম্বী মঙাং |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৬২। | *মীৎয়েং* | ১৯৭১ অহানবা চহী | থা ৪/৪ | পি. কোকঙাং সিংহ |
| ৬৩। | *লাসানি* | ১৯৬৭ X | থাখায় | সোনি সিংহ (মপাল লমগী) |
| ৬৪। | *ভারত সেবক* | ১৯৬০ অহানবা চহী | চয়োল | মেঘবর্ণ সিংহ |
| ৬৫। | *অনৌবা মণিপুর* | ১৯৭৭ X | X | বীরচন্দ্র সিংহ |
| ৬৬। | *ইরৈবাক* | ১৯৭০ X | X | ব্রজমোহন সিংহ |
| ৬৭। | *ইম্ফাল টাইমস* | ১৯৭৪ অহানবা চহী | চয়োল | লোইতোংবম পাবা মীতৈ |
| ৬৮। | *মৈতৈ লৈমা* | ১৯৬২ অহানবা চহী | থা ৬/৬ | কে.ঐইচ. চন্দ্রশেখর |
| ৬৯। | *তরুন পত্রিকা* | ১৯৬৬ অহানবা চহী | X | কে. ডি. কোন্সম |
| ৭০। | *মৈত্রবাক* | ১৯৬৬ অহানবা চহী | থাদা ৩রক | মোইরাংথেম নীলকমল |
| ৭১। | *ভারত ইমা* | ১৯৭৫ অহানবা চহী | থাখায় | ধনুরাম |
| ৭২। | *পজুং* | ১৯৭০ অহানবা চহী | X | ৱাই. ইবোচৌ সিংহ |
| ৭৩। | *মৈরিক* | ১৯৭৪ অহানবা চহী | থা ২/২ | নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন |
| ৭৪। | *নুমিৎলৈ* | ১৯৭৮ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | আব্দুল চৌধুরী (মপাল লমগী) |
| ৭৫। | *দিপান্বিতা* | ১৯৭৭ অহানবা চহী | X | একে. সেরাম (মপাল লমগী) |
| ৭৬। | *সাহিত্য সংসদ* | ১৯৭১ অহানবা চহী | X | ইরোম নীলবাবু সিংহ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৭৭। | *বিজ্ঞানগী ৱা* | ১৯৭৮<br>X | X | লমাবম বীরমণি সিংহ |
| ৭৮। | *মমি* | ১৯৭৯<br>অহানবা চহী | থা ৬/৬ | ৱাই. মোধু<br>(মোইরাংদা ফোঙবা) |
| ৭৯। | *ওজাগী নুমিৎ* | ১৯৭৪<br>অহানবা চহী | চহিগী | চকপ্রম নবকুমার |
| ৮০। | *গোসম্বধন* | ১৯৬৮<br>X | X | ভেটিনরি এণ্ড এনিমেল<br>হজবন্দ্রী দিপার্টমেন্ট |
| ৮১। | *পান্থা* | ১৯৭১<br>অহানবা চহী | থা ২/২ | চোংথাম গৌরো<br>(মপাল লমগী) |
| ৮২। | *দিব্য জ্যোতি* | ১৯৭৪<br>X | X | শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা,<br>তর্কতকতীর্থ |
| ৮৩। | *কনা কনানো* | ১৯৭৯<br>অহানবা চহী | থা ৩/৩ | খুলেম চন্দ্রকেশ্বর সিংহ |
| ৮৪। | *নোংপোক মৈরা* | ১৯৭৩<br>অহানবা চহী | থা ৩/৩ | ইরুম্বম চন্দ্রসিংহ<br>(মপাল লমগী) |
| ৮৫। | *পঞ্চায়তী রাজ* | ১৯৭৯<br>X | X | X |
| ৮৬। | *মণিপুর কোওপরেটিভ* | ১৯৭৩<br>X | X | X |
| ৮৭। | *চীংখৈ লৈরাং* | ১৯৭১<br>অহানবা চহী | X | নন্দলাল, এল. ইবোমচা |
| ৮৮। | *ওলেমপস* | ১৯৭১<br>অহানবা চহী | X | এল. অজিৎ সিংহ |
| ৮৯। | *নহা* | ১৯৬৭<br>X | থাগী | পি. ইবোচৌবা সিংহ |
| ৯০। | *খণ্ডবদা কান্নবা* | ১৯৪১<br>X | X | এল. গম্ভির সিংহ |
| ৯১। | *লমজেল* | ১৯৭৯<br>অহানবা চহী | X | এম. ডি. আহম্মদ আলী |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৯২। | রাঙ্কেং | ১৯৭৮ X | নুংতিগী | এল. ইবোয়াইমা সিংহ |
| ৯৩। | খম্মলোমা পত্রিকা | ১৯৭২ | X | এ. মনিহার সিংহ |
| ৯৪। | স্পোর্টস রিভোল্যুসন | ১৯৭৬ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | ওল মণিপুর ষ্টুডেন্টস স্পোর্টর্স ওর্গেনাইজেসন |
| ৯৫। | পুরাসে ইসলাম | ১৯৬২ অহানবা চহী | X | মহম্মদ হদসন |
| ৯৬। | কংলৈ পুক্তমযোল | ১৯৬৭ X | থাখায় | X |
| ৯৭। | শরংকী মীচেক | ১৯৭৯ X | X | X |
| ৯৮। | পাওজেল | ১৯৭৪ X | X | আর. কে. কমলজিৎ |
| ৯৯। | খোজেল | ১৯৪৮ অহানবা চহী | থাখায় | নাওরেম বীরেন্দ্রকুমার |
| ১০০। | ময়োল | ১৯৭৯ X | X | X |
| ১০১। | মীয়াম | ১৯৭৯ X | থাখায় | সাইখোম জুগোল সিংহ |
| ১০২। | মরুপ | ১৯৬৯ X | চয়োল | ময়েংবম নীলমণি সিংহ |
| ১০৩। | বুসকী মীচেক | ১৯৫৯ অহানবা চহী | চয়োল | ইরোম চন্দ্রহাস সিংহ |
| ১০৪। | অতোনবা | ১৯৭৪ X | থাগী | পি. ইবোচৌবা সিংহ |
| ১০৫। | দিব্যবাণী | ১৯৬৮ X | X | X |
| ১০৬। | লোমাকায় | ১৯৭৮ অহানবা চহী | থাগী | এ. চিন্দনন্দ শর্ম্মা |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১০৭। | *অশেংবা পুন্সি* | ১৯৭৯ X | X | খুমুকচম অজায়রাইবা |
| ১০৮। | *স্টার এণ্ড লভরস* | ১৯৬৭ X | চয়োল্ল | কামাল্ল সিংহ |
| ১০৯। | *থবক* | ১৯৭৮ X | X | নিংথৌজম কেশোকুমার |
| ১১০। | *মণিপুরী সাহিত্য* | ১৯৬৯ অহানবা চহী | X | প্রভুত্তো সিংহ |
| ১১১। | *থিয়েটার সেন্টার* | ১৯৭৭ X | X | কে. এইচ. জেলহল |
| ১১২। | *নুপীগী য়াইফ খোঙথাং* | ১৯৭৪ অহানবা চহী | X | কুমারী খোইবী দেবী |
| ১১৩। | *লৈকোল* | ১৯৬৭ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | খোগেন্দ্র সিংহ |
| ১১৪। | *নতিক নঙাল* | ১৯৭৭ X | থা ৪/৪ | পুখ্রম্বম কুঞ্জো (কনকচিং) |
| ১১৫। | *পুন্সি* | ১৯৭৬ X | X | মৈত্রি কলা |
| ১১৬। | *নুপীগী সমাজ* | ১৯৭১ X | থা ৩/৩ | X |
| ১১৭। | *অপুনবা খোল্লাও* | ১৯৭৯ অহানবা চহী | X | কে. ব্রজমোহন সিংহ |
| ১১৮। | *বায়েল কাটি* | ১৯৭৮ অহানবা চহী | X | হাওবম দিজমণি সিংহ |
| ১১৯। | *মান্নবা* | ১৯৭২ X | X | হাওবম দিজমণি সিংহ |
| ১২০। | *তখেল লৈরাং* | ১৯৭৯ X | X | মৈরেংবম রামগোপাল (মশাল লমবী) |
| ১২১। | *দি জর্নেল যোসা* | ১৯৭৩ X | X | রাজী জিতেন্দ্র সিংহ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১২২। | *হিংবা* | ১৯৭৭ অহানবা চহী | থাগী | X |
| ১২৩। | *মতমগী রাখল* | ১৯৭৫ X | X | সাপম তোম্বা সিংহ |
| ১২৪। | *গান্ধীগী নীংশিং চেফোঙ* | ১৯৬৯ X | X | মণিপুর ষ্টেট গান্ধী শতাব্দী সমিতি |
| ১২৫। | *তম্ফাসনা ২৫ শুবা* | ১৯৬৯ X | X | এম. সোরোজিনি দেবী |
| ১২৬। | *আগষ্ট অথোয়বা* | ১৯৭৮ X | X | অগারতলাদা ফোঙবা |
| ১২৭। | *পি থাদোই* | ১৯৭৩ অহানবা চহী | চহিগী | রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ |
| ১২৮। | *শিদ মপাও* | ১৯৭৬ X | থাগী | নাওরিয়া অমুসনা |
| ১২৯। | *মতম* | ১৯৭৮ X | থাগী | টি. এইচ. য়ুমজাও সিংহ |
| ১৩০। | *কংলৈখোল* | ১৯৭৯ অহানবা চহী | থাগী | মোইরাংথেম ইবোমচা |
| ১৩১। | *খোম্থাং* | ১৯৭৮ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | কয়ামুদ্দিন, মণিপুরী মুসলিম লিটরেরি কম ষ্টদি সার্কলস |
| ১৩২। | *জনতা* | ১৯৭৭ X | X | এল. ইবোয়াইমা সিংহ |
| ১৩৩। | *আর্য্যভট্ট* | ১৯৭৭ | নুংতিগী | থোকচোম রঘুনাথ |
| ১৩৪। | *হুইয়েল লানপাও* | ১৯৭৮ X | নুংতিগী | সলাম ভারতভুষণ |
| ১৩৫। | *চীং-তম* | ১৯৭৫ X | নুংতিগী | মণিহার গোস্বামী |
| ১৩৬। | *পোক্রফম* | ১৯৭৫ X | নুংতিগী | অখোম ইবোমচা সিংহ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৩৭। | পাথৌ | ১৯৭৬ X | নুংতিগী | মাইস্নাম মধুমঙ্গল সিংহ |
| ১৩৮। | পুন্সিরোল | ১৯৭৯ X | X | দোহেন্দ্র সিংহ |
| ১৩৯। | অনৌবা য়াওল | ১৯৭৯ X | X | অথোকপম থৌওম্বা লুব্রাও |
| ১৪০। | শলাই তরেৎ | ১৯৭৯ X | X | হুইদ্রোম য়াইফবা |
| ১৪১। | লংজিল | ১৯৭৯ X | X | কোল্লবা ইবোচৌ |
| ১৪২। | তোকওা | ১৯৭৯ | নুংতিগী | থোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ |
| ১৪৩। | লমজিং মৈরা | ১৯৭৮ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | সোতিন কুমার সিংহ |
| ১৪৪। | লীপুন | ১৯৮০ অহানবা চহী | X | গৌহাটি য়ুনিভরসিটি |
| ১৪৫। | খুঙ্গা পাউজেল | ১৯৮১ অহানবা চহী | X | X |
| ১৪৬। | লৌশিং মঙাল | ১৯৮০ অহানবা চহী | থাগী | দিবাইন লাইফ সোসাইটি |
| ১৪৭। | কুমওন | ১৯৮০ | থাগী | মককময়ুম কাদির, চন্দ্রখোং |
| ১৪৮। | খোঙ্গুল লিবা | ১৯৮৭ অহানবা চহী | X | চবুংবম ইবোতোম্বী সিংহ |
| ১৪৯। | ব্রাথোক | ১৯৮৩ অহানবা চহী | থাগী | শ্যামজাই ব্রাংখেম্বা |
| ১৫০। | উমংলাই খুন্দা | ১৯৭৮ X | থা ৩/৩ | খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ |
| ১৫১। | মতমগী নুমিৎলৈ | ১৯৮১ X | চয়োল | ত্রিপুরাদা ফোঙবা |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৫২। | *শরিৎ শরা* | ১৯৮৬ অহানবা চহী | থা ৬/৬ | কংলৈপাক শিন্দম শংলেন, কোংপাল |
| ১৫৩। | *লাইব্রেরীগী ঈহৌ* | ১৯৮৮ X | থা ৩/৩ | থৌনাওজম খোমদোন |
| ১৫৪। | *খুদোল* | ১৯৮১ X | X | লমশাংনা ফোঙবা |
| ১৫৫। | *লাম্মৈ থানবী* | ১৯৮৩ অহানবা চহী | X | X |
| ১৫৬। | *শাগৈ* | ১৯৮১ অহানবা চহী | থাগী | চিংসুবা মেঘা সিংহ |
| ১৫৭। | *থাংজ তরেৎ* | ১৯৮০ X | চয়োল | নীলধ্বাজ খুমন |
| ১৫৮। | *ওজা* | ১৯৮৩ অহানবা চহী | থা ২/২ | টিচরস ফোরম, মণিপুর |
| ১৫৯। | *য়াগৈরোল* | ১৯৮০ অহানবা চহী | থা ৬/৬ | পুখ্রম্বম ইবোহল সিংহ |
| ১৬০। | *লীক্রম* | ১৯৮০ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | ওক্রম ব্রজমোহন (থৌবাল) |
| ১৬১। | *লুপা মরুপ* | ১৯৮৩ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | এস. বোনবিহারী সিংহ |
| ১৬২। | *ছাত্রগী ঈহৌ* | ১৯৮৩ অহানবা চহী | থাগী | ছাত্রশিংগী চেফোঙ |
| ১৬৩। | *নোংপোক থোং* | ১৯৮১ X | থাগী | মঙ্গীসনা সিংহ |
| ১৬৪। | *কৎথোকপা* | ১৯৮০ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | ৱাই. বাবু সিংহ |
| ১৬৫। | *খোরিরোল* | ১৯৮২ X | X | ঙাঙোম বসন্তকুমার (লক্ষিপুর) |
| ১৬৬। | *লৈ লাংবা* | ১৯৮৬ X | থা ৩/৩ | ডাক্তর যামিনি দেবী |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৬৭। | *সাহিত্য বীনা* | ১৯৮৩ অহানবা চহী | X | ঙাবিয়ানবম নবদ্বীপ |
| ১৬৮। | *শিল্দমশি* | ১৯৮৪ X | X | এন. ইন্দ্রকুমাব |
| ১৬৯। | *পঞ্জেল* | ১৯৫২ X | থা ৩/৩ | এন. কুঞ্জমোহন (কাছাড) |
| ১৭০। | *ব্রজ শিংজং* | ১৯৮৫ X | থা ৩/৩ | সমানন্দ শর্ম্মা |
| ১৭১। | *নুপীগী খোঙজেল* | ১৯৮১ X | X | এ. পুস্পা দেবী |
| ১৭২। | *মালেম বিভো-লুসন পাউজেল* | ১৯৮১ X | X | এম. ইবোহল সিংহ |
| ১৭৩। | *লীচিং লম্বী* | ১৯৮০ X | থাখায | চন্দাবাবু সিংহ |
| ১৭৪। | *যেনিংথা* | ১৯৮১ অহানবা চহী | থাখায | যং বাইটবস ফোবম |
| ১৭৫। | *ফিলম তাইবঙ* | ১৯৮৩ | থাগী | X |
| ১৭৬। | *পোইবৈ পাউদম* | ১৯৮০ | থা ৩/৩ | লাইলোকপম কোলা |
| ১৭৭। | *HAWK* | ১৯৮০ অহানবা চহী | থাগী | গৌবো শর্ম্মা |
| ১৭৮। | *খ্বাই লমজেল* | ১৯৮১ X | থাখায | সলাম্বদ সৈক |
| ১৭৯। | *হকলোন* | ১৯৮৪ X | থাখায় | X |
| ১৮০। | *নিংঙোন পাউ* | ১৯৮১ X | থাগী | এ. যো ৱোল্লোং |
| ১৮১। | *ওল ইন্দিয়া ইউনিয়ন কংগ্রেস মণিপুবগী* | | | |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | *চেফোঙ* | ১৯৮১ | থাগী | X |
| | | X | | |
| ১৮২। | *অনৌবা য়াওল* | ১৯৮০ | থাগী | X |
| | | অহানবা চহী | | |
| ১৮৩। | *ঐখোয়গী কংলা* | ১৯৭০ | X | এল. মোহেন |
| | | অহানবা চহী | | |
| ১৮৪। | *খোঞ্জেল* | ১৯৪৭ | থাখায় | নিংথেম মাধবজিৎ |
| | | অহানবা চহী | | (ত্রিপুরা) |
| ১৮৫। | *ঈরাওখোল* | ১৯৭০ | থা ২/২ | শ্রীপ্রিয়োকুমার সিংহ |
| | | X | | |
| ১৮৬। | *খুদোল* | ১৯৮০ | থাগী | কুঞ্জোম অমসুং ইমোবা |
| | | অহাবা চহী | | |
| ১৮৭। | *নোংথাং* | ১৯৮১ | X | ময়াংঙম্বা চাউবা সিংহ |
| | | অহানবা চহী | | |
| ১৮৮। | *কংলা* | ১৯৮৩ | থা ৩/৩ | জি. চন্দ্রকুমার শর্ম্মা |
| | | X | | অতোম্বাপু রিসর্চ সেন্টব |
| ১৮৯। | *লীলা* | ১৯৮৬ | X | নীলধজ খুমন |
| | | অহানবা চহী | | |
| ১৯০। | *কোরৌহনবা* | ১৯৮২ | X | লোন অনীগী ফোঙবা |
| | | অহানবা চহী | | |
| ১৯১। | *উংবা* | ১৯৮০ | X | কুমার সিংহ |
| | | X | | |
| ১৯২। | *কুন্দো পরেং* | ১৯৮৩ | থা ৬/৬ | কুলচন্দ্র শর্ম্মা শাস্ত্রী |
| | | X | | |
| ১৯৩। | *রাগ বঙ্গ* | ১৯৮৮ | থাখায় | ম্যুজিক এন্দ দান্স ওল |
| | | X | | মণিপুর এসোসিয়েসন |
| ১৯৪। | *নুপী* | ১৯৮৫ | থাগী | য়ুম্নাম চনু মণিতোম্বী |
| | | X | | |
| ১৯৫। | *লোন* | ১৯৮০ | | সাপম তোম্বা সিংহ |
| | | X | | |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৬। | ইপাথৌকোক | ১৯৮০ | X | X | চনম খাবা |
| ১৯৭। | সাইক্ল মণ্ডাল | ১৯৮৮ | অহানবা চহী | X | ইবোম চন্দ্রমণি সিংহ |
| ১৯৮। | ঐখোযগী শক্তম | ১৯৮০ | অহানবা চহী | থাখায | এন. গম্ভীব সিংহ (ককচিং) |
| ১৯৯। | পলেম | ১৯৮০ | X | থাগী | নোংযাই তাখৎময়ুম |
| ২০০। | ব্রাচিন | ১৯৮৫ | | X | মাইবম নোংসাবা |
| ২০১। | কংলা পুংজাও | ১৯৮২ | X | থাখায | থৌনাওজম যুগেশ্বব |
| ২০২। | শিদ মপাও | ১৯৭৬ | X | থাগী | নাওবিযা অমুসনা |
| ২০৩। | অনৌবা মণিপুব | ১৯৭৮ | X | চযোল | পোৎশংবম ধনকুমাব |
| ২০৪। | ইমা | ১৯৮১ | X | X | X |
| ২০৫। | ফিবাল | ১৯৮০ | X | থাখায | X |
| ২০৬। | পান্দম | ১৯৮১ | X | নুংতিদগী | চিংশুবা অকাবা |
| ২০৭। | মরুপ | ১৯৮২ | X | চযোল | মণিপুবী বেঙ্গোলীদা ফোঙবা |
| ২০৮। | ঈতমবাক | ১৯৮২ | অহানবা চহী | চযোল | কে. কিমপু |
| ২০৯। | বজনীগন্ধ | ১৯৮২ | X | থাগী | X |
| ২১০। | মণিপুর | ১৯৮০ | X | থাগী | X |
| ২১১। | পাওখোল | ১৯৮২ | | X | X |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | | X | | |
| ২১২। | *চাওখৎপা* | ১৯৮৬ X | থা ৬/৬ | সোসিয়ো ইকোনোমিক অমসুং ইনর্জিগী |
| ২১৩। | *লোক সাহিত্য পত্রিকা* | ১৯৭৫ X | X | আবুল সাহ্সান চৌধুরী |
| ২১৪। | *অনৌবা যুগ* | ১৯৫৩ | নুংতিগী | কে. বীর সিংহ |
| ২১৫। | *প্রজা শান্তি* | ১৯৮৪ X | চয়োল | X |
| ২১৬। | *আইন তেংবানগী পাউচে* | ১৯৯১ X | X | লাইশ্রম নন্দকুমার |
| ২১৭। | *হিন্দু পাউজেল* | ১৯৯০ অহানবা চহী | থা ৩/৩ | এস. কুলচন্দ্র সিংহ |
| ২১৮। | *অচুম্বা* | ১৯৯০ X | চয়োল | |
| ২১৯। | *নীংতম্বা* | | | |
| ২৩০। | *মৈতৈ ময়েক* | ১৯৯০ | চয়োল | X |
| ২৩১। | *য়োৎহ্লিং* | | থাখায় | |
| ২৩২। | *চুমথাং* | ১৯৮৬ X | X | ক্ষেত্র মুনাল (ককচিং) |
| ২৩৩। | *মীংশেল* | ১৯৭৯ X | থা ২/২ | কয়ামুদ্দি পুখ্রিময়ুম |
| ২৩৪। | *মতমগী খোংথাং* | ১৯৭২ X | থা ৩/৩ | য়ুনিভরসিয়েল লিটরেরি এসোসিয়েশন, খুরাই |
| ২৩৫। | *সাহিত্য লৈচল* | ১৯৮৭ X | থা ৬/৬ | ললচেনবা মৈতৈ |
| ২৩৬। | *মচা লৈমা* | ১৯৮৯ | থা ৪/৪ | অরাম্বম ওংবী ইবেমহল |
| ২৩৭। | *অনৌবা মঙাল* | | | বাংলাদেশতা ফোঙবা |
| ২৩৮। | *ঈরিক* | ১৯৮৭ অহানবা চহী | X | কে. ডি. কোনসম |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২৩৯। | *বিজ্ঞানগী পাউদম অমসুং অগুকপা* | | থাগী | মোইবাংথেম গুাম্ফোই, সোসাইটিজ বিসর্চ এসোসিযেসন |
| ২৪০। | *অপোকপা* | X | থাগী | বণবীব সিংহ |
| ২৪১। | *স্কাউট এণ্ড গাইড* | X | থা ৬/৬ | X |
| ২৪২। | *যং সোশ্যালিষ্ট লীগ ইউনিট মেগাজিন* | ১৯৫০ | X | নবকুমাব |
| ২৪৩। | *অবংবা থব্রানমিচাক* | X | X | ব্রাহেংবম বানোদকুমাব |
| ২৪৪। | *গগবা দর্শন* | | | |
| ২৪৫। | *হিয়াং হিবেন* | X | X | মণিপুব ষ্টেট ম্যুজিযম, দাইবেক্টোবেট এণ্ড সোসিযেল ব্রেলফিযাব আর্টর্স এণ্ড কলচব |
| ২৪৬। | *কংলৈপাক্কী মৈবা* | X | চযোল | শমজাই সিংহ |
| ২৪৭। | *অঙাংবা ফিবাল* | ১৯৯০ | থাগী | X |
| ২৪৮। | *সনা লৈবাক* | ১৯৭৩ X | X | চান্দম মণিহাব সিংহ |
| ২৪৯। | *ঈহৌ* | ১৯৭৩ X | X | শ্যামকহ্নাই সিংহ |
| ২৫০। | *নাগবিক পন্থ* | ১৯৭৪ X | X | কে. ব্রজমোহন সিংহ |
| ২৫১। | *গান্ধীবাদ* | ১৯৭৫ X | X | X |
| ২৫২। | *মীওইবা* | ১৯৭৮ X | X | মোলেক্যুল শর্ম্মা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৫৩। *লৈশেম্বা* | ১৯৭৭ X | X | জয়কুমার সিংহ |
| ২৫৪। *মণিপুর টাইমস* | ১৯৬০ X | X | এন. তোম্বী সিংহ |
| ২৫৫। *সাইক্লোন* | ১৯৭৫ X | X | অরাম্বম শরৎ সিংহ |
| ২৫৬। *লৈকোন্নুংদা* | X | X | জিরিবাম |
| ২৫৭। *মলয়া* | X | X | X |
| ২৫৮। *ঈরাং* | X | X | X |
| ২৫৯। *লিক্লা* | X | X | X |
| ২৬০। *সেবাবি* | X | X | X |
| ২৬১। *খোঞ্জেল* | X | X | এ. আই. আর. ইম্ফালনা পুথোকপা |
| ২৬২। *মান্নবা* | X | X | কৈশাম শ্যামকিশোর |
| ২৬৩। *পম্বুংফম* | X | X | গুনধবজ সিংহ |
| ২৬৪। *ফিদম* | ১৯৮০ | X | এ. কে. য়ুমখাইবা |
| ২৬৫। *লম্বী* | ১৯৯০ অহানবা চহী | থা ৪/৪ | আর. কে. আই. মণিপুরী সহিত্যগী মহৈরোইশিং |
| ২৬৬। *পুদিল* | ১৯৯০ X | থাগী | রণবীর সিংহ |
| ২৬৭। *মণিপুর লনগৈ* | ১৯৯০ X | X | কে. কতবান |
| ২৬৮। *ঈচেল* | ১৯৯২ অহানবা চহী | থা ৪/৪ | লাইশ্রম শশীকুমার সিংহ |



